# ꯃꯄꯅꯡ

ꯃꯣꯁꯩ ꯍꯦꯇꯪꯅ ꯀꯪꯅꯡꯤꯁꯤꯡ !
ꯂꯨꯍꯤꯄ ꯊꯦ ꯊꯌꯦꯅꯤꯌꯏ
ꯇꯪꯎꯇꯤ ꯆꯇꯤꯡ ꯆꯨꯅꯂꯅꯏꯆꯨ
ꯌꯪꯄꯂ ꯌꯋꯂ ꯂꯦꯁꯃꯣꯋꯡꯤꯁꯤꯡ
ꯊꯧꯇꯦꯕꯥꯤ ꯆꯨꯃꯧ ꯐꯣꯗꯁꯤꯡ
ꯐꯌꯨꯅꯡꯥꯤ ꯔꯩꯁꯎꯈꯅ ꯐꯣꯗꯁꯤꯡ
ꯖꯦꯗꯡꯩ ꯍꯦꯇꯩ ꯆꯦꯋ ꯐꯀꯤꯡꯨ
ꯇꯪꯎꯔꯋ ꯃꯦꯗꯔꯋꯑ ꯁꯦꯏꯆꯤꯁꯤꯡ
ꯌꯤꯁꯨ ꯖꯣꯒꯨꯅ ꯇꯦꯗꯂꯤꯎꯊꯧ
ꯒꯣꯗꯡꯨ ꯖꯣꯗꯍꯣꯍ ꯇꯦꯗꯁꯧꯍ
ꯀꯤꯑꯡ ꯀꯤꯑꯡꯤ ꯐꯂꯤꯍꯏꯃꯤ
ꯁꯦꯎꯇꯩ ꯊꯅꯡꯦꯕ ꯇꯧꯃꯦꯑ
ꯐꯧꯥꯤ "ꯗꯌꯦꯎꯇꯣꯋ ꯊꯦꯑꯣꯗ"
ꯌꯪꯄꯂ ꯂꯣꯋꯂ ꯃꯄꯌꯁꯤ ꯫

—+—

# খোর্জেংগী মণ্ডাল

মোইরাং সাহিত্যগী ঈচেলগী থাকসি নোংপোক ভারতগী নত্তনা থা-নোংপোক থংবা এসিয়াগী ওইনসু থোইদোক হেন্দোক্লা লেমজনিঙায় ওইনা থাক বাংনা লৈরি। মেরাগী নোংখোং শেংবা অহিংদা থোকপা মকোয় ফাবা থানিলগী থাজগুম্বনি অমদি অয়ুক্তা হুন্দোরকপা অইংবা মঙালগা লোয়নরবা নিংথিজবা কোরৌগী শক্তমগুম্বনি নত্রগা বসন্তগী ঈহৌ মরক্তা লৈখোক্তা তাংনা ফুকাইনা শাৎপা মপুংমরৈ ফারবা আতরগুলাপকী ফজবা শক্তমগা চাংদম্নিঙায়নি।

চক্লোন কয়াদগী পেনা চৈজিংলেম্বা শৈশকপশিংনা লোক্তাক খোংবান্দা মালংগী তাম্বাদা লাইজগী ঈপোমলক্তা চৈজিং থাদা পমত্নুনা হুংশিবা খোম্বাং কয়া ঈরোয়ননা মচু কয়াগী নিংথিজরবা লৈচন কয়া তিনত্নুনা শেমখ্রবা য়েংবগী পেনবা নাইদ্রবা ফজরবা নাচোমগী মশক ওইরবা মোইরাং কংলৈরোলনি। থোইদোক হেন্দোক্লা কবি কয়াগী খোর্জেংগী মঙালনা নাচোমশিংগী ফজবা শক্তমসু তাংথক নাইদনা হেনগৎলক্লী।

মোইরাং সাহিত্যগী থোইদোক্ত শিংথানরিবা লৈচলশিংদি:—

১। ফৌওইবী অকোংজাম্বা,

২। থোংনাং লাইরৌলেম্বী তাওথোং হেনজুনহা,

৩। হাওনু লৈশং শাফবী লোয়ানহা শাফবা,

৪। শাম্বা নহা লমগাংবা থমনুং য়াইথিং কোন্নু,

৫। খুয়োন হাওবা লাইরবা নুরা য়াইথিং কোন্নু,

৬। তোন্নু লাইজিংলেম্বী কদেং থাংজহনবা,

৭। উরানহা খোংজোম্বা পিদোংনু,

৮। ব্রাংলেন পুংদিংহৈবা ইব্রাংলোন ফিশাহৈবী,

৯। খম্বা থোইবী রারি কয়া অসিনা মপুং ওয়রি। মসিদা নত্তনা নুরা

শান্থলেম্বী, শংলোলেম্বী, শান্নুলেম্বী শিজ শমজমনীনচিংবা য়ারি কম্বা-
নী লৈতেং ওইদুনা থোইদোক হেন্দোক্লা মশক নাইরবা কবি কয়াগী
খোর্জেংগী ঈচেলনা কম্বা নায়দনা মঙাল চাওনা চেম্থরি। মতাংসিদা
থোইদোক্লা পনবা য়াবদি মহাকবি নোংগাখ্রবা হিজম অঙাংহলগী খো-
র্জেদগী "খম্বা থোইবী" মালেমশিদা থোইদোক হেন্দোক্লা অথন্নবা
লাইরিকশিংগা চাংদম্নবদা তাররোইদবা ইরমদম কংলৈ মৈত্রবাক্কী
লেমজনিঙাই ওইরবা মহাকব্যা ওইনা পুথোক্লিবসিনি। খম্বা থোইবী
য়ারিসি লৈথিদ্রবী শ্রীমতি বিমোলা রায়না অমসুং এক্স এমঃ পিঃ নিং-
থৌখোংজম তোম্বী সিংহনা শৈরেং য়ারেংদা ইংগ্রেজী লোন্দসু ইদু-
না পুথোক্লে। শ্রীচিংগাংবম নিসান সিংহনা হিন্দি ড্রামা ওইনা ফোং-
খ্রে।

মসিদ নত্তনা কোরৌ নোঙ্গাখ্রবা শক্লাইরবা কবিশিং ইকাইখুম্নরবা
হাওবম তোম্বা, মোইরাংথেম বিরমঙ্গোল, মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ,
হুরাইবম নবদ্বিপচন্দ্র, হাওদৈজম চৈতেন্যা, ওইনাম ভোগেশ্বরনচিংবা
লোয়ননা মতমগী থোইদোক্লা হেন্দোক্লা শক্লাইরবা কবি পদমশ্রী অশাং-
বম মিনকেতন, শরাংথেম বরমনি, সুরচান্দ শর্ম্মা, খাইদেম প্রমোদিনি
নিলবির সাস্ত্রী, হৈস্নাম মাঙ্গোলজাওনচিংবা মঙাল চাওরবা ইকায়খুম্ন-
রবা কয়া অমনা লোয়রবা নাইদনা মোইরাং কংলৈরোলগী য়ারেং শৈরেং
কয়া পুথোক্কুনা ইরমদমসিগী খোর্জেংগী পুক্কৈগী মঙাল হেনগংহল্লি
মরকসিদা ঐগী খুদোল অমত্তং তমজবসি মরুওইনা পদ্মশ্রী নিংথৌ-
খোংজম খেলচন্দ্র সিংহ অমদি নোঙ্গাখ্রবা মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ
পন্দিত অচৌবা শক্লাইরবাশিং অসিগী মতেংদগী পুথোকচবনি অয়োন
অরান পুম্নমক খাই তরানা ঙাকপিনবা নোনজরি।

—সোগাইজম রুগিনিকুমার

# ফোরৱার্ড

লমদমসিগী কলচয়রবু থিজিনবদা ঙাওজবা ওইনা ঐহাক্না ওজা সৌগাইজম কহিনিকুমার সিংহগী ইরাংলোন থাদোই অহানবা শরুক থবাই হকচাং য়াওনা হন্না-হন্না পাজরে। ওজা অসি লাইব্রিক তম্বীবা ওইনা পুন্সিদা চংসিনবা মতমদা ইশামক ৱাংখৈ এম: ই: স্কুলদা থা থর তম্বা কংজবদা য়াম্না পাগনবা অমসুং ৱারী লীগনবা ওইনা অঙাং ওই-থিৱৈদা থেংনখি লোইরমদাই সাভিস মতমদদি সেক্রেটেরিয়েৎকী রেকোর্ড সেকসনগী লাইব্রেরিয়ান অমসুং সেকসন ওফিসার ওইনা তোইনা ঊনখি। ওফিসসিগী রেকোর্ড, চে-চাং, ফাইল শুবদা নংতন মরী লৈনবা ত্রেনিং কয়াও দিল্লিদগী ফংখি। থবকসিগা মরী লৈননা মৈতৈ ময়েকা পুয়া থিজিন্বা, কাংলুপাশিংগী থবক থৌরম অমসুং সনামহি টেমপল বোর্ডকা মরী লৈনবা থবক কয়ামকম পাইখৎখি। ত্রামাগী মতাংদসু সেক্রেটেরিয়েত ওফিসকি থবক চেংবা। ময়ামগী এসোসিয়েসন্না ভারতাক মফম কয়াদগী মিংচৎ পুরকপদসু অচৌবা থৌদাং লৌরক্পা মীওহান।

ওফিসকি থবক অমসুং ময়েকী এক্সপার্ট ওইবদা নত্তনা ইমালোনগী মশক থোকপা লাইরিক কয়ামসু পুথোকপিরি। মিং পল্লবদা নিমী, তাম্না শৈরেঙ, অথোইবা পুন্সিগী ৱারী, উচেক, ঈশিংদা শৈবা অঙকপশিংগী ৱারী অসিনচিংবা।

থবক্কুগী পোথাবরবা মতমদসু মৈতৈ ময়েক কৌবা চেক্ফোং অমা চংথরি অমসুং মৈতৈ ময়েক্কা আর্তিকল কয়া ইরগা চেক্ফোং কয়াদা ফোংলি। এলহৌতৈগী লাইনিংগা মরী লৈননা মৈতৈ/মীতৈগী লাইনিঙ পথাপ অমসুং চৎন পথাপ, উমংলাই—উমংলাই লাইকোল, ইমা লৈমরেল শিদবী অহানবা অমসুং অনিশুবা শকরুচিংবা ইথোকপিত্থনা মৈতৈ লাইনিং চৎচবশিংদা মিং পাংহনবিরি

ওজাগী কলম অসি হিরম য়াম্না থোমজনবা, মচা য়ামথোকহনবা অমসুং মপুং ফাবা কোকী পোৎথোক ওাক্লি। হন্দক অমুক শৈরেং

ওইনা চহি কয়ামুক চংনা থিজিনলগা লাইরিকসি খ্বাইদা খুদোল তৌ-বিরে। পুন্নপ পুথোকপদা লামাই য়াম্না কোনশিনগদবা মইনি। মোইরাংগী খন্না থোইবিগী বারীদি ইনাংনা লৈরিবমখৈ মৃৎলয়োই-দবনি হাইবসি পেনা, খোংজোমপর্বা, শুমাং লিলা, দ্রামা অমস্তুং মখল মখল কয়াগী লাইরিক কয়ানা উৎলে। হান্নগী শৈরেংগী মওংদা ছি-জম অঙাংহলগী খন্না থোইবী শৈরেংনা মহাকাব্য ওইনা সাহিত্য লৈ-কোলদা ভানখরে। কবো লোইই, লমজা ২ - শৈরেং, শামু খোং-য়েংপা, মোইরাং থোইবী দ্রামা ওইনা অমস্তুং কংলৈরোলগী বারী ইথবা ওইনা হৈস্নাম ওজা মাঙ্গোলজাওগী খন্না থোইবী পুন্সি বারী, অমস্তুং এসঃ বরমনি সিংহগী মোইরাং শাইগনশিংনা উরোং খিনলে। মোইরাংগী মরমদা পুয়া কয়াস্তু থিজিন্দুনা পণ্ডিতশিংনা মশিং য়াম্না খুদোল তৌবিরে। বারীসি বেঙ্গলী, হিন্দি অমস্তুং ইংরাজীদস্তু ইথোক্তুনা অঙকপা পোকহনখ্রে। হৌগংলকপা মতমগী ওইনা টি; সি; হডসন অমস্তুং হাওদিজাম্বা চৈতন্যবুস্তু নিংশিংদবা ওমদে।

মখোদা তপস্বী অমস্তুং যোগীগুম্নবা ওজা সৌগাইজাম্বা ইবো-য়াইমা/রুহিনিকুমার সিংহনা সাহিত্যগী গুন্না থল্লবা অমস্তুং অনৌবা approach (চংশিনবা মওং) ওইনা ইরাংলোন খাদোই অহানবা শরুক অসি য়াম্না লিবস্তু নত্তবা অনৌবা পুংওই ওইদবা, ইংরেজী, হিন্দি অমস্তুং বেঙ্গলিগী রাহৈ-রাতাস্তু পুদবা পাবদা লোইত্রিফাওবা তোক্লিংদবা মওংদা ইথোকপিরি। (লামাই ৩৯ দা মুরা থবাতোম্বী শিংথাবদা অগনি মানবী হাইবসি নত্তনা)। মচাকশিং অসি শৈশকু-নমকপা, চংনরকপা থাজনরকপা বারী বাতাই অমস্তুং মরী লৈনবা পুয়া কয়াদগী খোমগত্তুনা খন্না পোকপা, ভাঙলৈমা কমদৌনা পুরেম-বনা কমদৌনা ফংখিবা, থমমুনা খন্না চাওনবা কবুই শলাং মাইবগী মখুন ভাম্না চংখিবা, থাদোই পোকপা পাম্থোয়বীগী বাবি অমস্তুং পাম্থোইবীগী মতিক ময়াই তাকপা (কংলাদা মতিক চাওনা পানলম্বা থাবা শলাই কমদৌনা মুৎখিবা য়াউনা) হায়বতু মরিক চুম্না কলম থাবি।

না চংনরকপদা মুপী লোনবা মীশী মচং চংপা কয়া থেংনৈ। মহাকী লিখা ময়াম লৈরগী খ্বাইদগী তোমখিন ওইবসি বারীসিনি। লাই-রিক অসি ইরাংলোন থাদোই কৌখিবসি চানরব্রা? ইরাংলোনগী মাহনথোক্তি মোইরাং চম্‌ থাদোই = থাবু হেল্লা থোইবা, থোইনা রাংনা লাকপী থোইবী হায়না খঙনবা, পানথোইবিগী লাংগল অমসুং বারীনা মৈতৈ ঈনাং মচু শংখিবচু নৌহৌনা খঙহনবা তাকই।

সাহিত্যগী মাইকৈদগী রাহে রাতা, প্রধান, নাতৈ ফজবদা নত্তনা মোইরাংগী ইতিহাস শাগংপা, মৈতৈ মোইরাং, খুমল, লুরাং কবুই মরিং অমসুং কেগে/চথা শিংনা কয়ম্বা মরী থময়ম্বা, কংলৈপাকী, মমাংলৈদা ওইরম্বা, লায়নিঙ লম্বী, রাজনীতি অমসুং কুটনীতিগী মতাং অসি শুপাইনা রাহৌদোক অমসুং শন্দোকনা নৈনবা শরুক লমাই ৫০ গা অয়োইবদা খ্যাংজিং লায়নিঙগা মরি লৈনবা খঙদবা য়াদবা থরগনু পনবিরি। মোইরাং অমসুং খম্ব থোইবী নৈনরকপাদা লাইরোল, লাইরম ত্রিলম, লম্মিংলোন, মিংথোনবা, পুরাবিনচিংবা নৈনরবদি সমালোচনা কয়া তৌনরকপদা লোইনা মাঙখিগনি মোইরাংগী নিংথৌরোন শাগৈ/শলাইরোনসিমক নৈনরোল ওইনা পুয়াগী য়ুক্ষম ওইত্না পুথোকপিখিবসি এনা থেংনরকপদদি অসুক মমুৎ তানা নৈনবা খ্রিসাচ মমাংলৈদ; থেংনখিত্রি। অন্তৈ তৌনখিরবসিদগী থোইদোক্লা হেনদোকপা খুৎইউই। পারি পুরি হাপ্পা অমসুং লাইনিঙ লাইশোন চথখিবসিনা মোইরাং লীলা অসি চপচাবা থোকখিবনি হায়রি। মীতৈ মরুপকি মরুপ শিংনা মরুংগী রাহনদোক কয়া পীহনা চান্না থোকখিদে হায়নবা ক্ষোংনরি।। লৈমুংদগী ফংবা প্রোংশিং অমসুং কৌশানগ্রন্থদগী থেনরিবসি অচুম চুয়দ য়েংবা য়াই। চিন্নাং মৈনা রাবিনরকপদাগী ওক্তা থেরবা Version (বাঙাঙ) থেন্নবা, কোর্কেক ভোঙাল তোঙান ক্রবা, শাগাই মশেন য়েংশন্নবদগী থীনা থীনা ইশন্নরগ। থনম্বা অমসুং কংলৈন মোইরাং খুহুম চয়বা, মোইরাংগী রাজনিতি শক্তি নমথনবা লৌখৎলমব

থৌশিল কয়াদগী ঐখোইনা অশোংবা মশক খংবদা খরা রাই। মোই-রাং লিলাদা মরু ওইবা করেক্টরশিংগী হৌরকফম, মপী মপা শকতাকপা কয়া লাইনা শায়এন তৌরা, পোকলকপা অমস্তুং লৈখিদবলো হায়বদু তোঙান তোঙানবা রাখবলোন নৈনবা লোইদ্রি। পুরেনবা করম্না শিখি, লালোইতোন অসিনা চাউবা ওইরকপরা, চাউরা অতোপ্পা মী-শক ওইনা ফুবালাগী চেংগৈ পানদুনা লাকপরা ? খম্বা-থোইবী অসিসি লোংপোক নিংথৌ অমস্তুং পাম্বোইবীগী লাংঙনদা করুগা ফৌওইবী অমস্তুং অকোংজাম্বমী লাংঙনদা নৈনবা মপুঙ ফাদ্রি। Version (রাঙাক) অনিমক ফংই অমস্তুং তোংশিনবা অসি ঐখোইগী চৎনরোলগী মশক ওইদ্রি। ঐখোইগী ঈনাৎ অসি Integration (মপুম ওইবা) দা য়ুম্ফম ওই ; পুকচেল্ল চাউই হায়বদু মসিদগী থঙই।

ওজা রুহিনীকুমারগী হৈশিংলবা অমস্তুং লেপ্পা নাইদ্রবা কললমদগী চেম্বরকপা লাইরিকসিনা মোইরাংগী অরিবা নুংশি-নুংঙোনগী সাহিত্য থঙনবগী শোইজেনি। মৈতৈ অমা ওইনা পোক্লবদা খম্বা-থোইবীগী রাম্নিদি লোইনা খঙনৈ তৌইগুম্বস্তুং অরিবা লোন্দা পুদা, কুপ্পা থিজনবগী থবক্তি মী পুম্বনা খঙনদে। মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা মোইরাং সাহিত্যনা কোনশিনবা মফম অমস্তুং Moirang period of Literature (বেঙ্গলী সাহিত্য ইতিহাসতা নবদীপনা তৌবগুম্না) অসি নৈনদ্রবদি মৈতৈ সাহিত্য মপুং ফাদে হায়বসি লাইরিকসিনা উৎলে। রাম্না পাম্নরবা অমস্তুং মৈতৈগী ঈনাত্তা মুংলরোইদবা মফম ফংলবা মোইরাংগী রারী অসি ওজানা মিৎয়েং অনৌবা রুপগা লোইননা পুথোরকপসি ঐখোইগী লাইবক ফবনি।

পদ্মশ্রী ডাক্তর এম: কীর্ত্তি সিংহ
এম: এ:, এল: এল: বি:, পি: এইচ: ডি:
ডি: লিট: গবেষনা আচার্য
ইম্ফাল — ৭৯৫০০৪
১৭/৩/৯৫

# বাহৈ খরদং

শ্রী সৌগাইজম রোহিনীকুমার সিংহ মনিপুর সরকারগী সেক্রেটরীয়েৎকী লাইব্রেরীয়ান ওইবিরম্বন ইবা "ইৱাংলোন থাদোই" গী অহানবা শরুক মপুং ফানা পাজরে। শ্রীসিংহনা ইবিরীবা লাইরিক অসিদা শরুক অনি থোক্লা খাইদোক্লি অহানব শরুক্লা ৱারেংগী শরুকনি অনিশুবা শরুক্লা শৈরেংগী শরুকনি। অহুম্বমক শ্রীসিংগী ৱারেংগী শরুক অসিদা মোইরাংদা মনিংতম্লা পালম্বা নিংথৌরোন ৩৭ কী মমিং মথ, অমদি মোইরাংনা কংলৈদা তিনখ্রবা হায়বদি মৈতৈ নিংথৌ মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বানা [খৃ: ১৭৩২ -- ৬৭] মোইরাং খুহুম চন্দনা কংলৈ নিংথৌগী মখাদা পুনশিনখ্রবা মতুংগী ৱারী লীথুনশিং অমদি মোইরাংদা লৈরম্বা অরিবা য়ুমনাকশিং অমদি ঙসিগী মোইরাংগী লৈকাইশিং অমসুং য়ুমনাকশিং নিংথিনা পল্লি। শ্রীসিংহনা ইবুধৌ থাংজিং অমদি মোইরাংগী অকোইবদা লৈরিবা লাইনিংথৌ লাইরেম্মাশিং অমদি থাংজিং হরাউবদা ঙসি ফাওবদা হৈকৎ-লৈকৎ তৌরিবা চৎনরোল পুম্নমক পল্লি।

অনিশুবা শৈরেংগী শরুক অসিনা শ্রীসিংহনা ঙসিগী মৈতৈগী য়ুমথোং খুদিংদা খংনরিবা অমদি শরু-শোন্নরিবা মোইরাং থোইবীগী ৱারী শৈথাবনি। শ্রীসিংহনা ইমা পান্থোইবীগী থৌদাং অমদি শাইয়োলশিং ময়েক শেংনা নৈনরকপা থংনজ অমসুং মোইরাং থোইবীগী ৱারিদা তৎনা থানবা য়াদ্রব, পুরেম্বা ঙাংখলৈমা, খম্ব-থোইবী, খম্বগী ৱারিশিং মথং মথং লাকপা অমদি পান্থোইবীগী শক্লোলশিং নৈনৱি।

অরোইবদা ঐহাক্না শ্রীরোহিনিকুমারগী লাইরিক অমদা ৱারেংশৈরেং পুন্দুনা তোঙানবা মঘামগা মান্নদবা অনৌবা খুৎই অমা পুথোকপিরক্লী। অহুম্বমক শ্রীসিংহগী "ইৱাংলোন থাদোই" অহানবা শরুক অসি পারুরগা মখা তাবা শরুক্লী খুৎই কয়া পুথোকপিরকনি হায়বা

আশা থমজরি। অচুম্বমক মহাকবি ৺শ্রীহিজম অঙাংহলগী খন্না থোইবী শৈরেংনা ইন্নমদম অসিদা লৈরিবা মীওই খুদিং খন্না-থোইবীবু মতম পুন্নমক্কী পাথং-লৈশাবী ওইনা উহনবা অমদি অনিত্তুগী তংন-থানদ্রবা ভুংশি লিখুন অমা মতম পুম্বদা লোইনবা অত্তুংনি অত্তুবু শ্রীরুহিনিকুমারগী "ইরাংলোন থাদোই" অসি পাবিবা খুদিংনা মোইরাং শলাই করন্না হৌরকখিবা, মোইরাংগী হৌখ্রবা ইতিহাস অমদি মোইরাং শলাইগী শাগৈশিং, ইবুধৌ থাংজিং অমদি ইমা পান্থোইবীগী মতিক মগুন পুন্নমক লাইরিক অসিনা ফংহনবীগনি হায়বসি ঐহাক্না থাজৈ। অচেংপা আশা অসিগা ইরোইননা অইবা অসিগী লাইরিকশিং মথং মথং পুথোকাপরকপগী পাঙ্গল ইবুধৌ থাংজিং অমসুং ইমা পান্থোইবীনা হাপ্পীসন্নু অমসুং মসিনা ভসিগী ইতিহাস থিগংপা ছাত্র কয়াগী মতেং পীবিবা ওইসন্নু।

Kh. Sorojini Devi
( সোরোজিনি )
ডিপুটি ডাইরেক্তর আরকাইভস
14/3/95

# ফোরৱার্ড

ঐগী ইনাও সৌগাইজম রুহিনিকুমারনা ইবা ইবাংলোন থাদোই ছাপা নাম্নৈঙদা শরুক থর পারে। লাইরিকসি ৱারেং অমসুং শৈরেংগী শরুক অনি থোক্লি। ৱারেংগী শরুকশি মোইরাং অমসুং মোইরাং শাগৈগী হৌবক্লোন, নিংথৌরোলনচিংবা কয়া ১ মতম চংনা থিজিন্দুনা মরিক চুম্না পুথোক্লি মসি হিরমসিদা থিজিনবা পাম্বশিংগী য়াম্না কান্নবা শরুক অমনি লোয়ন লোয়ননা মোইরাং কৌবরোন কাংলুপকীসু কান-নন্নিঙাই ওইবা মৈহৌরোনগা লৈনবা মচাক কয়াসু লাইরিকসিদা মমি তারি। মসিদ নত্তনা থাংজিং চিংজাউ ১সুং কৌব্র, চাংগী হিরমদা ইপা ইপুশিংনা থিজিন্দুনা থনম্নবা কৌব্র, চীংলোন অমসুং থাংজিং চীঙ-গোইরোলনচিংবা মরমদসু উৎলি।

শৈরেংগী শরুকসিনা "ইবাংলোন থাদোই" হায়বসি মোইরাং থোইবীবুনি হায়বা তাক্লি। শৈরেংসি মনুংদা খম্বা থোইবীগী ৱারীদা মসিগা মরি লৈনবা তোঙান তোঙানবা অতৈ ৱারীশিং লৈচন ওইনা লেংশিন্দুনা খাইনা ইনরিবা খম্বা থোইবীগীতা ওইবা নত্তনা তোঙনবা শক্তম ১ ওইনা পুথোক্লুনা ইবনি মসি পাবদা মুঙাইরবা শৈরেং ১ ওই থোইদোক্লা মৈতৈ সাহিত্যগী ফজরবা লৈতেংগী অনৌবা লৈচন ১ নি।

শ্রীসৌগাইজম রুহিনিকুমার সিংহ সরকারগী থবক পৌন্নিঙৈদা সেক্রেটরিয়েৎ লাইব্রেরী সেক্সন্দা ঐগা মতম শাংনা লোয়নরকপানি শোল্লি, য়াম্না তোয়না নায়। অহুবু মহৌশাদগী লাইরিক ইবদা হৈনরক-পা অমসুং লমদমসিগী মরমদা থিজিনবদা মথওাই য়াউজরকপা অইবা অমনি। শ্রীরুহিনিকুমার সিংহনা তুংদসু ইরমদমসিগী কান্নরবা লাইরিক কয়া পুথোক্লুনা মৈত্রবাকী ফজরবা সাহিত্যগী পুক্কে-লনগে থলহল্লবা হোৎনবদা অঙম্বা থৌদাং থৱাই হকচাং য়াউনা লৌরকখিগনি হায়বগী থাজবা লৈ অমসুং মায় পাক্না থৌদাং লৌরকপা ভগ্বস্ত ঈশ্বরনা থৌ-জ নবিসনু

পদ্মশ্রী শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ

তাং ৪ | ৪ | ৯৫

# অয়াওবা


| | য়াওফম | লমাই |
|---|---|---|
| ১। | কৌব্রু | ১ |
| ২। | শলাই ৭ কী তীন্নাফম | ২ |
| ৩। | কৌব্রু অশেংবা মফমনি | ৩ |
| ৪। | কৌব্রু থোনবা | ৪ |
| ৫। | কৌব্রু চীঙলোন | ৪ |
| ৬। | কৌবরেন কাংলুপ্পা খুনগুমলকপা | ৬ |
| ৭। | মোইরাং | ৯ |
| ৮। | মোইরাং কৌবা | ১০ |
| ৯। | মোইরাং নিংথৌরোন | ১৩ |
| ১০। | লাইয়িংথৌ থাংজিং | ৩৫ |
| ১১। | চীঙ থাংজিং হয়াওবা | ৩৭ |
| ১২। | লাইয়িংথৌ থাংজিং লাইশোন | ৪০ |
| ১৩। | লাইয়িংথৌ থাংজিং অমসুং লাইয়িংথৌ খোরিফাবা তোঙান তোঙানবা লায়নি | ৪১ |
| ১৪। | মোইরাংদা লাইগী অঙৈ থৌরমশিং | ৪২ |
| ১৫। | শন্থোংগী নুঙ য়ুংবা | ৪৫ |
| ১৬। | শন্থোং নিংথৌ হয়াওবা | ৪৫ |
| ১৭। | থাংজিং চীংগোয়রোন | ৪৭ |
| ১৮। | হৌজিক্কী মোইরাং | ৪৮ |
| ১৯। | মোইরাং ইরাংলোন শলাই য়ুমাকশিং | ৫০ |

# অহানবা শরুক


| | | |
|---|---|---|
| ১। | খম্বা পোকপা | ১ |
| ২। | ভাম্মলৈমা | ৮ |
| ৩। | ইরাংলোন য়োইরেন তোম্পোককী | ২১ |
| ৪। | থাদোয় পোকপা | ৪৭ |
| ৫। | পান্থোইবী | ৫৩এ |
| ৬। | য়েংশিনবিগদবা | ১৩ |
| ৭। | রাহস্তোক | ১৬ |


— △ —

# ইরাংলোন থাদোই



## মোইরাংগা মরি লৈনবা "কৌব্রু"

কংলৈ ম্নালৈবাক্কী তম্পাক্তা কংলৈচাশিংনা খুন্দাবা হৌবা অসি কৌব্রুগা য়াম্না মরী লৈনৈ। মফম অসিদগী চীংশিংদা অমস্তুং তম্পাক্কী লমদমশিংদা খুন্দাবা হৌখি। মসিনা মরম ওইদুনা অহানবদা কৌব্রু চীংগী মরমদা খরদং শন্দোক্না নিংশিংজরি।

কৌব্রু চীংসি ফুট ৮৪০৪ (মিঃ ২৫২১.২০) ৱাংই; নোংমাইজিং চীংদগী ফুট ৩২৭১ (মি ৯৮১ ৩০) হেন্না ৱাংই অদুগা। চীংথক্ত মায়কৈ মরি কোইশিনবা অচৌবা লোক অমা লৈরী। মদুবু অশেংবা লাইফম্নি লৌনরি। ইরাং ৱাংবা শন মরুম শাবা মতোন্দা অকোইবদা ফুট ৪—১০ (মিঃ ১.৪৫) ওইবা খৱাংমুক লুবা স্নুরুং অমা লৈ। মদুগী মনুংগী মখাদা মথুন মচা অহুম হুৎলি। মদু নোংমগী মতম অহুম পুরিবা মঙাং, লুরাং অমস্তুং থুমন লাইনিংথৌ অহুমগী থুভম ওইনা লৌনৈ। চীংদোনসিগী নোংপোক্কী হাইথবা চীংচেপ্তা অনিশুবা শুরুং অমা লৈ মদু থোংজিনগী ৱাংবা ফুট ৩, ইঞ্চি ১০ মথায় (মিঃ ১.১৭৫) নি। অদুগা পাকপদা(লাওবদা)১১'' (মি ০.২৭৫) নি মদুগী অৱাং থংবা নাকন্দা অহুমশুবা শুরুং লৈ। মদু ময়ুংনা শাংবা চিথেক ৩ নাইবা মওংনি। মথীশুবা অ.য়াইবা শুরুংনা চুথেক মরি নাইবনি, মপাক্তা ১'—১০'' (মিঃ ০.৬৩) নি। লাই পুখ্রি হায়না থংনরিবা লোক্তুগী

হায়গৎলগা চীংদোল য়ৌদ্রিডৈ লম্পাক ওইনা তময়া অমা লৈ। মতুদা লাই খুন্দিন্নফম মোরা ৬১ লৈ। মতু তাইবং মীনা শেম্মবদি নত্তে মহৌশাগী ওইবা মওংনি মসিনা লাইনিংথৌশিংগীনি। মতুগী অৱাং নোংচুপ পাংনা লম ৩ লোম থাপ্পা লৈমরেল ৭ কী মোরা লৈ। মোরা লাই ফাইবোক্কী ওইবা ফম্নবা মোরাদা ফুট ২´—১০´´ (মিঃ ॰ ৮৫) য়ৌনা শাংই। অচৌবা মোরাদা পাকপা ফুট ১, ইঞ্চি ৮ মখায় (মি: ০.৫১৩) নি। মতুগী অৱাংদা ঙমতক তাবা মফমদা মুংপাক অমা লাইনিংথৌ কৌব্রুগী ফম্পাক লৈ। মসি পাকপদা ফুট ৮´ – ৬´´ (মি: ২.৫৫) নি, শাংবদা ফুট ১০´ – ৮´´ (মি: ৩.২০), থাবদা ফুট ২´—১০´´ (মিঃ ০ ৮৫) নি। মসিগী মথক্তা হায়রিবা ফমলেনসি মরাক-ময়ুংদা বর্গ ফুট ২´ – ৩´´ (বর্গ মি: ০ ৬৭৫) নি। মসিগী মথক্তা হায়রিবা ফমলেনসি মরাক-ময়ুংদা বর্গ ফুট ২´—৩´´ (বর্গ মি: ০.৬৭৫) মসি অকোনবা থোনখিবা চাহি ১২০০ গী মমাংগী মতমদা ওইগনি। মুং অসি কৌবা অঙাংগী মমোম নামোইমুগা মশাবী লুৱাং পোম্বী লুরাওবগা মুংশি মিংচানববু চেংলৈ নিংথৌ থাংই খোংজ্রোম্বগী মশানৌ সোরারেনগী মচা ইবেম্মা অতোনবী পেম্মু লৈমরেলনা পোকপা চীঙজেন নারল পাঙ্গনবনা থওইদে হায়দুনা মুংপাকসি পোম্বী লুরাওবা ননগে হায়না ফুকখিবা মুংনি হায়নৈ।

# শালাই ৭ কী তিন্নফম

লৈমরেন ৭ কী ফমফম অমসুং লাইনিংথৌ ৬১ গী খুদা অতুগা মুঙগী ফমলেন অসিগনা তাকপদি শলাই ৭ কী নিংথৌশিংনা তম্পাক্তা নিংথিনা খুন্দাদ্রিডৈ মতমদা লৈপাক্কী ওইবা থৌদোক্তা পুন্না হেক-হেক মফমসিদা খন্নরম্বগী মওংনি। থৌদোকসি হৌজিক ফাওবা চীঙগী লমদমশিংদা নাগালেণ্ড ফাওবদা শিজিন্নরি। মসি খুৎকন-পাঙ্গনলম্বা তম্পাক্কী নিংথৌশিংগী চৎনরম্বা লিচৎসি মথং মথং তমখিবনি।

লৈপাকসিগী তম্পাক্তা ঈশিং ওইহরিডৈদা। কৌব্রুগী চীংয়াদা অরাংবা লমদা চহি লিশিং কয়াগী মমাংদা তাইবংমী লৈরম্বগী খুদম নিংথিনা লৈ চীংসি টর্সিয়ারি মতমগী "ইওসিন" যুগ হৌরকপা মতমদা শেমখিবা ওইবনা থাং, তা অমসুং শিঙজংনচিংবা শাহুনা শিজিন্নবা য়াবা অকনবা মুং মরাং কাইনা লৈতে। অহুবু মসিগী হৌরিবা উ-রা মহৈ-মরোং অসিনা তাইবং মী ইরা ৱাদনা লৈরম্বা য়াবা মওং অহুমক লৈ। খুন শেম্বদা চীংথক্কগী কুমথদনা মতম খরা শাংনা লৈরুবগী মওংসি মীগী মকোক কক্লগা লৌবনা অরেম্বী অমসুং চৎনবী ওইবা কাংলুপ মপৈ মপৈ চংশিল্লকপদা মখোইদগী ঙাকথোক্লবা হায়হুনা চীংথক্তা লৈবনী। তম্পাক্কী লমশিং নিংথমথা নত্তনা অতৈ মতমদদি পাৎ ওইনসু লৈরম্মী কৌব্রুগী খা-নোংচুপ্তা লৈমরেন কৌন্নুগী চাংদোল লৈ। অনিসিগী তাইনবা লোক্তগী "নাওকী" তুরেললনা নোংচুপলোমদা চেন্থখিহুনা ঈরুং তুরেন্দা তিল্লী। কৌন্নু ফুট ৮৩২৫ (মি. ২৪৯৭.৫০) ৱাংই।

# কৌব্রু অশেংবা মফম্ম

লাইনিংথৌ কৌব্রুসি তাইবং মপুগী অথোইবা শায়োল মরিগী মনুংদা অমনি। নিংথৌ ফম্বাল মতমদা সনাগী লৈহাও শাহুনা চীংথক্কী পুখ্রী অহুদা কৎলি। কৌব্রুগী লাইরোন্দা চীংথক্কী লোকসি (পুখ্রী) মী পোকপা অমসুং শা-উচেক পোকপনচিংবা থোইদোকপা লোক ১৫ শুই। মফমসিদগী অতোপ অতোপ্পা তম্পাক অমসুং চীংয়া-তময়াদা খুন্দাগ্রবা মতুংদা ইকোন কোনবা কাংলুপনা কৌব্রু থাদোক্কুনা মোইরাংদা অমাদি ইম্ফালদা লৈখি। অহুনা মোইরাং অনৌবা শালাই নিঙোলবু কৌবরোল (কৌব্রু নিঙোল) হায়না খংনরি। হায়বদি কৌব্রুদা পাল্লম্বা নিংথৌ "কৌবা অঙাংঙাগী" শাগৈনা কৌব্রু থাদোক্কুনা তম্পাক্তা খুন্দাখি অহুদগী শাগৈ অসিগী নিঙোলবু কৌবরোন হায়না খঙনরি। অহুগা নিংথৌ অসিনা লৈবাকসিগী তম্পাক

অসি ঈশিংনা থুমগ্রবদা নোং খামত্নুনা ঈশিং কংহনখি। মতুদগী কৌব-রোন হায়বা অসিবু "নোংখাম নিংথৌ চন্নু" হায়নম্নু খঙনৈ।

## কৌব্রু থোনবা

হয়ী খুন্নুং লাংবাচক, তাইবং নোংসাপান অসিবু অহিং ম্নুংথিল অনিমক্তপু চেংলৌ শক্লাইদা মৈথু নোংলোন কাগুম চেংলৌ মিৎথোং মম, অমম সিফা নিক ৱাইথুং ফম্বী ঙমখৈ নাইদনা পান্দম মপা লাক-ঙমদনা পাল্লিঙৈদা চীঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌনা তাইবং নোংসাপান. মালেম লৈকোয় মপুং লাক্লা লৈশেম্লগা লাইজ তরং ঈপাকথক্তা চোম্লাং খোংনেংনা পরিং লেপলৌতিং উকাক মাইথোং য়ান লোইবী নাপোম তরামঙা ফাং চাউত্নুম চাউ, শাংত্নুম শাংনা ফাওরক্লে। ম্নুংনাং কাউ-খংকোন কোরৌ নোংমদোন সোংলেন নোংফু মহুমন্নুংদগী চীঙু য়াইবী-রেন সিদবা খোইমোম তোংশক মনিকলেন লাবা থয়াঙ মথো থোকনা লমহৌরকপা, লাইনিংথৌ, মৈবুন হাইজাও থান লোইবী থক্তা ঙান্নুম ঙাল্লরে। লাই ন্নুরা তরেৎনে লাই পাখং লেংনা তিন চীঙু থিবা থিখংদে খোয়ুম য়েংবা য়েংখংদে। খোইমোম পুন্নমা থোইনা ঙুঙময়ে। অতু নোংগীবু অরাং কৌব্রু অস্নুপ্পা ও তৌনা কৌয়ে।

## কৌব্রু চীঙলোন

চীঙু মকাইফম খোইয়ুম ফম্বীরেল ম্নাচীং লিক্লা উনগোই চীং, অহিং লিক্লা কাংদ ৱায় ম্নুংথিল লিক্লা কাংদ ৱায়, মঙন তরং ৱাংবা চীং, চীংলেল নাপোম য়াম্বা চীং, ইরোক লাইচম ভোইবা চীং, কৌবা চীং-লেন নাপোম অমদি মাল্লং অয়াংবা খোংহৌফমনে, চীংলেন নাকপাক ১দি থাম্বী মৈয়ায়রিকপু থোক্নফম্নে। চীংশাং নাপোম্মদি চারিক মপান থা নোংথৈ, মউলিং চীঙনে, লাংগোই মোইসা অপানবাম্নু পোক্নফমনে।

ইয়োক লাইচমমদি পাম্বা হাকোকই, তল্লা অয়েম্বা পামেল অঙনবা তল্লা উজাওস্নু পোকএ। কৌবা চীংশাং নাপোমমদি হয়রিৎ মপান থা হয়জাও মউলিংয়ে, থৌজু মুঙগাই নমঙাননা য়াতাবা মী মরাম হং-নাইদবগী সাৎনফমনে।

ঈরোক লাইচমমদি লিথিৎ কোল অমা খাবা লিরেল কোল ১ লিংয়ে. সওম সৌরাইতাং সম্ফবীগীস্নু হাগোকফমনে, মমা লৈন্নুং পি-সিনন্নু-চা মালেম লৈথোং ওক, ওক, লাবা খায়োনবা থিংলো কোক-হনবাস্নু হাথাফমনে। কৌবা নাপোমমদি ন্নুওক, পাইবং, খুবীং খুবাই পোকয়ে; খৈবোই য়ুপেং তিংসিং নাওসং, পিথিং পিথাং হুয়রি য়া-য়োইখোং চ'গা য়াওনা হাগোকয়ে। ইরোক লাইচমমদি তাওজিং হয়রু চিনলোন য়াম্বাগা মোকতেক হয়রাং চানগা হয়রোন্নানা পানমিন্নে এ, তল্লা উথম্বালস্নু পামেল উঁথমাচেৎস্নু ওংমিন্নে এ। কাইরৈ য়েলমিংন-বা শিঙেল য়েরুমলৈস্নু পানমিন্নেয়ে। অবাং লাইনা পাংবরমদা লুরাং সিমরিং নোঙ্গাবীগী তাংজ মসমজিনা পামেল উকারক্তা য়েপনা ওই-খিবা লৈ, কৌবা চীংলৈসং লৈসং তোল্লোংবগা থোংনাং লমকুবা লল-গা সিঙেল অনিমা লৈরাং খোংতিন্নানা উকা খাংতপ পাইনদি ওংলিয়ে, হাউরৈ নোংপোক পাংবরমদা কাইনৌ সমজিরৈগা শিঙেল চোমমু লৈগা পামেল উতোল থক্তা ওংমিন্নেএ।

নোংপোক চীংথং লাং পাংবরমদা পুখ্রি লাইজ ইয়োক কোম, ময়ুং লমস্নুং চামা কুইবা, মফৈ লমস্নুং চামা পাকপা পুখ্রি লাইজ ইয়াই লাংনদি থম্বাল লৈরোং অহুম শাৎলে। সিঙেল লৈয়াই থাইনা, থঙ্গা' লাইজ ইয়াই ঙান্নে তাওথ্রা চিনগোই ঙামুন্নেএ। মপল ককলেল সৌৱাচেক নিংথৌনা য়েনবী নোংয়াই থিংবাইজম লৈমা নিংথৌ কুচু চন্নু, লৈমা কুচু কোইবীনা ন্নুসিল চেক লোক্রৌ বাল্লেল্লোকপম চন্নু মহুয়-থৌ; অরৈলোকপম চন্নু মহুইখং মকোক্তদি তাংজা লিল্লু মানবা, মচিন থৌরৈ য়োংকোন মানবা মমৈ রায়রা তেনথাং মানবা লোইবী চীং ককলেল নোংসারাইগা লুবাং সিংজা লুমলেনবগী মরুম্বী সিমরিং নোং-

গাবীনা ওইথিচেক চেকলা চীনশাংবী পোম্বী লাংমৈদোংগা কৌবা মচীংলেন্দা পোম্বী অনি খোল্লোক্লানা চীংখোং য়াহৌনৈএ। খোয়ুম কৌক্রু অসুপ্পাও চীংলেল মথোন তরেৎত্তদি ব্রাওনবা ও, চরিক মপাল থাবা নোংথৈ, মউ লিংবা তুরেল লুখাইবা লাইজ ইথাবা ইমু খলওনবা ইঙৌ চাংচিংবা কুম তরুক ইথাবা ব্রাও তরুক ইরিবাও, তৌনা কৌএ॥

## কৌবরোন কাংলুপ্পা খুনগুমলকপা

লৈনুং য়ুচাখা চনু লৈমরেল ঙাংশবীনা ঙাংহুম্বোক ১সুং ঙাংনিংশিং মচিন মনাও অনি পোকখি। ময়ামবুঙ ঙাংহুম্বোক্লা মপা মপুগী খুভম য়াবা হনখিহুনা কৌক্রুদা নিংথৌ ওইহুনা পানখি অতুগা মনাও ইবুংঙো ঙাংনিংশিংনা কেগে মোইরাংদা নিংথৌ ওইহুনা পাল্লি।

ঙাংহুম্বোক্লা ঙানুলৈমা পান্নহুনা ঙাংঙা নিংথৌ পোকই। কৌবরেন ঙাংঙানা ঙাম্বলৈমা পান্নহুনা অমুহেহিং পোকই। নিংথৌ অমুহেহিংনা ঙাম্বলৈমা পান্নহুনা কৌবা অঙাংঙা পোকই।

কৌক্রুদা ইকোন কোননা পানখিবা নিংথৌ কৌবা অঙাংঙা অসি মৈদিঙু খুওই তোমপোক ১দি লৈম নোংবাল্লোন নোংমাইনু অহোংবীনা পোকপী লৈমা লাইরোকলেমবীবু লৈমা হাপ্পুনা কৌক্রুদা পানখি। মপারি খোইনাই অহনবা খোইনাই য়িমথংবা, য়ুকোকথেং য়াইমাবা, ইরু লৌথিবা অমসুং নাউরুম অতোনবা মচা ইবুংঙো ৫ মচাইবেম্মা নামোয়নু পোকলম্মী। অসুম্না কৌক্রুদা পাল্লিঙৈদা লাইনিংথৌ সোরারেলনা কংলৈগী ঙাঙোই য়োইমোংবদা লৈমা ওইনব মজা ইবেম্মা ১ পিউ হায়রববু মচা নিঙোল লৈতনা মেনু কোবী অমা লৈ হায়না লুহোংনবা থোরাং তৌরম্মী। সোরারেলনা লুহোংবা লা ক্লবদা য়োইমোংবানা মেনু শাহুনা লুহোংলগা থিলকপবু মেনুথোং লা লকপদা ঈশিংদা চোংথহুনা লৈহৌই। নিঙোল লৈতনা লৈ হায়জিন

বগী শাওহুনা সোৱারেলনা নোংচুহনহুনা লৈবাক থু মলবদা মশেল ইবুংঙোনা কোৱৌ মপীতোনবু থৌখামগে হায়না য়াখি। কাওৱেল শন থৌথী" কৈৱেল য়েনথৌথী য়াংলৈ তাওবা হুইথৌখি পামবা কৈদৌ থিবুচক:মাম খাম্বী মৈনা খুনা কোৱৌ মপীতোনবু থৌখামখিয়ে। অতুদগী কৌবা অঙাংঙাবু নোংখাম নি থৌ হায়নস্থু খংনৈ। থৌদোক-সিগী তুংদা মোইৱাংদস্থু খুদোং থিবা অমা থোকখি। মোইৱাং নিং-থৌ চোথে থাংৱাই পাখংবাসি ইখং খংহৌদনা নাহুনা শিৱম্মী। অহুনা নিংথৌ খুভম হাংলবদা অঙম্বাশিংনা ৱা তান্নহুনা কৌব্রুদগী কৌবা অঙাংঙাবু কৌরুরম্মী। মহাক্কা মচাশিংগা লোইননা মোইৱাংদা খুন গুমলকপদদি চোথে থাংৱাই পাখংবগী কেগে মোইৱাং লৈমা শুম্নুরে-স্বীনা লাইরৈবাক্তা চত্তুনা মপুরোইবগী মথৱাই লৌরুৱগা হিংগৎহলম্মী লৈমাসিনা লাইরৈবাক্তা অকিবা কয়া থেংনরবস্থু লাইদা হাইজবা লাই নিংথৌনাস্থু লৈমাসিগী লমচংতা সাজংতা অমকপা ১স্থুং অয়ানবা লৈ-তাবদগী মপুৱোইবগী মথৱাই হনবীরক্তুনা মপুরেইবৰ্গা নুঙাইনা পুন্সি নুংসাংনা পানখি। অহুনা লৈমা স্থম্নুরেম্বীবু লৈবাকসিগী সাবি-ত্রীনি হায়না শিংথানরী। মপুৱোইবা মোইৱাং নিংথৌবুনা পাখংবনা মথৱাই হনবীরক্লাবনি হায়হুনা "চোথে থাংৱায় পাখংবা" কৌখি। নিংথৌসিগী মশাগী মিংদি পুরিক্লাই থিংগ্রিনাচৌবা হায়না কৌবনি।

অস্থুম্না মোইৱাং নিংথৌ চোথে থাংৱায় পাখংবনা হিংগৎলক্রবদা মোইৱাংদগী কৌবা অঙাংঙাস্থু মজাইবুঙো অহুমগা অমুক কৌব্রুদা হলক্লম্মী। অতুগা মজা ইবুংঙো য়াইমা খোইনাই য়িমথংবা ১স্থুং ইরু লৌথিবা অনিদি কেগেদা অহুমক খুন্দা হৌয়ে।

অসিদগী মতম খৱা কৌব্রুদা লৈরমলৰ্গা কৌব্রু থাদোক্তুনা ইমুং মমুং অমদি খুনজাশিংগা লোইননা কৌবা অঙাংঙাগী কাংলুপনা ইম্ফাল কংলৈদা খুন্দাখি। মসিনা কাংলুপসিনা ইকোন ইবোননা কৌবরু থাদোক্লনা তম্পাক্তা খুন্দারখিবনী।

নিংথৌ কৌবা অঙাংঙাগী মমোম নমোইন্নু ইবেম্মশি লুৰাং নিংথৌ খুম্বিবা (পোম্বী লুৰাওবদা) ওংহুনা লুৰাং লৈমা ওইহনা পানখি অহুগা মচাইবুংঙো লুৰাং নিংথৌ পুন্সিবা পোকলম্মী ।

খোইনাই অহানবনা লুবাং নিংথৌ পুন্সিবগী মচাইবেম্মা য়াংগেন তাউবী লৌই। খোনাই য়ুমথংবনা থাম্বী লৌখাম চন্নু লৌই। য়ুকোকথোং যাইমবনা লৌরেম্নম চন্নু লৌই। ইরুম লৌথিবনা লাম্বাস্নু চন্নু, নাউক্রম অতোনবনা তেকচম চন্নু লৌই।

নোংখামনিংথৌ কৌবা অঙাংঙাগী মচাইবুংঙো মঙাগী ঈদি খোইনাই অহনবগী ঈনা ১। থোকচোম ২। ঙাংখম ৩। শিংখাংবম ৪। মাইফুরাম খোইনাই য়ুমথংবগী ঈনা ৫। খোইনাইজম ৬। পুখ্রমবম ৭। ঙাশম ৮। ফোৈগেশংবম ৯। লাইথংবম ১০। অহৈবম ১১। লাইফ্রাকপম ১২। অহৈবম লাইফ্রাকপম ১৩। লাইফাবম ১৪। মোনকুরাম ১৫। লাইরেনময়ুম। য়ুকোকথেং য়াইমাবগী ঈদি ১৬। লৈমজম ১৭। পানাখাংবম ১৮। ঙাংঙোম ১৯। সোইবম। ইরুন লৌথিবাগী ঈনা ২০। ৰাংখেন। নাওক্রম অতোনবগী ঈদি ২১। হিদম ২২। লাইশংবম ২৩। খোমদ্রাম ২৪। আসেম ২৫। লম্বাল ময়ুম ; মোইরাং অ্যনোবা শালাই কৌববেল কাংলুপকী য়ুম্নাকতি মথক্তা পিৰিবা ২৫ অসিনে।

মখোযগী নিঙোলবু কৌববোন হায়না খংনৈ। মৈদিঙু শেম্বী খাগেম্বাগী (খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২) মীতৈলৈমা ওইখিবীসি কৌবরোন নিঙোলনি। মৈদিঙু শেম্বী খাগেম্বাগী মৈতৈলৈমা কৌববোন তাইপোম্বীনা মচাইবুংঙো মৈদিঙু পোইরৈ খুঞ্জাওবা পোকখি নিংথৌ ওইখি।

# মোইরাং

মোইরাং চাওরাকপা মওং ঃ— কেগে মোইরাং খুঙ্গাও অসি ইম্ফালদগী খা-নোংচুপ শম্বোং মাইকৈদা লৈমসি মাইল ২৮ (কি:মি: ৪৫) লাপ্পী। থাংজিং চীংশাংগী তমথরকপা অপাকপা তময়াদা লো-ক্তাক্কা তাইননা লৈবনি। খুন্দারিবা মফম শরুকশিং চাওরাক্লা চহি ৩০০০০ রোমগী মমাংদদি লোক্তাক পাৎকী ঈশিংগী শরুক মন্নুংদা লৈরম্বানি। খুন্দাবা হৌবা মতমদা লৈতোং ওইনা লৈরম্বা খরসু তেমথতুনা শেমখিবা খুঙ্গংনি। মসিনা কেগে লৈতেমপাৎ মোইরাং লৈকোয় পুঙ চাউগা চাউবৈ মথক্তা ফোপচন খারা হাতুনা লৈবা লম হায়না শৈথানৈ মশি সমুদ্র লৈমায়দগী ফুট ২৫০০ (মি:৭৫০.৯০) রাং-খৎনা লৈ। থাংজীং চীঙজাউ অসিনা ফুট ৬৯১৮ (মিঃ ১৮০৫.৪০) রাংই।

লমদমসিগী অরিবা থায়নগী রারিদা (পৌরানিক) 'মোইরাং মিং থে নবা ঃ- তাইবং পানবা শেন্বীরিবা শিদবা মপুনা তাইবং শেন্বা লেংথোকখিবাবু হনজিলক্কবা কুইরবদা লৈমরেল শিদবীনা করম্ব্ তৌ-থ্রবনো হায়না য়েংগে খন্না সনাথোংবু গে ! লাউনা হাংদোক্লু্বদা তাইবং পানবা মপুদি কুচু মুনা লাংনা লংনা লৈরম্বাবু উখি। সনাথোংবু 'কে ! কে !' লাউনা মখোল থোক্লা হাংদোকখি হায়তুনা লমসিগী মিংবু 'কেগে' হায়না থোনখি; মুনা লাংই হায়তুনা 'মু-লাং, হায়বদগী থৈথরক্ত্না 'মোইরাং' কৌখি।

অতোপ্পা অমনা লমদম অসিদা মোইরাং লাই কৌবা নিংথৌ অমা পালম্মী। পুরিক্লাই অসি খোয়ুম মুংগাং মাহারাবাগা তাওবি রোইনাই চন্নুগনা পোকপনি। পুরিক্লাই মোইরাং লাইনা শম্বোং লাই-নিংথৌ পোকই। অতুনা মোইরাং লাইনা থাংজিং চীঙদা পালহৌবা অতুগা শম্বোং নিংথৌনা থাংজিং চীঙশাংগা থংনবা মুঙ শম্বোং চীংদা ঙাইশেনগা লোইননা খুন শেমতুনা পানখিবনী। মসিনা শম্বোংগী লম অমসুং মোইরাংগী লৈপাক হায়না খাইদোক্লা হায়নখিবদগী চাউখৎলক-

পগী মতুংইন্না মোইরাং লাইনা পালঙ্বা লমবু 'মোইরাং লৈপাক' হায়না খংনখিবনি হায়বসিনি।

## মোইরাং কোবা

মোইরাং লৈবাকপু 'কেগে ঙাঙোয় লৈপাক নত্রগা কেগে মেই রাং লৈপাক হায়নসু খংনৈ।

কেকে (কেগে) :— কেগে হায়বদি কেনা লুনা নাম্বা হায়না রাহঞ্জোক লৌবা য়ারে।

ঙাংকোয় (ঙাংঙোয়) :— মোইরাং নানবী তুরেলদগী লাইনিংথৌ থাংজিং হরাউবগী ঈকৌ খংপদা মায়বনা কোঞ্জন য়ায়চনবা মতমদা 'কোরৌ নোংমদোন থক্তা ঙাংঙোই হায়বা লায়না খল্লি; ঙাংঙোইবু লমহল্লো! হায়না কোম্থারোল লাইশোন থিবা হৌরি।

অতুনা ঙাংঙোয় (ঙাংকোয়) হায়বদি ঙাংনা কোয়বা (অঙাংবা অকোয়বা) লায় হায়বসি নোংমদোন থক্তা থোক্লিবা কোরৌহনবা নুমীৎ কী শক্তমবু তাকপনি।

অসিনা কেগে ঙাংকোয় হায়বদগী "কেগে ঙাংঙোয়' হায়না থৈ-থরকপনি মসিগী রাহঞ্জোক শন্দোকনা হায়রবদি "কেনা লুনা নাম্না পান বা কোরৌগুম মঙাল চাউ, থাবাগুম মশোং চাওবা নুমীৎনা কোনবা লৈপাক (নুমীৎকী লৈবাক) হায়বনি।

অমরোমদা কেগে, ঙাংঙোয় মসুং মোইরাং হায়বসি মোইরাং লমগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা থোনবা মিং ওইনসু পিনৈ। লমদমশিবু লাইরোনগী ওইনদি 'ফা' হায়না কৌই।

মোইরাং অসি ইতিহাসকী মীৎয়েংদা য়েংলবদি লৈবাক-সিগী তম্পাক্কী খা থংবা শরুক্তা য়াম্না নিংথিনা চাওখৎলবা লৈবাক ১ শেমগৎতুনা পালম্নীবনো হায়বসি ঐখোয়না কুপ্না নৈনবা তারবদি অসুম্না লৌবা য়াই।

১। খানোংপোক থংবা এসিয়াগী শরুক্তা য়াম্না ওল্লিবৈগী মতমদগী

'তায়' (থায়) হায়মা কৌবা য়াম্না থুংকন পাঙলবা মীওই কাংলুপ অমনা অতোপ্পা কাংলুপ পুন্নমক্কী মকোক থোংহুনা লৈরক্লি। কাংলুপ অসিমু নোংচুপ ভারত্তা আর্যশিংবু ইকায় খুম্নবগুম থা মোংচুপকী এসিয়াদা লৈবা কাংলুপশিংনা য়াম্ন য়াংনা ইকায় থুম্নরম্মী।

হায়রিবা তায় কাংলুপসি অৱা লৈবাক্তদি 'শান তায়' অমসুং 'মাও তায়' হায়না অনি থোকই।

অরিবা (প্রোতো মঙ্গোলোইদ) থায়নগী তায় কাংলুপপু শান তায় হায়না খঙনৈ অতুগা থাগী কাংলুপকী তায় (চিনাগী তায়) বুনা মাউতায় হায়না খঙনরি।

*মাউ তায় কাংলুপসিনা থাগী লৈবাক (চীনা) দগী চংশিল্লক্লগা কংলৈপাকী মপা নোংপোক্তা অৱা লৈবাক্কী মনুংদা ইরাবতী তুরেলগী নোংপোকথংবদা 'মাওলোং' কৌবা লৈবাক অমা শেমহুনা পাল্লম্মী।

হায়রিবা মীওই কাংলুপসিগী কাংবু কংলৈপাক্লোমদা খুন্তগী মমাং চহি ১৬০০গী মতমদা চংশিল্লকখি। মখোয়না মথং-মথং লাক্লগা কৌব্রু চিংথক্তা ঈশিং মরাং কায়না ফংবা য়েংহুনা থুন্দারম্মী মখোয়না লাকপা মতমদা মোইরাংদা থুন্দাত্রিডে কৌব্রুদা হাম্না তারম্মী হায়বসিদি কৌব্রুবু "অৱাং কৌব্রু অসুম্না লোইরায় থুন্দা অহানবা" হায়না শৈথারশিংনা শেংনা তাক্লি।

মফমসিদা চহি ১০০০ লোম লৈরবা তুংদা মখোয়না অনৌবা লৈফম থিরকপদা থাংজিং চীংজাওদা থুংলম্মী। চীংসিগী শঙুরৈ পোকপী হায়না খঙনবা মফমদা কোম্নুং শেমহুনা মতম শাংনা লৈখি।

মসিদগী লৈমা লৈমুং য়ুচাখা চন্নুনা পোকপ' মচা অহল ভাংহুনথোক্লা মপা-মপুনা হাম্না থুন্দারকপা কৌব্রুগী খুভম অতু য়াবা মাগী কাংলুপকা হনখিহুনা কৌব্রুদা পানখি। মনাও ভাংনিংশিংনা থাংজিং চীংগী তময়া লোক্তাক খোংবানগী অতোংবা মফম্ভ তেমথহুনা থুন

*MAUTAI Linguistic Survey of India VOL. II 2nd Edition, page 58

শেমহুনা পানবা হৌখি। মথোয়না অরাং-নোংপোক্তা *মাউলোং কৌবা লৈবাক অমা শেমহুনা পানবগুম মখোয়না তম্পাক্তা খুন্দানবা শেমগৎলিবা লৈবাকসিগী মমিং "মাওলাং" কৌরম্মী। 'লাং" হায়বসি ঐখোয়না পোৎ পৈহুনা থেনববুস্থ হায়নৈ; খুদম ওইনা লায়দা লৈ পোৎ পৈহুনা থমহুনা কৎপবু লৈলাংবা, পোৎ লাংবা অসিনচিংবা হায়নৈ।

অসিনা 'মাউ তায়' শিংনা পুন্না থেনহুনা লৈবা লৈবাক্তি হায়বা খংনবা 'মাউ লাং' হায়না ওল্লিভৈদা থোনবনি হায়না লৌবা য়ায়

মাউলাং হায়বা বাহৈসিদগী থৈথরক্লুনা হৌজিক 'মোইলাং' দগী "মোইরাং" হায়না খংনরে। লৈবাকসিদা লৈরিবশিংবুস্থ লমগী মমিং লৌহুনা মোইরাং শলাই কাংলুপ হায়না খঙনরি।

খাগী লৈবাক চিনাদগী চংশিলক্লিবা অরাং অরা লৈবাক শিনবা থুংনা লৈরিবা "মাউ তাই" কাংলুপসি "তাই পোঙ" হায়নস্থ খঙনৈ মখোয়না পাল্লিবা লমদম পুন্নমকসিবু পুন্না তাই পোঙনা পানবা লম হায়না খঙনৈ। মসি শমজিন্না তাইংপানবা হায়নস্থ খঙনরি।

পুরিক্লাই অমস্থং পোংলেনহনবা :— মোইরাং নিংথৌশিংগী অহৌবদা ইরাং পুরিক্লাই অহুগা অয়োইবদা পোংলেনহনবা হায়বা মিংখৈথসি হাপনৈ। পুগী শাগেগী অসেংবা ঈগী অথোইবা লুচিংবা লাইনি হায়হুনা পুলিক্লাই (পুরিক্লাই) কৌই অহুগা পোংগী অথোইবনি অহেনবনি হায়হুনা পোংলেনহনবা কৌবনি অহুগা পোংগী অথোইবনি হায়বা মতাংসিদা অরা লৈবাক্কী অরাং থংবা শকক্তা থুৎকন পাঙ্গন্না পাললম্বা "পোং" হায়নস্থ খঙনবা কাংলুপতুগা মরি লৈনৈ হায়বসি শেংনা তাক্লি। মখোয়না থুৎকন পাঙ্গলকপা মতমদা অরাং লেতিচিউদ দিগ্রি ২২ য়োবফাও থাদা শন্দোক্লম্মী, মসি 'ত্রোপিক ওফ কেন্সর' য়োরবনি হায়বদি মোইরাংগী মপাদগী থাদ য়াম্না চথনা শন্দোক্লি অহুনা মনিপুরদস্থ

* MAU LONG—Languistic Survey of India VOL. II 2nd Edition, page 59

মখোইগী কলচর খর চ শিল্লম্মে ই হায়বসি হায়নিঙাই লৈতে। অদুগ মখোইগী কোন্নুং 'মোইরাং' নত্রগ 'মোগুরাং' হ য়না কৌরম্বনি হায়হেসি মোইরাংগস্তু য়াম্না নবশিল্লৈ। অদুগা 'পোং' বু মী হায়বগী অর্থদা লৌদনা 'পোং' জাতিগী অথোইবা অংহনবা হায়না "পোংলেন হনবা" হায়হৈথী হাইনথোক্তা লৌবনস্তু হেন্না চুশিন্নে।

# মোইরাং নিংথৌরোল

মোইরাংগী নিংথৌরোলদা মরিকচুম্না লৈরম্লীবসি পুরিক্লাই ঙাংনিংশিংদগী হৌরগা নিংথৌ শ্নাহোংবা ফ ওবা অসিনি। ঙানিংশিংগী মমাংদগী নিংথৌ কয়া ১ পাল্লম্বস্তু থোইনা মরিক চুম্না ইরমদে। অদুবু ঙানিংশিংগী মমাংদা লাইনিংথৌ খোরিফাবাবু মোইরাং নিংথৌরোনগী অহানবা ওইনা ইব য়ু য়াওবি। লৈথক লৈখারোল্লনচিংবা লাইরিকশিংদা ঙাংনিংশিংগী মমাংগী নিংথৌ কয়া অমগী মমিং পিরম্মী।

খৃষ্টনা পোক্কদবা মমাং চহি ১০০০ লোমগী মতমদা অতিং কোক লুংথাং মরারাবগা থাংবিরোইনাই চংগা কৌব্রদগী লাক্লগা থাংজিং চিংগী খুংদারমী মহাক্না মথংদা য়োংইহৈচেং অতেংবা, আরেংবা সংলেন, অহংবা অঙুংবা, অরোংবা, পিকায়া অঙাংইবা অমস্তুং অহুইপা হায়রবা নিংথৌশিং অসিনা মথং-মথং পানখি। মখোয় থোয়না মরু ওইবা নিংথৌ ওইখিদে।

মখোয়গী মথংদা অহংবা পোংলেন হনবগা লৈমা লৈল্লুং হিপোক পীগা পুরিক্লাই তুমাহাবাগা লৈমা শজিবীগা, পুরিক্লাই নুমু পোংলেন হনবগা চিংনু লৈমাগা, কুরুমলেন মৈনাইদবাগা লৈফুরেন চনু চেকপী ঙানবীগা কুরুমলেন মৈনাইবগা লৈফুরেল চনুগা, য়ুচেং লৈনিংকোইবা মীহিংলেনগা লৈচিকলেন চনু অমস্তুং লৈফুরেন চনু লৈমা অনিগা, পুরিক্লাই অঙাং য়ুংকৌরেংগা লৈথমলেন চনুগা, সনা খিং-খিং লাংবা লুঙাংলেনগা লৈন্নুংয়ুপুরেইচনুগা তুনারিংবা ঙাংচেং লৈতকপাগা লৈন্নুং য়ুনাওরোই চনুগা, পুরিক্লাই উরেন হনবগা লৈন্নুং য়ুচাখা চনু ঙাংশীবিগা মথং মথং পানখি উরেন হনবগী মমাও লংবদি চীংদা কাহুনা লাংদেম মরিং ওইখি।

কেগে মোইরাং লৈমা য়াইথোং বায়েনচুম্বা মমোম লৈমুং মুচাখা চমু লৈমরেল ঙাংসাবীনা ঙাংহুনথোক অমসুং ঙাংনিংসিং অতেংবা মচা অনি পোকখি। ঙাংহুনথোক্লা কৌক্রদা মপা মপুগী খুভম য়াবা হনখি মফম অদুদা ঙামুলৈমাগা নিংথৌ ওইহুনা পানখ্রে। অদুনা মনাও ঙাংনিংসিনা মোইরাংদা নিংথৌ ওইহুনা পালহৌই। মোইরাংগী চৎনরিবা নিংথৌরোলসি নিংথৌসিদগী হৌই।

( ১ ) পুরিকলাই ঙাংনিংসিংনা ঙানুরোন য়াইবী লৈমা লৈমুং থোংঙাইবা চমু তারমশুবু মোইরাং লৈমা হাপতুনা নিংথৌ ওইখি। মহাক্কী মতমদা কেগে য়াম্না চাওখৎলমই। মহাক্না মোইবাংবু খুকন পাঙ্গলবা লৈবাক অমা ওইনা শেমগৎখি। মহাক্কী মতমদগী কেগে কংলা অসি "লোইরেন সনা" পুঙ হায়নসু খংনরে।

( ২ ) মহাক্কী মতুংদা মচাইবুংঙো পুরিক্লাই হমসাথাবা য়োইমচংনা মোইরাং লৈমা শংলৈমা তারমশু খমমুং লৌরিশেম্বা শিংগাং তাবুংউবা নুওক শংশা মথেন তৈবা চমুগা পাল্লী।

( ৩ ) মতুংদা মচানুপা পুরিক্লাই ফাং ফাং লিক্লাইনা লৈমা ঙানুরোন লায়াইমু মেনোং থাংশাবাবু কাইনা হুনবা চমুগা পানখি।

( ৪ ) মাগী মথংদা মচাইবুঙো ঙাঙোই য়োইরেনবানা লৈমা ঙানুরোন লিকয়াইনু হৈরেম অকায়াং খুনজান মকুয়াংবু কাইনা হুনবগা পালম্মী

( ৫ ) মথংদা পুরিক্লাই নারোং লাইরিশুবনা লৈমা ঙানুরোন রাহুইমু ঙানবা থাইফবা থোঙাই তেমফবা চমুগা লিরা (লৈরা) লৈমা ফিমোই কাংবিগা লৈমা অনিসিগা পাল্লী।

মাগী লৈমা অহলনা পুরিক্লাই ময়াম্বা পোকই অদুগা লৈমা ফিমোই কাংবীনা ইরাং ফৈতেনবা পোকই।

মতম অমদা ইমফাল কংলৈদা য়োইমোংবগা তাওথিংমাংগা মচিনু মনাও ২না চহি খর খর নিংথৌ ওইনহুনা ময়াম্বা গৌরশ্যামগা লোইনাই চীংথংখোম্বগনা চহি ৫/৫ নিংথৌ ওইহুনা পাল্লম্মী। পানবগুম মতমদুদা

নিংথৌবু *'মুমিৎ' হায়রগসু খংনৈ অচুনা য়োইমোংবা ১সুং তাওথিং-মাং অনিনা পানবাবু মুমিৎ ২ থোকপা হায়না খংনৈ তানফমসিদা খাবা নোংচেনবনা মপা মপুনা পানবা নিংথৌ খুভমবু কংলা কোমুংগা লোইন্না মুন্দ্রনা পানখিবা অচু অমুক মহাকথক্তা হন্দোকপা ঙম্নবা হোৎনরম্মী। মহাক্না মতম কুইনা শেম শাবা লোইরগা লান্দারম্মী। লানফমদা য়োই-মোংবা তুথি। মনাও তাউথিংমাংনা মোইরাংদা লেনথি। মসিনা মুমিৎ ২ থোকপদগী অমা কাপথুখিবা ১না লোইয়েন খুনবী লোক্তা তাখিবা হায়না ৱারিনরি।

খাবা নোংচেনবনা ইমফাল কংলৈদা নিংথৌ ওইচুনা পানহৌরে। মহাক্না পানবা মতমগী নিংশিংবা য়াবা হায়ববু কংলাদা অচৌবা পুখ্রী ১ তৌরম্মী। মসিবু হৌজীক ফাওবা মুংচেং পুখ্রী হায়না খংনরি।

পাখংবনা মোইরাংদা থৈবা মতমসিবু পাখংবনা লোইরেল খুনবী লোক্তা চহি ১০০ খুনকুম্বা হায়না খংনৈ। মতাংসিদা পাখংবনা মোই-রাং নিঙোন লোচুনা মচা মুয়াং চাউবাগা তাংকুমলুম ইবগা অনি পোক লম্মী। মুয়াং চাউবনা কোরৌ অখোং নিংথৌ চনু অরাই লৈমাগা হাওনু লৈয়েননু অমসুং ইৱাংলোন পুৱাং লৈমগা অহুম্মকা পানখি। মখোয়গী ঈদি ঃ— ১) মুয়াংজম (মুয়াংবম) ২ ) হাওরোংবম ৩ ) কোনজেংবম ( কৌচেংবম ) ৪ ) আকারাম কোনসম ৫) লিসম ৬ ) লেংলেল্লাকপম ৭ লাইকুজম ৮) য়োইয়েনবম ৯) কোনসম ১০) আকারাম মনাও তাংকুম লুমইবগী ঈদি "মোইরেংজম"নে হায়রিব য়ুমনাকশিং অসি মোইরাং ইনবা খ্বাং শলাই হায়না খংনৈ। মঙাং শলাইগসু লৌনা লৈনদে।

মসিদগী কেগেদগী অঙোমগা পুন্না লান্দারক্তুনা পুরিক্লাই নারোং

---

*মুমিৎ = মুমিৎ কাপ্পা পুয়াদা নিংথৌবু মুমিৎ হায়বা ৱাহৈ শিজিন্নচু-না নিংথৌগী মমিং পল্লমদ্রিবসি পাল্লিবা নিংথৌনা মপা-মপু ওইবা নিংথৌ অমবু য়েক্রবগী খুৎতা তুখিববু ৱারি অশেংবা মমিং পন্দুনা ৱারি ওইনা লিবা তারবদি মহাক্কী মিংচৎ থিবা মহাম তাবা ৱানি খনবদগী অশেংবা মমিং পলহন্দনা লোক্তুনা থম্লগা মুমিৎ হায়বা ৱাহৈ শিজিন্নহল্লম্বনি।

লাইৰিশুবগী মচা ইৰাং ফৈতেনবনা পোকপা চাউবা সোবন ঙম্বনা থাব্‌ নোংচেনবাবু য়ায়বী লৌখী। পাখংবা নিংথৌ খুভম হনজিনখি।

(৬) নিংথৌসিগী তুংদা পুরিক্লাই ময়াম্বনা কেগে লৈমা খোয়ুম লাই-হৎ থৌবনা য়েনবী থৌবাল ইরুমলাইচনু ঙান্নুরোল ঈরিকনুগা পাল্লম্মী।

(৭) মহাক্কী মতুংদা ইৰাং ফৈতেনবা প্যানখি, মাগী লৈমা পোকপী নুঙৌশুনা চাউবা সোবন ঙম্বাগা লাকপা লৈবগা পোকই।

(৮) নিংথৌসিগী তুংদা পুরিক্লাই ময়াম্বনা পোকলম্বা শুনু চারিক্লাই অতেংবনা ময়াং লোইকেনবা চনু নোংবাললোন মৈরা পোঙেনবীবু মো-ইরাং লৈমা হাপতুনা পাল্লী। ইৰাং ফৈতেনবা য়াউদনা পুরিক্লাই ঙাংনিংশিংদগী শুনু চারিক্লাই ফাওবা নিংথৌ ৮ অসি লাইনি নিংথৌ ওই।

(৯) মসিগী মতুংদা ফাং ফাং অতেংবা পোংজেন হনবগা কেগে লৈমা খয়োইরোন মেনদোমনুগা পানখি। পুরিক্লাই অসির মীগা লাই-গা লোন্নবা নিংথৌনি হায়না খংনৈ।

(১০) মচা ইৰাং তৈলহৈবনা ঙান্নুরোন ঙানবা থাইফবা শারেন মিস্নংলাংবু হাইহৈবা চনু লাইৰালৈমা কোদিংনুগা কেগেদা পালম্মি। নিংথৌসিগী হাক্তুগী তাইবং মাগী নিংথৌরোল চীংবা হৌরে।

(১১) মহাক্কী মথংদা ইৰাং লাইফাচেং অতেংবা খুরাই লমলো-কপনা মৈদিঙু উরা কোন্থৌবগী মমোম তম্ফা হুঙমলোন নাওরেম-তোনবু মোইরাং লৈমা হাপতুনা পাল্লম্মী। উরা খুন্দাবা, মুবা অনি পোকএ। মাগী ঈদী চোংথাম অমস্তুং দেল্লৈবমনে।

(১২) নোংচুপ কোংয়াং ঙম্বা ঙাঙোই উরা খুন্দাবা (উরা) ঙা-ঙোইবা) না কেগে লৈমা চিনফরোন সনাবীগা, মোইবী লৈমা খিমোই লাংবা চনুগা পানখি। কেগে লৈমা অহলনা হেবু ম্না লাখ্বা পোকই অহুগা লৈমা অতোনবীনা মুরাম্না পোকই। মাগী ঈদি ১) মোরাংথেম ২) ৰায়েনবম ৩) কবোলম্বম থাংজমখোন, পুখ্রম্বম, উরাওবম, শংখো-ইবম্নি

(১৩) পুরিক্লাই হেবুম্না লাখ্বানা চিঙু লৈমা নোংখাই নিংথৌ চনু য়াইবীলিক অমস্তুং নোংবাল্লোন নিংথি তরেংবী লৈমা মনিগা পাল।

শ্মী। পুরিক্লাই সনা লাখ্বাগী লৈমা অহলনা লাইয়ু পুনসিবা ১সুং সনা-হোংবগা অনি পোকই, লৈমা অতোম্বীনা থাংরায় কোংদিংহনবা পোকই। পুরিক্লাই সনা লাখ্বাগী মতমদা মোইরাং নিংথিনা চাউথৎলম্মী। মহাক্না যুমলোন্নবা নিংথৌশিংগা খৎনা চৈনবা থোক্তনবা হোৎনৈ।

মতুনা করাংদগী থুয়োল হাউবা কৌব্রুনা ভেস রাখোং শেংবগী লৈপাক কুমৈ তৌবদা থুমন নিংথৌ অদোন পুনসিবা য়ুমোইবাম্থ লা-কপিনবা তাকখি। মতুদা লোইনরপা মৈদিঙু নাওথিখোংদা মচাইবেমা কেগে মোইরাম্বা চন্নু লৈমা নামুন চাউবীবু থাজখি। অমুম্না নিংথৌ অতৈগা ভাইশেন ওইনতুনা পানখি। নিংথৌসিগী মতমদা ইবাংলোন য়াইথিংকোন্নুগা থুয়োল হাউব লাইরবগী রারী শৈশক্লে। মাগী ঈদি মোইরাংথেম. চকপাফিয়ম, নামুনজম, লৈয়ুজম, রাংমনাই শগোলসেম।

( ১৪ ) নিংথৌসিগী মতুংদা পুরিক্লাই লাইয়ু পুনসিবা ( লৈয়ু-অতেংব পুনসি হাইহৈবা ) না কেগে লৈমা য়োইরুমলেনন ফৈরোইগু লাংমৈ য়াংগোন নিংথৌ চন্নুগা ভানবা থাইফবা থোঙাই তেমস্ফাবা চন্নু ভান্নুরোন লৈমা থমোইরেম্বীগা লৈমা অনিগা পাল্লমী। নিংথৌসিগী লৈমা অহলনা তুশেম্বাগা মনাও উরা লৈনাওবগা পোকই। অদুগা লৈমা থমোইরেম্বীনা থিংক্রি নাচৌবা পোকই।

(১৫) নিংথৌ অসিগী তুংদা লৈমা থমোইরেম্বীনা পোকপা থিংক্রি নাচৌবা চোথে থাংরাই পাথংবা, থাংরাই লাই পাথং অতেংবা লোইবী শম্ব ম লান্থাবানা মোইরাং লৈমা থোংনাং লৌইকেনবা চন্নু নোংবানলোন লৈমা শুনুরেম্বী রারম লৈশোক অঙাংবা চিনবীগা নিংথৌ ওইখি। মাগী মতমদা কৌক্রুদা পানখিবা ভাংহুম্থোককী মচা মশুশিংনা কৌক্রু থাদোক্তুনা তম্পাক্তা খুন্দারখি মখোইবু মোইরাং অনৌবা শলাই কৌ-বরোল হায়না থংনৈ।

( ১৬ ) পুবিক্লাইসিগী মতুংদা মচা হুংনাং নিংথৌ তোনবানা লৈ-মা লল্লোই লম্লেন লমবু অশৈনবা চন্নুচিনফুরোন চীংজারেম্বীগা মোই-

রা'দা পানখি। মথংদা ডা'ডোই থোকথৈ লাম্থবা ( থোং খেলেম্বা ) না য়োইরু লোন নোংদাইরেম্বীগা নিংথৌ ওইরমী পুরিক্লাই লাইয়ু পুনসিবগী ঈদি লাইয়ুচমনি।

( ১৭ ) লাইয়ুপুনসিবগী তুংদা মচা পুরিক্লাই তুশেম্বা লৌপী লৌশেন লাম্থাবানা নোংবালোন নিংথিত্রেংবীগা পানখি।

( ১৮ ) পুংরিক্লাই অসিগী তুংদা সনা লাখ্বানা পোকপা থাংরায় কোংদিংহনবান ডান্নুরোনচন্নুগা নিংথৌ ওইখি।

( ১৯ ) পুরিক্লাই কোংয়াম্বা কবুই নুংশাই লাম্থাবানা কেগে লৈমা চাফারোন খুনুং লৈহন নিংথোচন্নু লৈকোন লাংবীগা পাল্লম্মী। মখোয়না থিয়াং মীচাউবা অমসুং খগলাং অতোনবাগা পোকই। মাগী ঈদি :— নম্বুজম, লাইখুজম নে।

( ২০ ) নিংথৌ উরা কোংয়াম্বগী মতুংদা মচা পুরিকলাই থিয়াং মীচাউবা থৌবাল লান্থোয়াংববু কায়না হুনবা পুল্ল লাম্থানা ডানুরোল থোডাইবাচন্নু চেংখুঙমবী (ডানুরোন চেংখামবী) গা পাল্লমী।

( ২১ ) মতুংদা পুরিক্লাই কোকবা নুংহুইরাংনা কেগে লৈমা খুনুং লৈহন নিংথৌ চন্নু চফারোন পোনজেংবীগা পানখি।

( ২২ ) মচাইবুঙো চারন য়োইরিক্লাই অতেংবা ( চারনবা ) না লিনগুরোন নোংদাইরেম্বী গা নিংথৌ ওইখি।

( ২৩ ) নিংথেসিগী তুংদা মচা পুরিকলাই থাঙ্গা হফেল লান-থাবনা য়োইরুমলোন ফৈরোইগু খোইনৌ লাংমৈ য়াংকে'ন নিংথৌ চন্নুগা চাফারোন লৈমা লোকমুংশুগা নিংথৌ ওইখী। লৈমা অহলনা শাংদোল খুবা পোকই ; লৈমা অতোম্বীনা চাখা খমলাং পোকই। মাগী ঈদি কবাজম, নংলেপ্পম।

( ২৪ ) পুরিকলাই শাংদোনখুবা লোইবী মুংতেক লাম্থাবনা কেগে লৈমা য়োইরুমলোন হৈরেম য়াংবা চন্নু সনা লাংমৈরেম্বী গা পানখি।

( ২৫ ) মথংদা মচাইবুঙো পুরিকলাই উয়া তেলহৈব মোনশাং নিংথৌ থাংকুপ লেং লাম্বোয়াংবু কায়না হনবনা ভানবা তে-কচা পাম্বা থাবা নাচৌশুনা য়েনবী ভান্নুয়োন য়্যাংলৈভম্বীগা পালম্মী।

( ২৬ ) মতুংদা ভাঙোই পুরিকলাই মাসেম্ব লোইবী শাজুল লাম্বাবনা রাঙ্ লৈমামাইনৌ নিংথৌ চম্নু চাফারোন লৈহনখোম্বীগা পালম্মী। কোইরেং নিংথৌ, কাবা পুরাং নিংথৌ অমম্নুং ইথায় কাই-রেম্বা মচাইবুঙো অহুম পোকলম্মী।

( ২৭ ) নিংথৌসিগী তুংদা পুরিকলাই কোইরেং নিংথৌ থাম্বী মৈরেং চীংদা খোশাবানা নিংথৌ ওইখি। মচিন মনাও অহুমসিনা নিং-থৌ খুভমগীদমক্তা মিকানরম্মী। মতাংশিদা মনাও য়াইমা কাবা পুরাং-নিংথৌসি লুরাং নিংথৌ নুংবান ফাম্বেক শোকনাইবগী মমোম ইবেমা চিনখুশোকলাই নুংবান ফাম্বেক অহোংবা চম্নু তাইদেল লৈমা থংনৌবী লোই। মকু নিংথৌগী মতেং লৌহুনা লাল হৌরগা ময়ামবুঙ কোইরেং নিংথৌ তাম্বোকলগা নিংথৌ ওইখি।

( ২৮ ) পুরিকলাই কাবা পুরাংনিংথৌ পানবা মতমদা খুনলদ নোংয়াই নিংথৌ য়েইথোং ভাইনা নোংগাগ্রবা তুংদা মচা ইবুঙো হাও-রম অহল, হাওরম য়াইমা, অমম্নুং হাওবমতোন লৌথবা অহুমশি নিং-থৌ খুফমগীদমক লাল হৌনরম্মী। হাওরম অহল মনাও অতোম্বাগী মখু ত্তা লীকলাই তারোং, পারোংকেনগী লালফমদা তুথি, হাওরম য়াইমাম্নু মাইথিহুনা মোইরাংদা চেনখি। হাওরম অতোনবনা নিংথৌ ওইহৌই। পুরিক্লাই কাবা পুরাং নিংথৌনা হাওরম য়াইমাবাবু চংজফম পিহুনা মো-ইরাংদা লৈহনখি। থৌদোক অসিবু লিকলাংগী বাথোক হায়নম্নু থংনৈ।

অহুবু কাবা পুরাং নিংথৌম্নু কেগেদা পালিভৈদা মহাক্কা নাহা ওইরিভৈদা মরি লৈনখিবী উয়েল লৈমা স্না লিক্লাই খোমহানবী বা-কোন লোইনেম্বা চম্নুসি নিংথৌ ওইরবা মতমনা কোম্নুংদা পুখংলম্মী। থৌদোকশিদগী লুবাংচম্নু মোইরাং লৈমগা নিংথৌগা লোম্নবীগীদমক

মুঙাইনখিদে,। লৈমাসিনা মনাও ইবুঙো ইথায়কাইরেম্বাগা লৌতুনজনা লাল হৌরম্মী। কাবা পুবাং নিংথৌ মাইথিজনা লৈমা অতোম্বী পুরগা থাঙ্গদা চেনজনা লৈথি।। মক্কম অদুদা মচা উরা হনবা পোকলগা নোং গাখী।

( ২৯ ) পুরিকলাই ইথায় কাইরেম্বা খোমদোল অতোনবা ঙাই-খোং নিংথৌ কয়না ছুমবনা মশানৌ কেগে লৈমা নোংবালোন মালং অহোংবা চন্নুনে, লাইতোন লৈমা থংনৌবীনে. থৌরি নোংখু অহোংবা খোইনৌ লাংমৈ য়াংগোল নিংথৌ চন্নু য়েইরুমলোন কৈরোইশু সনা পোনজেনবীগা লৈমা অছুম অসিগা পালম্মী। লৈমা অহন্না পুরিক্লাই থাহন চাংনন নিংথিবা পোকই. লৈমা অতোম্বীনা সাংদোল লৈনাও তাবা পোকই।

. নিংথৌ ইথায় কাইরেম্বানা মতৌমা চিনফু সোকলাই নুংবান ফা-ম্বেক অহোংবা চন্নুবু মোইরাং লৈমগী পোৎচা মুনা পিজনা যান্না হকা-য়থুন্না থমলমী। মতমসিদা লুরাং লমদস্ত নুংবাল যাংহনবগা মনাও য়াংখুবগা মচিন্না মনাও ঙিংথৌ খুভমগীদমক য়েংথিনবকপদগী য়াহনবনা মনাওগী মখুত্তা মাইথিবা ফংদনা মোইরাংদা চেলক্কনা মনেগী মনাক্ত. লোৎলমী। মফমসিদা মহাক্না মোইরাং নিংথোগী মজাইবেমা কুমজারে-রেম্বী ( ল.ইংরেম্বী ) গা লোন্না লৈমিনখি। থৌদোক্কু নিংথৌনা চীং-নরক্কনা খিবদা পয়া মপুন মরুনদা লোঙনা লৈবা মমাকপু থেংনজনা থাংনা কক্কনা হাৎখি। থৌদোক্কুদগী পয়া মপুন অচৌবাবু মীহাৎ ১-হায়না হৌজিক ফাওবা খংনরি। অদুবু মচা ইবেম্বা কুমজারেম্বাদ মী-রোল হৌরবনা মচা নপা খোংগলতেলহৈবা পোক্রে।

(৩০) মহাক্না চাউরক্লবা মতমদা কাবা পুবাং মিংথোন পোকলম্বা মচা উরাহনবানা মহাক্না লৌত,নজনা লালহৌবম্মী। খোংগম তেলহৈরানা পুরিক্লাই ইথারায় কায়বেম্ববু ইথরায় পুনমচীংদা লোঙনা থিন্দুনা য়াইবা। ক্লৌখি।

খোংহল তেলহৈবনা ইরাংলোন মুরৈতাংবী লৌচুনা মচা কোক-পা য়াংবা পোকই। মাগী ঈদি :— ফৈরোজম, সোইবম, ময়ুম্মায়ুম, থিয়াম, মৈএম, থমংবম, অমসুং য়ুমলেমবমনি লুরাং শাদ্দাইনি। ইথায় কাইরেম্বগী শাগৈদি নিংথৌখোংজম, কোংথাম, মোইরাংথেম কা-ইরেনজম অমসুং য়াংবিজমনি।

অদুবু ইথায় কাইরেম্বগী মচা খংহন নিংথৌবানা লাল হৌরগদুনা মপাগী নিংথৌ খুভম হনজিল্লী। পুরিক্লাই অসিগী মথুক্তগী অমুক মনাও উরা ভাইখোম্বানা নিংথৌ খুভম মুনখি।

অসুম্না চহি : রোম চয়েংনবা অচৌবা ইরাং : খোকলুরবসু মমৈথংদা পুরিকলাই সাংদোন লৈনাও তাবনা মোইরাংগী নিংথৌ ওই-খি। মহাক্না কেগে লৈমা নোইনিং লৈরিক চনগুম্বী নোংলৈশংবী অভৌবা চনুগা মোইরাং পাইখু, লৈমা কোনবা চনুগা পানখি।

নিংথৌসিগী মতমদা খুমনগা মোইরাংগা য়াম্না য়েংথিনরমী। মহাক্না খুমন্দা লান্দানবা শেম শারগা হি তোংদুনা লানমী তেংঙোল গা লান্দাবা চংখী। অদুবু থৌদোক্তু হাম্না খংবা খুমন নিংথৌ ইংকপ লাম্বাবানা লানমী তেঙোলগা লম্মাখাংদা ভাইদুনা থংলগা ঈশিংগী লাল শোক্লাখি। লালফমদুদা সাংদোন লৈনাওতংবা লাম্মীগা লো-ইননা লানফমদা তুখি।

( ২১ ) মহাক্না লৈখিদ্রবা তুংদা মচা শোংলেন লাম্বাবা লোই-বীনি। শোংভম্ব। অতেক্কী লোইজা ভম্বনা মৈদিও, খুমোমবাগী মমোম ইবেম্মা ভক্ষা য়াওমলোন হাওথৈ লাম্বাবী ( হাওখা লানথবী ) নে চাংদা লৈনম্বা মমোম য়োইবা লৈমা য়োইনাওয়োন শাফবীনে লৈমা অনিগা পানখি। চীংখু তেলহৈব, চীংখু অথুবা অমসুং থমং অভোনবা অহুন পোকই। অদুগা লৈম তোম্বীনা চাফাবা পোকই। পুরিকলাই শোংলেন লানথাবগী মতমদা কংলৈপাকসিদা অরানা লা-ন্দারকখি। খুমনগা হাম্না খেংনাবনি। খুমন নিংথৌ পুনসিবানা

লান নেক্রবদগী মৈদিঙু খুমোম্বা অমস্তুং পুরিকলাই শোংলেন লাম্বা-বানা লান্মী তেংগোলগা লান পাংতুনা অরা তানখাইখি ।

থোদোক্তদগী মৈদিঙু খুমোম্বাসি হান্না কাওবা মীওম্বা কৌরম্ব দগী খুমনবু থোমজিল্লী হায়দুনা খুমেম্ব থোনখি অতুগা শোংলে লানথাবাবুনা খুমনদা লান্দারকপবু ওম্মী হায়দুনা অদোনলকী লো-ইচা ওম্বা ( অতেরকী লোইজা ওম্বা ) হায়না মিংথোনখি ।

( ৩২ ) সোংলেন লাম্বাবগী ভুংদা মচা । পুরিকলাই চীংখু তেল হৈবা ( লাইজিংখু তেলহৈবা ) না মোইরাং লৈমা হেরেম লাইফা চনু হেরেম তাত্তশুমাং খুনজান মুংবী তুংবু অশৈনবা চনুগা পানখি । ভাঙোই লাইজিং পুন্সিবা, সানাবা (সংশা নাইকোনথনবা) অমস্তুং মমোম তম্ফা য়োইরেন তোমপোকপীগা পোকলম্মী । খুরেনচন্দবগী ঈদি মো ইরাংথেম অমস্তুং ভাঙোমনি । মজাইবেম্মা য়োইরেন তোমপোকপী মৈদিঙু থংবী লাম্বাবাদা থাজে ।

পুরিক্লাই চীংখু তেলহৈবাগী মনাও য়াইমাবা চংখু অথুবনা মজাইবেম্মা থোইবী পোকই ।

অতুবু চীংখু অথুবা অমস্তুং থমং অতোনবাদি পিবা পোকখিদে শোইনাইদে । ইমফালদা মৈদিংঙু থংবী লাম্বাবানা পানবা হৌরকপা মতমদা চীংখু তেলহৈবাগী মমোম ইবেম্মা তমন্না যোইরেন তোমপো-কপী লৌতুনা মঙাং লৈমা হাপ্পা মতমদগী ইম্ফালগ মোইরাংগা ভাইশেল ওইতুনা ইংনা পানবা হৌখি । ইরাংলোন য়োইরেন তোমপোকপী লৌবা মতমদা মোইরাং নিংথৌনা পীয়ু হায়বা য়াদবদগী লাল শো-কখি অতুর মজা ইবেমাগী রা তারকপদগী লাল লেপ্পাতুনা লুহোংখি ।

(৩৩) মখংদা পুরিকলাই ভাঙোই লাইজিং পুন্সিবানা মোইরাং লৈমা নোংবাল্লোন লৈমা লাইরোং লেম্বী ( লাইরোক লেম্বী ) গা নোংবাল্লোন তোনু লাইজিং লেম্বীগা খয়োইরোন পুয়াম চনুগা লৈমা অহম অসিগা পানখি । মোইরাং লৈমা অহনদি শোইনাইদে, তোনু লা-ইজিং লেম্বীসু মীরোল্লাবা ভুংদা নিংথৌগী অচানবা ফমদোরেনবা, কদেং

থাংজাহনবদা মনা লৈরাং ওইনা পীখি। মতুনা অঙম্বাগী মমাল য়াইদা উরা খোংজোম্বা পোকলম্মী।

লৈমা অতোম্বীনা চকমুবা পোকই। চকমুবাগী ঈদি মোইরাং আচোমনি।

( ৩৪ ) নিংথৌসিগী তুংদা মচা চাখা মরিংঙম্বা পুরিকলাই উরা-খোংজোম্বনা মৈদিঙু নোংচুপ কোয়াং ঙম্বাগী মমোম তুম্বা রাঙমলোন ময়াম্বীগা পানখি য়োইরেম্ব পোকই উরা খোংজোম্বগী তুংদা

( ৩৫ ) পুরিকলাই য়োইরেম্বা লাইবী থোইরেই ঙম্বানা কেগে লৈমা থোংলেন রাং খৈরাকপম চন্নু রাঙমলোন চীংশোম্বীগা লৈমা ফৈ-রোইশু কোংয়াম্বীগা লৈম অনিগা পালম্মী।

মোইরাংলৈমা রাঙমলোন চাংশোম্বীনা পুনসিবা থুরেনচনবা, য়োইচারোনবগা অনি পোকই লৈমা ফৈরোইশুনা চাফাবা পোকই। পুরিকলাই য়োইরেম্বাগী ঈদ মোইরাং কৈথেললাকপম, সনাকুংবম, মোচবাংথেম, ওক্রম, ওক্রম মাইরেম্বমনি।

( ৩৬ ) পুরিকলাই য়োইরেম্বগী তুংদা মৈনা রায় তাংনাসম ভা-ঙেই পুনসিব থুরেনচনবা ভাইতে লান্থাবা মথাঙ খোংথেন পৌবানা মোইরাং লৈমা নুংবাল্লোন সন রেম্বী পুব ং মালং অহোংবা চনুগা লৈমা ভান্নারোন য়োইরেবীনে চকপ চন্নু মেমোমচনে লৈমা অহুমগা পালম্মী মোইরাং লৈমা সনারেম্বীনা সনাহোংবগা খেনলৈ পাম্বাগা পোকই। লৈমা য়োইরেম্বীনা খোংহনবা পোকই অতুগ মেমোমনুনা য়াওন্নুরাকপা পোকই।

পুরিক্লাই পুনসিবাগী ঈদি :- পুখ্রম্বম, মোইরাংথেম, নাঙেংবম, য়াইখোম, অচোম, অমসুং কুমাবম ( কুমাম ) নি।

পুরিকলাই পুন্সিবনা পাল্লিবৈ নোংচুপলোমদগী ময়াং নিংথৌনা লান্দাররুম্মী। ময়াং তেঙ্গোনবু থিংবাদা য়াম্না রারম্মী। মতুবু মচা খেলৈ-

পাম্বন মোইরাং তেঙ্গোল পুন্থনা ময়াং তেঙ্গোলগা লাল শোক্কদগ ময়াং নিংথৌ খোইবা রসিকাবু মানা থাবা লৈইদগী লাম্থোকহন্দ. হাৎখি অমুম্না মোইরাংবু ময়াং লান্দারকপদগী কলহৌরম্মী। অতুন মহাকপু খেলৈ পাম্বা লৈই লাম্বাবা হায়না মিংথোনখি।

মপাবুং নিংথোনা পেনতুনা মহাক লৈত্রবা তুংদা নিংথৌ খুভ ফংজৌ হায়না হায়খিরম্মী। অতুগা মহাকপুনা লিতানশোইদা লাল ভ. ক্ত.না লৈহনখি।

( ৩৭ ) অতুবু পুরিকলাই পুনসিবা খুরেনচনবানা লৈত্রবা তুং সনাহোংবা নোংপোক রাইরং মেনখোম্বা থোংনাং তাখেল লাম্বাবা. নোংবানলোন শম্মারা লংমাই নিংথৌ চনু সনা থোইবী লৈমা পুকৈবে লাংমুম্বু লৈমা হাপ্তুনা পাল্লম্মী। লৈই লাম্থাবানা নিংথে ভতং ফংদবা অতুদা শাউরম্মী। মতুদা লৈই লাম্বাবানা কেগেদগী হিয়াই পুম্ব থোমলগা পুত্রনা ইম্ফালদা চেনখি অমসুং মৈদিঙু পুন্সিবদা লাং পাংবিনবা হায়জরম্মী।

পুরিকলাই সনাহোংবা যাম্না চেকশিনবা নিংথৌনি। মচা কভুম চাইবা, খেঞ্জং চাইবা, সনালিকবা (সনালিথুপা), মনাও ঈরা (তাংবল তোম্বা) মনাও য়োঙ্গুরাকপা. খোংহনবা (লৈনাং লাম্বাবা) ময় য়োঙ্গুবাকপাগী মচা চাফাবা অকল অথৌশিংগা নিংথৌ খুভম ভাকি অতুনা মোইরাং মরা তপনা পানবা ভমখি। লৈই লাম্বাবাগী থৌরাংন মোইরাং কায়বা য়াবাগী ফিভম লৈরমদে।

অতুবু মৈদিঙু পুনসিবা মোইরাংগী বাথোকসিনা খুদোংচাবা মংহনানংদে। অতুনা খুভম চেৎনা লৈরিবা মোইরাংদা লাম্মী তেঙ্গো পুত্রনা লানদাখি। পুরিকলাই সনাহোংবানা কেগে পারাও প্যাংখাইজাং অমসুং উবা লাংমৈরেম্বা অনিগী মখাদা কেংগোল থারক্তুনা মোইরাং কৌমুতাকতা লানথেংনখি। লানফমড় মৈদিঙু পুনসিংনা লান হম্মী [illegible] পাংখ ইজাম্বস্ লানফমদা তুখি অতুবু মাইগৈ অনি

লাম্মী য়াম্না শিনাখিবা মরম্না লাল মাইপাক্লাবস্থু মথা চৎনিংখিদে মৈদিঙু, পুনসিবা অদুম হলক্লম্মী ।

পুরিকলাই সনাহোংবা য়াম্না চেকশিনবা নিংথৌনি । মহাক্না নক্না-বা লৈবাকশিংগা থৎনদনা ইংনা লৈনবা হোৎনম্মী । অদুনা ইম্ফাল কংলৈদা লান্দাবগী মহুৎতা নিংথৌ পুনসিবাবু অমুক লান্দারক্কনবা তাইসিন্নবা হোৎনখি। অদুগা অরাগী নিংথৌগা মরুপ ওইবগী সন্ধি তৌনদুনা মপাঙ্গল কনথৎহনখি ।

তালকশিদা মৈদিঙু পুনসিবা লালগী শেম শাবদি তোক্লে । অদুবু মহাক অদুক য়াম্না চেকশিনবা বাখল তাবা নিংথৌ ওইনা লৌবা য়াদে মহাক্না অতোপ্পা লৈবাক্না লৌতুনদুনা লালসি চংনবস্থু হোৎ-নখিদে অদুগা মোইরাং কংলৈবু মপাঙ্গল হনথহন্নবা থৌরাং শিনবা তৌখিদে । অতবু তেঙ্গোল অচৌবা পুদুনা কুম্বী সম্পোং লোমদাগী কেগে মোইরাংদা অমুক হন্না লান্দাখি ।

পুরিকলাই স্নাহোংবাস্থু লানফমদু থেংনানবা কেগে তেঙ্গোল অনি থোক্লে অমনা মোইরাং নোংথোল চাউবা য়াইখুস্থুগা নিংথৌগী মনাও লৈতাং লাম্বগা য়াওস্থুরাকপাগী মচা চাকাবগা লুচিংখি। অনিস্থুবা তেঙ্গোলনা মনাও য়াউস্থুরাকপনা লুচিংবনি । অহানবা লানমাং থংখিবা তেঙ্গোলসিনা মৈদিঙ পুনসিবগা ভাঙোই হাওতম থোংদা শোক্লাখ । লানফমসি য়াম্ন কন্না শোক্লবনি অদুবু মোইরাং মাইথিরম্মী। লৈতাং লাম্থাবানা লেমহৌবা লাম্মী থরদু পুদুনা লাল্লিং হনখি । মৈদিঙু পুন-সিবা হন্দক্তী লানফমদু মাই পাক্লাগা হনবা তৌদনা মোইরাং কোমুং তন্না কুজিলক্লে ।

লৈতাং লাম্থাবাগী লেম্নকপা লাম্মী থরদুগা য়াউশুরাকপগী তে-ঙ্গোল অচৌবাগা মৈদিঙু পুনসিবাগী তেঙ্গোলবু শোইবুঙদা থিংলম্মী। লালদু অকিবা ফংনা শোক্লাখে । অহানবগী লানফমদা চোকথরবা ওইবনা মোইরাং লাম্মীনা লাকচাখি ।

নিংথৌ পুনসিবা তেননা পালম্মী। অদুবু য়েক্লবগী মখুত্তা তাদি ভৈদা মচাইবুংডো নিংথৌখোম্বনা মপাবুংবু পুহনা হলক্লম্মী। মেইবাং লাম্মীনা তান্নায়কপনা মতম খরা অদ্রোং খুলদা নাথৈহনা লোৎলম্লগা ইম্ফাল য়ৌরক্লবা গোৎনবদা লমখাংদা নোংগাখি নিংথৌগী অশিবা মশাদু মোংশাংগৈদা লাম্মী থরগা হুচিংবা অমাবু ভাকহলমলগা মৈদিঙু নিংথৌ খোম্বানা মোইরাং তেঙ্গোল থিংবা লেংখি। নিংথৌগী অশিবা মশা শংবা লুচিংবাদুগী শাগৈবু মংশাত্তাবম হায়না থংনখি।

অদ্রোংসিংনা নিংথৌ পুম্সিবাবু চেকশিননা থৌগল তৌহনা হোৎনখিবাদুদা পেলহনা নিংথৌখোম্বনা অদ্রোংবুসু থৌ কোকপীরম্মী।

মপাবুং লৈক্রবা তুংদা নিংথৌখোম্বা ফম্বাল কায়ে। মৈদিঙু সিংথৌখোম্বা য়াম্না চেকশিনবা নিংথৌনি। মহাক্না অহানবদা তুম্নদা কোনখাং লাইচাউবাবু লাম্মী থরগা থাদুনা মোইরাংগা য়েংথিননবা শিলম্মী কোনখাং লাইচাউবানা ইমুংদা লোম্না চংহনা শেম্বী মরৈমাবীবু হাংতোক্লুরে। অদুগা তুমু নিংথৌদা তুমু লৈমা হাংলম্মী বাশিদি মোইরাং মচাশিংনি মখোয়দি থম্নাদা চাক চাবনি য়েংউ হাযজিল্লম্মী থম্নাদা চায়ম্বাগী খুদম ফংবদগী তুমুসিংনা ওল্লকপা কুমদা মোইরাংদ লান্দামিন্নাবা মৈদিঙু নিংথৌখোম্বানেকলখি। নিংথৌখোম্ব কেগেদা লোম্না লাক্লাগা লোক্তাক্তা নাইতোম বুমলকপবু হাং অদুগা চৌংদা শিংচনবা নাইতোম তাপাবু হাং খোক চত্তুনা মোইরাং মীয়ামবু কিহল্লম্মী। থৌদোক্তু কেগে নোংখোল নাম্নোই চাউবা য়ু ইথু নকরম্বা মীশক ওইরবগদাগ থন্না ফানবা হোংনরকপদগী নোংমা খোংখাদা লোত্ত না লৈরম্বা থেংনখি। অদুবু নিংথৌনা নোংখোলদা মাগী মতেং পাংবীয়ু মোইরাংগী নিংথৌ ওক্তেংনগানি অদুগা মচা পুপীবুনা ইম্ফালদা লৈমা হাপকানি হায়নাথেম্নদ। য়ারক্লে। লোম্না মোইরাং নোংখোলসিনা ময়ুমদা মতম খরা নিংথৌখোম্ব খুদোংচাবা ভাইহনা লৈহল্লমী। অদুবু মোইরাং পুম্বিবদি নিংথৌগী মনাও য়াওশুম্নাকপনি।

য়াউশুবাকপানা লানফম কয়া ডমল্কপদা মে ইরাং মীয়ান্না মহাকপু থাগংনরম্মী। মসিদা নত্তুনা চঙগী থুন কয়াসু লোয়চনশিনহুনা মোইরাং পাকথোক চাওথোকহন্দুনা মপাঙ্গন কনথ-ৎহনখী। মোইরাং নোংথোন নামোই চাউবা য়াইথুশুনা মহাক্না পাং থোক্কে খল্লিবা থৌরাং পুম্নমক য়াউশুরাকপা লৈরিবমখৈ ওইথোক্কোই হায়বা মুন্না খংখি। মতুনা অনৌবা লৌশিং থোক্লুনা নিংথৌগী লৈ-মাদা মনাও য়াউশুরাকপনা নোংমা-শোইদনা নিংথৌ ওইখিবা য়ায় হায়জিনবিরম্মী: রাকমসিদা লৈমনা য়াম্না থাজবা পোকখি। মতুনা অঙণসিগা লৈমগা লৌতুনরগা নিংথৌদা মনাউ মুপা য়াউশুরাকপনা নিংথৌ খুভম মুন্নবা থৌরাং তৌরে হায়জিনহুনা মম্নাম্না নিংথৌনা মনাও য়াওশুরাকপাবু মোইরাংদগী তানথোকখি।

য়াওশুরাকপা চীঙদা নএগা ময়াং লৈপাক্তা চৎখিরম্বা য়ায় অহুবু কনানসু অশেংবদি হৌজিক ফাউবা খংবা ঙমখিদ্রে।

ময়াম্নগী নিংথৌ তাংবল ঙাকলম্বা মতিক মথৌনা লৈরবা য়া-ওশুরাকপা লৈতবদা পুরিক্লাই সনাহোংবগী মপাঙ্গল য়াম্না হনথখি।

নিংথৌ সনহোংবগী মপাঙ্গল চাউরবা মচানুপা কসুমচায়বা খেনজংচাইবা সনা লিকুবা অমসুং ঈরা (তাংবন তোরা) কৌবা মরি লৈ। অহুবু মচা অতোম্বা ঈরা নত্তুনা অতৈদি থোইদোক্লা শিংথাবা য়াবা রাখল লৈবা ওইরমদে য়াউশুরাকপগী মচা মুপা চাফাবা মপানা মোইরাং থাদোকপদ তুং ইনখিদে মহাক মতিক মথৌনা লৈব অমা ওইরবসু মপাওম্না কা-হেনবা হৈ শিংবদি ওইরমদে।

অতুনা নোংথোন নামোই চাউবা য়ায়থু শুন, থাংনিংবা পোরম-হাঙকপদা কনানসু খিংবিনবা লৈত্রে।

ভাওোই পুরিক্লাই সনাহোংবা মনাওনুপা য়াউশুরাকপাবু তাক্লো-কখিবদগী ওইরক্লিবা শক্তংহু উবদা মুঙাইরমদে মতুনা মুঙাইতবদগী ম্না নাখিরম্মী। মোমা মহাক্না কনা নাহুন লৈরিবা নিংথৌবু কম

শেন্নরিভৈদা অহনবা মোনগী মন্নুংদা থাং হাপতুনা অচম্বা মী শারিবা মৈদিঙ নিংথৌ খোম্বাবু পুসিলহল্লগা নিংথৌ ম্নাহোংববু য়াইবি লৌনবা থাংনা থিলহল্লম্মী অদুগা ইম্ফাল তম্না চেলহনখি মতাং অদু ফাওবদা নোংথোনগী থৌরাংনি হায়বা অঙম্বাশিংনা খংখিদে। অদুবু ইম্ফাল কংলৈগী নিংথৌননি খংবদগী করিশু থম্বা তৌদনা তেঙ্গোল খোমগত্তুনা ইম্ফাল তম্না লানগারকখি।

তালকসিদা নিংথৌখোম্বনা ইম্ফালগী তেঙ্গোলগা কবো তোঙ্গালগা পুন্না মোইরাং থিংনবা থৌরাংখি।

কবোশিংস্থু লালহৌরক্লে তাবাদগী তুমু লাকপা ঈম্নানা মোইরাং তেঙ্গোল ১ পুতুনা কবো নমথবা খোংশানখি। ইম্ফাল তমখৎলকপা মোইরাংগী তেঙ্গোল অচৌব অদু খেনজংলেম্বা খেনজং খাইবা অমসুং চাকাবা, লৈতাং লাম্বাবা, সনারক্কী পোনচেম্বা, লুপারক্কী কাপুখোম্বা, কেগেরকপী তিনহৌথাচা, লাংখোংতৌগী রাপু নাওজ, ভখিং অয়াংচা, ভাখাঁ লমপোকপী উরা লাংমৈরেম্বানা চিংবা অথৌবশিংনা লুচিংলকই।

অসোমদস্থু মৈদিঙ নিংথৌখোম্বাগা লৈচোন লাকপা তোংলোং খোম্বা. য়াইস্কুল লাকপা, ম্নাহল লুপলেন লাকপ কোংয়াম্ব। অমসুং অংভৌবা হিথবসাংলোই ভম্বাগানা লুচিংখি।

মেইরাং নামোই লৌশিংবা নোংথোলনা হান্না শরৌ শিন্দুনা মৈদিঙ নিংথৌখোম্বাদা কেগে তেঙ্গোলনা ইম্ফাল য়োরক্লবা মতমদা চৌংঙা মথক্তাগী থাং হায়রক্কে মদু নত্রিমখৈ লুমতুনা লৈয়ু হাইরকপদগী ইম্ফাল কংলৈগী তেঙ্গোলনা শেম শাতুমা লুমতুনা ভাইখি। কেগে নোংথোলনা মোইরাং লাম্মিশিংদা কোনুং তম্না য়ায়স্কুল লম্বী ফাওনা চংশিল্লো মাহাক্না চৌংঙ মথক্তা কাখত্তুনা য়েরুবাশিংবু য়েংগে। মানা লাওরক্ত্রিমখৈ য়েরুবা লৈতে থল্ল হাইতুনা মোইরাং লাম্মীবু কংলা তম্না চংশিলহল্লম্মী অমসুং য়েরুবশিংনা মপুং ফানা কোইশিলহ নখি।

তাঞ্জাদু য়েংদুনা কেগে নোংথোলনা থাং হেক হাইরকপদা লম্বেল কাণ্ডপ অনিদগী য়েক্লবনা ফুজিল্লকখি য়েক্লবশিংনা লুমদুনা মদুম্না লৈরমগনি খংদবনা শেম-শাবা নংহৌদনা নমদুনা লান্থেংনবা ৎাখি। অহনবা লৈতনা অকনবা লাল শোক্লখি। অদুবু কেগে অথৌবশিংডু মোইরাং লাম্মীপুম্নমক্কা লোইননা লানফমদা তুখি। মোইরাং নোংথোল মশামকস্থু য়েক্লবগী খুৎতা য়াইবী মাংখ্রে, মোইরাং পুম্নমক খোমজিল্লগা লৈলুংদা ফুমখি *লৈপুং থোনগৎখি পাখংবগী পাফন য়েকপা নুংপাক্কা ** মথক্তা নন্দ্রনা থমখি।

মোইরাং খোমলগা ফুমখিবা মফমদু "মোইরাংখোম" হায়না খংনরি।

ইম্ফাল কংলৈগী তেঙ্গোলনা মোইরাং তন্না ফুজিল্লক্তুনা কেগে কোন্নুং থুগাইখ্রে, মীয়ান পুম্বা অউব, অফংবা মখৈ তক্কুনা হাৎখ্রে। নামোই লৌশিংবা নোংথোলগী ইমুং মন্নুংস্থু মদুদা য়াউখ্রে। লৈমা হুপিশিংবু নায় ওইনা খোমগৎখি। মোইরাং তুমখ্রে। ইতিহাসকী লামাইদগী অরোইবা চেনা থুপচিনখ্রে। অস্থুন্না হৌজিকফাও মোইরাংদা শোন্নরি "তেরা মক হুল্লগা হৌরকপা

---

*মোইরাং খোমদুনা ফুমখিবা লৈপুংবু "মোইরাংখোম লৈপুং" হায়না খঙনৈ। মসি য়াইস্কুল পানাগী মন্নুংদা লৈ। লম্বী শেম্বদা নোংপোক থংবা শরুক তখাই অমা তেমখ্রে। নোংচুপ থংবা শরুক্তা জে: বি: স্কুল লৈ। মোইরাং শলাইগী মীনা লুহোং খোংদোংবদা লম্বী মতেক অসি দোলাই তোংলক্লবস্থু কুমথরগা মখোংনা চৎত্রনা মপা মপুবু ইকাইখুম্নবা উংলি।

**পাফন য়েকপা নুংপাক :- মথক্তা নলম্বা নুংপাক হৌজিক্তি লাইরেনলাকপম জামিনি সিংহনা তাং ৩।৪।৯২ ইং শজিবু ৩ নি পানবা নিংথৌকাবদগী মযুম হিঙ্গোল মন্নুংদা পুরৈলোম্বগী লাইশং মন্নুংদা পুন্না থমদুনা ইন্নাৎলি। শিংজমৈ মখা নাওরেম লৈকাই অরাংদা লৈবনে।

পাম্বিতু চাউরকপানা হিজাও অমা শাবা য়াবা মতমতু ফাও মোই-রাং খুল মপুং ফান লিংবা ঙমখিদে খুন্তাক লানশিখি।

মোইরাংখোমদা ফুম্বদা য়াউখিবশিংগী মরক্তা পুরিক্লাই সনাহোংবগী মচা কশুমচাইবা, খোনচংচাইবা, অমসুং সনালিকুবা অহুমক, নিংথৌগী মনাও লৈতাং লাম্থাবা, অমসুং য়াওসুরাকপগী মচা চাফাবা ফুম্বদা য়াওখিএ। সনাহোংবগী মচা অতোম্বা ঈরা (তাংবন তোরা) দি কবো থিংবা চংখিবনা মোইরাংখোমগী লাল য়াওখিদে খুদোংথিবা ময়ামদগী নাথৈতুনা হিংখিএ।

পুরিক্লাই স্নাহোংবাগী মতুংদগী কংলৈপাক অপুনবা লৈবাক অমা ওইরে। ইঙ্খালনা লৈবাকসিগী কোনুংনি। মোইরাং নিংথৌ হায়বা ফমসি অপুনবা নিংথৌগী ফম্নাইবা ১ ওইনা লৈখ্রে।

মৈদিঙু নিংথৌখোম্বানা ফমসি মোইরাং শালাইগী মীওইদা হাপ্তনা মশাগী শাগৈগী মীবু ওইহনবা পাম্লম্মী। অতুনা খেৈল পাম্বা লৈই লাম্থাবসু ইঙ্খাল থাদোক্তুনা চেনখ্রগা অরাং কাংচপাতা লোৎতুনা লৈখি।

মৈদিঙু নিংথৌখোম্বানা শাগৈগী মনাও মেয়াবু মোইরাং নিংথৌ ওইনবা থারকই অতুবু লাইনিংথৌ থাংজিংনা মমং মাহাদা কিহনবা লম্বীদা কৈ ওইনা চোংথোক্তুনা থিংবা, অমসুং মাইবীগী লাইফাও কায়াদগী ওইখিদে। অসুন্না মমৈথংদা নিংথৌনা কাংচুপ্তগী থিগংংনা লৈই লাম্থাববু ফম অসি ওইহনখি।

মোইরাং নিংথৌগী ফমসি লৈবাক্কী নিংথৌগী পুক্নিংগী অপাম্বা মতুংইন্না অচানবা মনায়শিংদা ওইহনবা ঙাক্নি, মরু ওইবা ওইদে, শাগৈগী পিবাগুম্বানি। অতুনা ফমসিদা কোংথাম, নামৈরাকপম, অচোইবম, খাগোকপম, রায়েনবম, মোইরাংথেম অমসুং কোঞ্জেংবম য়ুম্নাকশিংগী মীওইশিংসু ওইখি। নিংথৌনা লৌথোক লৌশিনসু য়ায়া তোইনা তৌবা মরমনা মরিকচন্না ইবসু ওইথোক্তে। অফংবা খরঙং মথাদা পিজরি।

১। লৈইলাম্বাবগা নোংবাল্লোন সনারেম্বীগা মোইরাং নিংথৌগী ফমসি হুজিনখি। ওম্বা পোকখি।

২। ওম্বানা নোংবাল্লোন সনাথোয়াগা ওই। মচা শারাবা, নানবা অমসুং লাখ্বা ৩ পোকএ।

৩। *শারাবানা য়োইরুমলোন লৈহৌঙম্বীগা ওই। মচা অচবীখোং পোকত্র।
লৈইলানথাবগী ঈদিঃ – মোইরাংথেম (মোইরাং), ওক্রম, কুমাম অসুং য়াইখোম।

৪। অচবীখোংনা কৌবরোন তোমশেন লাংমৈ চনুগা ওই। মচা হাওবাচেংবা (হাওচালেং লানথৌবা) অসুং খম্বা ২ পোকএ। খম্বগী ঈদি মোইরাংখাংবমনে।
( *মোইরাংনিংথৌরোল লম্বুবদদি নানবা অমসুং শারাবা মীশক অমত্তা ওইনা "নানবা শারাবা" হায়না ই। )

৫। হাওচালেং লান্থাবা (হাও কজেং লান্থৌবা) না থোংলেন রাংখেরাকপম চনু রাঙমলোন লাকহিমোম শাফাবিগা নোংবালোন কোইরেম্বীগা ওই। নোংবালোন কোইরেম্বীনা নোংশিংচায়বা পোকই।

৬। নোংশিংচায়বানা কৌবরোল তোমশেল লাংমৈচনুগা রাঙমলোন ওম্বীগা ওই। কৌবরোন চনুনা মচা খাইরোইনাই তেলহৈবা পোকই।

৭। খাইরোইনাই তেলহৈবনা কৌবরোন মোনশাম্বীগা ওই। মচা অমচী লান্থাবা অমসুং য়ুরা পোকই। য়ুরাগী ঈদি য়ুরাওবমনে।

৮। অমচী লান্থাবানা থোংলেন রাংখৈরাকপম চনু কিয়াম্বীগা ওই মচা চিংতরেং লৈশংবা অমসুং চাপাললোই পোকই।

৯। চিংতরেং লৈশংবনা য়োইরুমলোন লম্বাশু হাওনুগা ওই। মচা তাইবিওম্বা অসুং চামিপা ২ পোকই। চামিপাগী ঈদি মোইরাং খোনবমনে।

১০। মালং তাইবিওম্বানা লাম্পাশু নোইবিনে হাওবিজম চম্মুনে ২ গা ওই। হাওবিজম চম্মুনা লাখ্রা পোকই। মাগী ঈদি মোইরাং লাকখোমনে।

১১। ব্রায়েনবম খোকথৈ লোনয়াম্বা খাবম শিংশুহনব। নোংথোন তেং-মায়থিম্বনা ওই। মহাক মৈদিঙু পামহৈবগী মতমদা নোংথোল ফমম্মু ওইখি। মাগী লৈমা নোংচুপ গঙ্গারোন নাওরিয়া হর্জোন লাইরিকয়েংবম নোংশামৈ চম্মু ব্রাকচিংলৈমানা মচা নুপা খোইরি শাংতোন নাওগা মমোম ইবেম্মা পাইখুলাম্বী গোমতী (থম্বাল) গা পোকই।

খোইদোক্না নিংশিংবা য়াবা হায়ববু ব্রায়েনবম নোংথোনবা শিবা মতমদা হিন্দুগী সতিদাহ মতৌ তমদুনা মাগী নুপি অনিম্মু মাগী মৈ থাবদা হিংনা হাপতুনা শিমিন্নহনখি।

(পাইখুলাম্বাবী :—কংলৈপাক্তা পানখিবা মঙাং নিংথৌরোলদা তুমন/লুখ্রানা ফম্বাল লৈমা ওইবা য়াউবা লৈখিদে। মৈদিঙু নাওখম্বগী (খু: ৪১১-৪২৮) মীতৈ লৈমা য়াওরৈবীদি মনিংতম্বা লৈবাক চেংলৈগী নিংথৌ থাংই খোংজোম্বগী লৈমরেম্বী ওইবনি! মহাক্না থায়নরগ নত্রগা মপুরোইব, শিগ্রগা লোবা নত্তে। মমান্নবা নিংথৌদুবু লানফমদা মায়থিবা পিরগা মীতৈ লৈমা হাপখিবনি মসি নিংথৌ নাওখম্বাগী মতিক মথৌনা উৎপনি। মীতৈ লৈমা য়াউরৈবি লৈবাক ১ দগী মহারানী ওইনা লাক্লাগা লৈবাক ১ গী মহারানি অত্তমক ওইনা লৈরবনি। মসিদা হন্থনা থন্নিংঙায়ম্মু লৈতে।

মসি নত্তনা কংলৈগী নিংথৌ অমতনা মনায়/মশনগী নুপি তুমন লুখ্রা লৌরগা মবুধৌ পাখংবগী খোইরেন থক্তা ফম্মীন্নদুনা ফম্বাল তোংশিন্নখিবা লৈতে। পাইখুলাম্বাবী গোমতি মহারানী মৈদিঙু চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজগী মতমদা ইবা চাদলাইহুইদা চল্লমদবসি তুংদা কংলৈগী ফম্বালদা লৈমসিগী ধারানা অয়েৎপা পিরকপা য়ায়

খনবদগী খোজৈ কানখিবসু ওইরম্বা য়ায় ।
ইরাংলোন য়ায়েনবম চমু নোংপোক পাইথু লাম্বী ( গোমতি-মহারানি ) মৈদিঙু থোংনাং ময়াম্বা গরিবনিরাজদা ওংতুনা মৈতৈ লৈমা ওইখি ।

লৈমসি খৃঃ ১৭২৫ অমসুং ১৭৩৮ দা ফম্বাল অনিরক তোংখি । গরিবনিরাজ মহারাজগা লৈমাসিগী মিং য়াওনা শেল থোকই । মহারানিগী মিং য়াওনা শেল থোকপসি কংলৈপাক্কীদি লৈমসিদনি মচাইবুঙো চিংশাই, নন্দশাই, অঙ্গশাই, শৈবাশক্তি, ভরতশাই অমসুং শত্রুঘনশাই ৬ পোকই । চিংশাই অমসুং ভরতশাই নিংথৌ ওইখি ।

১২। খোইরি শাংদোননাউ ( শাওইবা ) না খয়োইয়োন তোইবি শৌগাইশু (শৌগাইজাম্বী) গা ওইখি। মচাইবেম্মা চাখা মরিং লোইখোম্বীগা খেলৈ মুংনাং তেলহৈবাগা পোকই। চাখা মরিং লোইখোম্বীনা মৈদিঙু গরিবনিরাজগী মচাইবুঙো শ্যামশাই খুরাই লাকপদা ওংতুনা মৈদিঙু ময়াম্বা গৌরশ্যামগা, লোইনাই চিংথং খোম্বাগা কৃষ্ণচন্দ্রগা পোকএ। মৈদিঙু গৌরশ্যাম অমসুং চীংথং খোম্বা মৈত্রবাক্কী নিংথৌ ওইখি।

১৩। খেলৈ মুংনাং তেলহৈবনা গরিবনিরাজগী মচা ইচেম্মা শেম্বী মরাও লানথবী রাঙমলোন মৈরা পোনচেম্বীগা য়ুমনাম চমুগা লাংশবম চমুগা খৃঃ ১৭৫৭ তা ওইখি। মহাক্না লম চাউথোক্রব অমসুং মনিং তম্বা লৈপাক ১ ওইনবা কন্না হোৎনরম্মী। লমনিবদ মৈদিঙু চিংথংখোম্বানা লম পিয়ু য়াদবদগী বাথোক ওইতুনা অরা নেকলুতুনা লান্দারকপাদা মৈত্রবাক কায়খি। খেলৈ মুনাং তেল হৈবনা মৈত্রবাক্কী মতম খরা অরানা হাপতুনা নিংথৌ ওইখি ; মচা ইবেম্মা শিজ শমজমনি ( শমজুরৈমা ) অরা নিংথৌদা থাজখি।

মৈদিঙু চিংথং খোম্বনা তেখাও তেঙ্গোল পুন্নুনা লৈবাকসি হন দোকখি। নোংপোক লৈরিখোম্বা আনন্তশায় মন্ত্রি পুন্সিবগী থৌরাংনা খৃঃ ১৭৬৮ দা খেলৈন্নুংনাং তেলহৈবা য়ায়বি মাংখি। মচা খোমলাং ইল্লিবা চারনবা অমসুং মৈরাবা ফাও য়ায়বী লৌখি মোইরাং খুন্তাক লানসিখি।

অকোনবা মোইরাং নিংথৌ হায়বা ফমসি ওইখিবাশিংগী মনুংদা নিংশিংবা য়াবদি অচোইবম লৈরিংখোম্বা লাইফম লাকপা, মোই-রাংথেম গুরুপানন্দ পন্দিত অচৌব, মৈদিঙু চুরাচান্দ মহারাজগী মমাসিজ ইবেমা পোকপা মোইরাংথেম রামানন্দা পন্দিত অচৌবা অমসুং মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ পন্দিত অচৌবনি।

পুরিকলাই সনাহোংবগী ঈদি :— পুখ্রম্বম, মোইরাংথেম, ( মোইরাংখোমতাবা ) নারেংবম অমসুং মোইরাংময়ুমনে।

# লাইনিংথৌ থাংজীং

লাইনিংথৌ থাংজীং :— করম্বা লাইনো হাইবসিগী মতাংদদি মচা ইবেম্মা থোইবীখোইনা লাইনিংথৌ অসিবু "ইবুধৌ থাংজীং কোয়রেল্লাই নশু লাইবক চাউবীনা ।" অস্নুম্না মপা মপু পোকপা ওইনা খুরুম্মে । মসিনা লাইনিংথৌ অসিবু মোইরাংগী অহানবা লৈশেম্বগী পুকোক ওইনা লৌরি ।

অতুবু লাইনিংথৌ অসিমক্কী নোংমদোনথক্তা থোক্লিবা কোরৌহনবা কৌবা লাই অসিনি ।

থাংজিংগী লাইশং নোংচুপ ওল্লি । মসি খন্ননদি অহানবা খুন্দাফম ওইবা থাংজিং চীংদোলদা ওল্লিবনি হায়নরি । অশেংবদি কোরৌহনবনা হেক হুনদোরকপা মতমদা নোংচুপ ওল্লি ; অতুনা অঙনবা অয়ুক্কী অনৌবা নুমিৎকী শকফমদু লাংপা অমস্তুং খুরুম্বনি । শন্থোং নিংথৌগী লাইশং কুম্বীদা শারিবসি নোংচুপতা থুভম লৈরিবা নুংশন্থোং চীংলোমদা ওনশিন্দে, অতুমক নোংপোক ওল্লি ।

অরাংবা কোরৌ থক্তা থাংহনা চিংলিবা অকোয়বশিংগী মনুংদা লেল (অথোয়বা) ওইবা লাইনি হায়তুনা "লাইনিংথৌ থাংজিং কোইরেন লাই হায়না খুরুম্নবনি । থাংজীংবু লৈসি-লৈথোনবদা "স্না কোন্দুম য়ায় ওইবা" হায়না শৈথারিবসি স্না মচু ওইবা কোন মতুম মানবা লাই হায়বনি ।

মসিনা অঙনবা অয়ুক্তা থোকপা অহিংবা স্না মচু মানবা কোরৌহনবা নুমিৎপু মোইরাংশিংনা মপা মপু পোকপা ওইনা খুরুম্নবনি । অতুনা মোইরাংশিং অসি নুমিৎকী চারোন-শুরোন (ধারা) নি হায়না লৌরি ।

লৈমাপোকপম, থয়াপোকপী, ঈথিং, ভাম্বলরাই, তেরাখোংশাংবী মান্তক, মোইরাংখুনৌ, থাঙ্গ মোইরাংথেম, কুম্বীশন্থোং, কৈরেলফাবী, ফৌগাকচাও, ইথায়, অংথা, তোরোংলাউবী, কৈবুল লমজাউ, থিনুংগৈ; ফুবালা, নারালশৈনা, শুনু সিফাই খুলশিং অসিদা থাংজীংগী খুভম য়াতনা লাংলি ।

মোইরাংদা পুরিক্লাই ক্বাং ফাং পোংলেনহনবগী মতমদা থোংলেন হঙ্কিং খোইজা অরিবা লাংখোংজাম্বা কয়াবা অমস্তুং হাওবুব। লুচিংবা ৫ অসিনা খোইয়োন লাংমৈতা মংজংবা কেগে অমাইবা হঞ্জবগা তান্নহুনা মোইরাংদা লাইনিংথৌ থাংজীংগী খুভম য়াহুনা লাৎপা হৌখি। লাই-নিংথৌ থাংজীংগী লৈময়েনবীগী কোলোইদি থাংজীং কোইরেল লৈমা ইম্বিক কোম্বাল নিংথৌ চন্নু কোইদিং লাম্মৈহনবী কৌই।

ইবেম্মা অসিগী লোন্নবী অয়াং লৈমা মচিন মনাও অনিস্থু লৈ। পোন্দে লৌদা লৌতাবা কুম্বাদা লাইনিংথৌ থাংজিংনা লৌখিবনি। অয়াংলৈমা ইবেমহল ইবেম্মদি হান্না চাইরেন নিংথৌদা থাজগদবগী লোইরবদা লাইনিংথৌ থাংজিংনা শল ওন্দুনা লেংলুরগা মবুক মনুংদা লোৎত্তুনা পুরকখি। চীঙু থাংজিংগী মচাইবুঙো অমস্তুং মচাইবেম্মাশিং পোক্বপা লৈবা থোইনা লৈতে।

ইকোন কোন্না য়েন্দ্রেমবম নিঙোল মাইবী অমদা মচাইবুংঙো অমা হঙোই পোরোবী স্না অহিংব কুচু মান্না পোকখি হায়নৈ।

হৌজিক লৈখিদ্রবা মাইত্রম পন্দিত চাউবগী ইমুংদা লপ্লেন কাগী লুখুমদা খুভম য়ারি। মচা ইবুংঙোসিদি হঙোই পোরোবী মানবনা ইকায় হায়হুনা থাংজিং হরাওবদা য়াওদে। মোইরাংগী অরিবা লাই অতৈদি হরাওবদা য়াওই।

# চৌঙ্ থাংজিং হরাওবা

চৌঙ্ থাজিং হরাওবাঃ— লাই অতৈদি কুম লেপ্পা লৈরবন্থ লাইনিংথৌগীদি থুমি ১৭ নিদগী তাদনা চহি খুদিংগী লেপতনা হরাওই। থায়নদি হরাওবসি শজিবু থাদা পাংথোক্লম্মী হৌজিক্তী কালেন থাদা পাংথোক্লে। মসি কুম অমদনা য়ুমফম্বা, কুম অমদনা খোংচিংবা অতুপ কুম অমদনা লমথোকপা অমুম্না হরাওই। য়ুমফম্বানা থাংজিং লাইমাংদ লোইশিল্লী, খোংচীংবনা মোইরাং কৈথেলদা পাংথোকই, অমসুং লম থোকপনা হৌজিক্তী চেঙ্গৈবুঙদা নত্রগা খুদোংচাগদবা মফমদা থাইননা তেরাখোংশাংবিদা থোকলম্মী। লম থোকপদা খাইগা খেন্নবা হায়ববু থোক্লিবা মফমতুদা চাবান চফু থোংতুনা ফিজং খন্দুনা মৌ উহনদনা লাইদা লুক কৎলী।

মোইরাংগী থায়নগী খুভম য়াতুনা লৈরিবা লাইরেম্বী লাইরেম্বা পুম্নমক লাইনিংথৌ থাংজিং হরাওবদা দোলাই তোংতুনা কারক্লগা হরাওবা লোইদ্রিফাওবা থাংজিং লাইশংদা পুন্না লৈতুনা হরাওবা য়াওই।

হরাওবা লোয়রগা মাগী মাগী লৈফমদা অমুক লেংখি।

লাইনিংথৌ থাংজিং হরাউবদা লেঙক্তুনা হরাউবা য়াউরিবা লাইনিংথৌ লাইরেম্বীশিং।

| লাইনিংথৌ ৯ | | | লাংলিবা শাগৈ | লৈফম |
|---|---|---|---|---|
| ১। | লাইনিংথৌ সনামাহি | | অহংস্থম | অহনথেম লৈকায় |
| ২। | ,, | * নোংশাবা | লাইশংবম | লাইশংবম লৈকায় |
| ৩। | ,, | মহারাবা | কুমাম | কুমাম ,, |
| ৪। | ,, | সোরায়েন | কোঞ্জেংবম | কোঞ্জেংবম ,, |
| ৫। | ,, | খোরিকাবা | ফিলেম | ফিলেম ,, |
| ৬। | ,, | থানা চাউবা | লাইফ্রাকপম | লাইফ্রাকপম ,, |
| ৭। | ,, | লাইলৈকোই | মাইরেম্বম | মাইরেম্বম ,, |
| ৮। | ,, | উরি | কিয়াম | কিয়াম ,, |
| ৯। | ,, | থোংনাং নিংথৌ | থোঙাম | থোঙাম ,, |

লাইরেম্বী ৭ লাংলিবা শাগৈ

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | অয়াংলৈমা ইবেমহল | খোয়াংবম | খোয়াংবম লৈকাই |
| ২। | অয়াংলৈমা ইবেতোন | মোইরাংথেম লৈজুবম | লৈজুবম ,, |
| ৩। | য়াইখু লৈমা | থিঙুজম | ~~থিঙুজম~~ মানা ,, |
| ৪। | লোকলাও লৈমা | ফাইরেম্বম | ফাইরেম্বম ,, |
| ৫। | পিথ্রাইবী | খোইরম মোইরাংথেম | মোইরাংথেম ,, |
| ৬। | খোংদ্রাইবী | খোইরম মোইরাংথেম | মোইরাংথেম ,, |
| ৭। | খুন্দিনবী (খুন্দোংঙাম্বী | অহোংবম | ফাইরেনবম ,, |

পিথ্রাইবী ১স্যং খোংদ্রাইবী লাইরেম্বী অনিসি দোলাই অমত্তদা পুল্লী।

খোংচীংবা :— লাইয়িংথৌ থাংজিং হরাউবগী খোংচিংবা হায়বা থৌরম পাংথোকপদি মোইরাং খোইরি কৈথেলদনি। লাইয়িংথৌ লাইকোনদগী লাইয়িংথৌ হরাওবদা কারক্তুনা য়াউররিবা লাইয়িংথৌ লাইরেম্বী পুমন্নক মাগী মাগী দোলাই নিংথিজবাসিংদা তোংগনি অদুগা দোলাইশিংদু পরেং লেংগনি খ্বাইগী মকোক্তা লাইয়িংথৌ সনামহিনা শগোল মথক্তা লুচিংগনি হৌজিক্তি লাইয়িংথৌ সনামহিগীস্যু দোলাই দা লেংলগা শগোলনা থৌগল তৌবসিস্যু চৎনরে।

লাইয়িংথৌ সনামাহিগী মথংদা লাইরেম্বীগী দোলাই লেংগনি মথংদা লাই পিবা শিংগী দোলাই লেংগনি "মতুগী মতুংদা লাইয়িংথৌ নোংশাবগী দোলাই লৈগনি খ্বাইগী তুংদা লাইনিংথৌ থাংজিংগী দোলাইনা কোনশিনগনি। দোলাই পুন্নমকশি অশাংবা থৌরি ১ না মথোং মথোংদা কিশিন্দুনা পরেং লেংই লাইয়িংথৌ সনানহিগী থারগা দোলাই ১৬ নি

খোংচিংবাদদি " ওগ্রী " শকই অতৈ হরাউবা মখলদগী ওগ্রী শক্তে। খোংচিংবগী হৌবদা থাংজিং লাইমাংদা মাইবনা ওগ্রী হংগেন লাওগানি ময়ান্না খুমগনি। লাইশুমাংদা লাইয়াম পরেংদু পান্দা

৩ লক কোয়গনি অতুগা মুংদা ৩ লক হনগনি। মতুদগী মোইরাংখোরি কৈথেল তান্না খোংশানগনি: মফমত্‌দা জগোয়নাচিংবা লাইগী থৌরম পুন্নমক পাংথোক্লবগা লাইকোন্দা হনজিনলম্মী।

## লমথোকপা:—

লাইয়িংথৌ থাংজিংগী লমথোকপদি খোংচাওবগা মান্নে; অতুবু লাইগী দোলায়শিংতু থৌরিনা পুনবদি পুন্দে মসিনা য়রমওইহ্নুনা দোলাইশিং চেনবা ১স্মু লাই ঙাউবা থোকই; হান্নদি লমথোকফম অসি তেরা খোংশাংবিদা ওইরম্মী হৌজিক্কী চেংঙ্গৈবুংদা ওইরে মসিবু সম্থোং পাংবা লোইয়েন স্নাপুং হায়না খংনরি। খ্বাইগী লমথোকপগা থৌরম পুন্নমক মান্নরস্মু হেনদোকপা অমদি লমথোককমদা চাবান চফু থোংলগমী উদনবা ফিখন কোয়না খল্লগা লায়দ লুকলেন কৎলি। মসিদগী লমথোকপগী হরাওবগী থৌরম লোইরগা লায় শঙ্গায়লোমদা হঞ্জল্লী।

## য়ুম্ফমবা:—

য়ুমফমবাগী লোইশিনবা হরাউবদি লাইগী পাংথোকদবা থৌরমশিং ১স্মুং হরাও কুমৈ পুন্নমক লাইয়িংথৌ লাইকোলদা পাংথোক্লগা লোইশিল্লী।

লাইয়িংথৌ থাংজিংগী হরাওবগী লাইরোয স্মুমিত্তা ঙমু, থুম, শিং অহুমসিনা শিংজু ওইনা শুরগা লাইগী থোগল্লোইশিং অমস্মুং তিল্লীবা মীয়াম পুন্নমক য়েন্দূনা পিজে। মসি থায়নগী শানৈ য়ুনৈবাগী মহুৎ শিনবা থৌরমনি।

# লাইনিংথৌ থাংজিং লাইশোল

চিঙু থাংজিং কোইরেললাই মোইরাং থাংজিং লাইয়িংথৌ !
চিঙু কোইরেল নিংথৌ কোইরেল ও থেনগংপদা রাতেম্বা ,
কেগে শিংজন ফায় ; থাম্বা তোংবা নিংথৌ
পেৎপী-পেৎথাংনে ! রাথায় নিংথৌ মঙানবা
চীংগোর ওইনম চিঙ থোয়া ১৫ দা খুনেৎনবা
খোয়ুম কোরৌ নোংদোলহনবা য়াইবী পালোই তানবা
ভুথেল লাংচিং ফম্বা ময়াং শাকাং তোংবা
পাঙন ভমপাক কোয়বা নোংচুপ তোনবান নিংথৌ
ভাইবং নমু মীপোকপা চিঙু মালেম নৈলেশেম্বা !
উ থম্বাল নমঙানবা লোক্তাক লাইজ খোঙ্গাওনবা
ঙুংমু তুমদবাবু খুনেৎনবা নুংবী শিদববু খুদানবা
মোইরাং লাইতোন নৈমা থংনৌপুং কেগে চাউবা পুংদা
য়াংলৌ নৈপাক মাবা, কোন মরু য়ায়ওইব, লাইয়িংথৌও
নশানৌ খোইমোম ইবেম্মা কেগে য়ুম্লেন ঙানবী
চৎলম ফানশাং হেনবী শিঙেল নৈশেম তনৌবী
ভাম্বা লমিং চুম্বী য়িরিক কোম্বাল নিংথৌ চনু
থাংমৈ মাপল থানবী ! ফোইদিং লামমৈ হনবী
ঙাঙোম কোইরেল নৈমাগা অয়াং নৈমা লিরাহনবী
খোইমোম লাইমৈমা অহুম্মকা ভাম্বা থুনয়াই ফাওনা
নংদোম লমহৌরকপা লাইয়িংথৌ চিঙু খোইমোম মরীমকপু
থুবাম চাংজো ভারা লোন ইতু কায়ন লিশিংনা
চাংজো চেপ্পা নোন্না হন্না-হন্না পুনেমজরীএ ।।

—□—

# লাইয়িংথৌ থাংজিং অমসু

# লাইয়িংথৌ খোরিফাবা

# তোঙান তোঙানবা লায়নি

মোইরাংগী নিংথৌরোলদা লাইয়িংথৌ খোরিফাবানা অহানবা মোইরাং নিংথৌ ওইনা ইবা অমসুং থাংজিংবু লাইয়িংথৌ খোরিফাবনি হায়না পীনবসু য়াউরি। মসিদি চাশিন্নবদা য়ারোই। মোইরাংদা ফিলেম শাগেনা খোরিফাবা লাংলি। লাইয়িংথৌ থাংজিং হরাউবদা চহি খুদিংগী লাই খোরিফাবাসু তোঙানবা লাই ১ ওইনা অতৈ লাই ময়ামগা লোইননা থাংজিং লাইবুঙদা কারকপদা য়াউরি। লাইয়িংথৌ থাংজিং হরাউবা লোইবা ফাউবা য়াউরগা মাগী মাগী লৈফম লাইকোনশিংদা হনখি! মসিনা লাই অনিসি তোঙান তোঙানবা লাইনি হায়বসি তশেংনা তাকলি।

লায়িংথৌ খোরিফাবানা তেঙ্গোল পুদুনা মোইরাংদা লান্দারগা মতমদুগী করম্বা মোইরাং নিংথৌবু মাইথিবা পীরগা তান্থোক্লুনা নল্লগা চাল্লুনা নিংথৌ খুভম মুনখিবগে হায়বসি শেংনা মোইরাংগী ইতিহাসতা উৎপা লৈতে। খুৎকন-পাঙ্গনবা কাংলুপ অমনা নমদুনা মোইরাংশিংনা খোরিফাববু থাংজিং কোৌহল্লগা মখোইগী পুকোক লায়নি হায়না লাং-হনখি হায়বসি মোইরাংগী ইতিহাসতা থেংনদে অদুগা ওইথোকপা য়াবসু লৈতে।

অদুবু মৈদিঙু নিংথৌখোম্বনা মোইরাং লৌশিল্লবা মতুংদা মোই-রাং অসি মথায় থায়নদগী হৌনা ইম্ফাল কংলৈ লোমদগী চৎখিবঃ নিং-থৌমচা খোরিফাবাগী মতমদগী হৌনা লোয় চনদুনা লৈরকপনি হায়বা য়ানবা পরিং অমা শেমদুনা তঙায়ফদনা লেংশিনহনবা ওইরম্বা য়ায়।

# মোইরাংদা লাইগী অতৈ থৌরমশিং

## চনৌ কংপা ঃ—

লাইনিংথৌ থাংজিংগী লাই চাকলোন কংপা (চানৌ কংপা) পোইন্নু-রাকচিংদা থাবান অক্ষবা তাবা নোংমাইজিং অমদা কংলি। মসিদা মিওই লশিং ৩/৪ দগী তাদনা লুক খুনবা য়াওই। মসিনা মণিপুরগী মনুংদা খ্বাইদগী চাওবা লাই চাক্লোন কংপনি।

## শঙ্গোম চায়বা

শঙ্গোম চায়বা ঃ— লমতা থাংজ অহাম্বদা মী ২না ৈচদা লেং-থোংনাদুনা পুবা শঙ্গোম চফু অথনবাবু মনিং লুৎতোকলগা মোইরাং লৈকায় পুমনমক থুংনবা চত্তুনা লম্বীদা শঙ্গোম চীথহল্লী। মসি মী ওরুবদ মীত্রুগী ফংত্তুবা ওই হায়দুনা অহিং অথেংবদা পাংথোকই। মসিদা লৈবাক্কী অফ-ফত্তসু য়েংই।

## তেস - রাখোং ইরাৎপা

তেস-রাখোং ঈরাৎপা :— “খুয়োন তেপি তেসাৱা য়েনবা পা-তম খুরৌৱা” কৌবা রাপল অসি শেংদুনা ইরাৎ-থৌরম তৌবসি থা-য়না মোইরাংনা মনিংতম্বা নিংথৌ পানবা লৈবাক ১ ওইরিডৈদদি অচৌবা কুমহৈগা লোইননা লৈবাক হুপা চংদুনা মোইরাং থুঙ্গাউ-লৈ-চাওনবা তৌরম্মী। হৌজিক্কী মমিংতগী ওইনা লমতা থানিল নুমিৎতা মায়বা মাইবীনা হৈ-লৈ কতুনা ঈরাৎ থৌরম তৌরি।

রাপলসি মোইরাং ভাঙ্খা লৈকায়দা ইলেকট্রিসিটি লোইশংগী লম মনুংদা লৈ। মসিদা উতং রা ৫০ হেন্না হৌরি। নিংথিনা শেঙ্বীরবদি য়াম্না য়ামথৎলকখিনি।

## কুমহৌবা

কুমহৌবা :— মোইরাং ভাঙ্খা লৈকায়দা ইলেকট্রিসিতি লোই-শংগী থবক তৌবসিংগী লৈনবা কাতর মনাক্তা খুঙ্গাগী য়ুমগী হিঙ্গোল মন্নুংদা লৈপুঙ ১ লৈ মতুগী মথক্তা থাংজিংগী খুভম ওইবা মুঙ অমা লৈ মতুদা মায়বা মায়বিনা খুনু অঙৌবা ১ লৌতাবা হৌবা নুমিৎতা ইরাংলি। অতুগা ফৌ মরু হুনবা নুমিৎতসু খুনু অঙৌবা ১ ঈরাংলি। ( মসিদা খুনু বলী তৌহনা ইরাংপগী মহুতা খুনু এলিং থাবনা হৌজিক্কী মতমদদি চিঙ থাংজিংনা পেনবিবা অমসুং মহৈ চাউবা হেনগনি। )

## খুমন পুঙ

খুমন পুঙ :— পুরিক্লায় কাবা পুরাং নিংথৌগী মতমদা খুমন হাওয়ম নিংগোয় য়াইমাবনা মোইরাংদা শাইদা লৌবা মতমদা থোন-খিবা খুমন পুঙ হৌজিকফাও ফাইরেনবম লৈকায়দা লৈরি। মসি লৈরক্না তাইনবা হিঙ্গোল মন্নুংদা লৈবনি; করিগুম্বা লৈরক্তুদা মী অসিবা পুথোরক্লবদি লৈপুঙ অতু য়াংকোক্না কুপশিল্লী।

## খুমন পোকপা

খুমন পোকপা :— খুমন পোকপগী লাইশং ফাইরেনবম লৈকা-ইদা লৈ। ফাইরেনবম শাগৈনা লাংলি। লাইশিং থাংজিং হরাওবদা য়াওদে চহি চহি খুদিংগী অফবা লৈপাকপোকপা নুমিৎ অমদা লাইগী শা তানবা চংলমই মসি চুড়াচান্দ মহারাজগী মতমদগী তোকখি।

## লৈমারেন ফৌওইবী

লৈমরেন ফৌওইবী :— মোইরাং শ্রীবন লৈকায়দা থায়না মো-ইরাং কৈথেল কারম্মী হায়না থাজবা মফমদা থুঙ্গাশিংনা কৈথেল

লাইরেম্বীনি হায়না মুভ ১ ফংহুনা লাইশং শাহনা ঈরাংলি মসি ফৌইবী লাইরেম্বীনি হায়নস্থ খুরুমনৈ। লাইশংশিগী লাইকোলদা কোম্নিতি মাঙপ ১স্থ নিংথিনা শারে মসিদা লাইরেম্বী অসি থাংজিং হরাওবা লোইরবা মতুংদা হরাওই। লৈমরেনশি থাংজিং হরাওবদদি যাওবা লেংখত্রে। নৌনা লিংখৎপনে।

## লোক্তাক মরু

লোক্তাক মরু :— মোইরাংগী মরু ওইবা লোক্তাক পাৎ অসিগী মরুদি ফুবালা খুন্দা লৈ। লাইফম অসি হৌজিক্তী লাইশং শারে। মসিগা লোক্তাক পাৎকা লৈনুঙদা শয়ে হায়না লৌই। চহিগী হৈকৎ - লৈকৎ তমহ্না লাইমাং ফম্বনাচিংবা লাইগী থৌরম কায়দনা খুম্ভাশিংনা চংথরি।

## মোইরাং কোম

মোইরাং কোম :— নিংথৌখোংগী চীঙয়াগী পাংত্তা মোইরাং কোম হায়না খংনবা শরুক মচা ১ লৈরি। থায়নদি চহি ৩০/৪০ রোমগী মমাংদা মফমসিদগী মোইরাং হরাওবগী মতমদা মোইরাং মুপি/মুপা ময়াম্না ঈশিং লোরুবগী অচৌবা থৌরম ১ চহি খুদিংগী তৌরম্মী হায় থৌরম অসি হৌজিক্তি তৌখিদ্রে।

---

## ☆ নোংশাবা

মোইরাংদা লাংলিবা লাইয়িংথৌ নোংশাবা অসি তোঙান তোঙানবা শক্তম মওং অনিনি। লাইশংবম শাগৈনা লাংলিবা অসিনা মীগী শক্তমদা কোমায় শাহুনা লাংপনি। থাংজিং হরাওবা মতমদনা লাইয়িংথৌ থাংজিংগা নোংশাবগা কম্বাল অমত্তদা পুন্না ফমদেংমিন্নহ্ হরাওবা লোইবা ফাউবা লৈ। অতোপ্পা অমনা মখোং মরি পানবা ময়ায়বক্তা মচি অশাংবা ১ হৌবা নোংশা মানবা ধাতুনা হৈহুনা শাবা থাপকপা মচা ১ লাইয়িংথৌ থাংজিংগী লাইশং মমুংদা মী উহন্দনা লাংলি।

# শন্থোংগী মুঙ য়ুংবা

মোইরাংদগী খরদং থাদা চৎলগা " মোরাং খুনৌ " লৈ। মসিদা লাইরেম্বী ভাম্ব লৈমগী খুভম লৈ। মরক মরক্তা হরাওই। খুনসিগী নোংচুপ থংবা লৌবুক্তা শন্থোংগী লাইকোলসিদা লৈবা শুরুংগা চীং-থক্তা খুভম য়ারিবা মুং শন্থোংগা ফাওনৈ হায়নৈ। লাইকোলসিগী শুরুং ময়াসি লৈখোম হোমহনা লৈ। মসিদা মনিপুরগী নিংথৌশিংন স্না তেঙ্গোং লুপা তেঙ্গোং কংলি অমস্তুং মুঙ য়ুংই।

শাগৈহনা পানবা লোইবদা মুঙশিংহু লৈন্নুংদা চংখি। হৌজিক মুঙ অদি মশক উরি ফুট ১ — ১১ ( মিঃ ০.৫৮ ) না কোনবা, মুঙ ১না ফুট ১ ( মিঃ ০.২৭ ) অহুগা ফুট ১ — ১০ ( মিঃ ০.৫৫ ) কোনবা মুঙ ১না ইঞ্চি ১০ ( মিঃ ০.৩০ ) রাংখৎনা লৈরি। অতোপ্পা ১দি লৈন্নুংদা চঙখিগদবা ইঞ্চি ২ ( মি ০.০২৫ ) য়োম্নদা ভাইরে। মসিনা খংবদি নিংথৌরোন খরগী শাগৈগী মুঙ মখৈদি লৈন্নুংদা চংল্রে। শন্থোং নিংথৌগী অশেংবা খুভমদি মুঙ শন্থোং হায়রহনা চীংথক্তা লৈ। মসিনা মোইরাং অমস্তুং কুম্বী প্রজাশিংনা লমতা থাদা খুরুমবা চৎনৈ। মথকসিদা মহৌশাগী ওইবা মুঙগী ফুরা অমস্তুং মুঙগী টোপ মাম্বা লৈ। শন্থোং লাইয়িংথৌদি কুম্বীদা লাৎলি।

# শন্থোং নিংথৌ হরাওবা

কুম্বীদা লৈরিবা মরুওইবা উমংলাইদি শনথোং লাইয়িংথৌ, লাই ঈশিং চায়বা, রাংব্রেম, সোরারেন অমস্তুং থুমন পোকপা লৈ-কাই ৫ গী লাই ৫ অসিনি অহুবু কুম্বী অপুম্বাগী লাইদি শনথোং লাই-য়িংথৌনা ওই। অতৈ লাই হরাওবদি শনথোং লাই লেংদে অহুগা শন-থোং লাইয়িংথৌ হরাওবদি লাই পুন্নমক কারক্ত্না হরাওবা য়াউ-রগনি

শনাথোং হরাওবগী লম থোকপদা লৈকং হিংদান্নবগী থৌরম অমা এলহৌভেদগী পাংথোক্লী মসিবু "হি-ওনবা" হায়না খঙৈ। উকাই হি অনিথক "হুই-শিবী" পাত্তা লোত্তুনা থমগনি লাই লমথোকফমদগী অহল্লুপ, নাহারূপকা পাথং ৭/৭ চেল্লক্কুনা "হুই-শিবী" পাত্তা কুমড়ন। হি থিরগা লৌখত্তুনা খুগা তুরেল তান্না পুহনা চেনগনি। তুরেলদা হিত্তু লুপলুরগা অমুক পুখৎলক্কুনা লাইমাং য়োবা ফংওবসি কাংবু অমনা কাংবু অমদা হি ফাহনা থম্নরগা য়োবা হানবা তান্নগনি অথোয়বান্নদা মনা পিগনি। অসিগুম্বা চহি চা কয়াগী মমাংদগী খাঃদনা চৎথরক্লবা অথোয় অহেন তান্নবা (সপোর্ট) মথলশি কুম্বাদা থোক্লাবাশি নত্তনা মালেমগী মফম অতৈদা উদ্রি হায়বা য়ায়।

# থাংজিং চিংগোম্বরোল

থাংজিং চিংদোলদা থাংজিং কোয়রেল নিংথৌগী খুভম লৈএ। খুভম লাইফমদু শঙ্গুরৈ পোকপী কৌএ। নুঙ ৩ থারিএ অমনা থাংজিংগী য়ায়, অমনা সনাগী কাংচুপ, থাঙ, চেপ্তু নাল্লিএ, অমদি সনা লূপা পোকফয়ে। মনা ৭ পান্না লিদবা উপাল মনাক্তা নুঙ অঙৌবা, অঙাংবা লৈএ; অঙৌবদা শোরারেলগী খুভম্নে শাম্নু অঙৌবা পোকফয়ে অঙাংবনা থোংনাং নিংথৌগী খুভমনে, নোংশা পোকফয়ে। মদুগী মনাক্তা মচু ৭ কী নুঙ ১ লৈল মদুদা সনা লুপানচিংবা ধাতু পুন্নমক থোকএ। থাংজিং নিংথৌগী চিংদোলদি মঙোন ৭ শুইএ নুঙগী তাংবনথক্তা থাংজিং নিংথৌনা মমায় নোংচুপ লাইজি পাংনা ফমদুনা লৈত্র। পুংশংকী থোং অহুম লৈ; য়াংকোক মাপ্না, পুখম মাপ্না, অমস্নুং থুমুক মাপ্না নুংপাক ৩ না থোং ৩ দু কুপলিএ। কোয়রেল লৈমগী শঙ্গায় নাক্তা পুখ্রি ২ লৈ ঈশিংদু থক্লবা অমনা লাই ওই অমনা মী ওই। থাংজিংগী শঙ্গায় নাক্তা পুখ্রি অমা লৈ মদু মোইরাং তুরেল মক্কনে। থাংজিং চিংদোলগী থাংজিংগী লাইকোল থোং মরী ফাংলে। অতৈ থোংদি চংগনো; নোংপোক থোংলোমদা চংলগা লাইকোল ফংগদবনে। থাংজিং চিংদোল মাপলমক মশক মান্নে লাই মাপলগী লাইফম্নে। থাংজিং চিংগী নমথাংদা সনাগী থম্বাল শাংলে। লাইয়িংথৌ থাংজিংগী মমিংদি:— "সনা নোং নিংথৌ তরেংবা কৌএ!"

থাংজিং ঈরাৎপদা চংগদবা পোৎলম:—

ফম কি, ফিরাক ২, থাকন ১, যিদা ১, উচিন্না ৫, ফিরাল ৫, খোইরু থাংমৈ ৫, হৈ মনম নাইবা ৫, লফোই লফাং ৫, কা মনা ৫/৫, কোনয়ায় পু ৫, য়েরুম ৫, লা লাকোন ৩, শরেং ৩, ভানোয় ৩, লৈশং ৪, লাই অহুমগী ফিরোই অশুবা ৩, ভাঙ্খা বান্দোন, নাহৈফু, য়োৎস্নবী খাবৈ- চৈগপ য়োং খুনেং, শেল নেং, য়েলহিং য়েন অঙৌবা ১, তা ১, শাফাৎ থাং ১, সনা হি, লুপা হি, নৌ, থুন কাংচুপ, চেঙ, ফৌ চু, হৈ- রাংচিংবা লিনে।

# হৌজিকী মোইরাং

হৌজিকী মোইরাং লৈকাই :—

১। কোকিলাবোন, ২। থানা লৈকাই, ৩। শ্রীবোন, ৪। তুরেনবান, ৫। ফিৱাংবম, ৬। শম্হোং, ৭। ফিলেম, ৮। অহন্থেম, ৯। লাইক্রাকপম, ১০। মোইরাংথেম, ১১। লাইশংবম, ১২। মাইব্রম, ১৩। ময়াই লৈকায়, ১৪। ৱারিবম, ১৫। মখা মাইরেম্বম, ১৬। ফাইরেলবম, ১৭। নোংথাম্বম, ১৮। মাইরেনবম, ১৯। কাংজৈবুং, ২০। মোইরাংথেম লৈচুবম, ২১। খোৱাংবম, ২২। কিয়াম, য়ুমখাইবম, ২৩। কুমাম, ২৪। হেমাম ২৫। পুথ্রম্বম, ২৬। কোঞ্জেংবম, ২৭। চেঙ্গৈ, ২৮। পাংলৌ, ২৯। পন্সাং, ৩০। খোইরু, ৩১। ওকশোংবুং, ৩২। লৌরেঙ্গম, ৩৩। ঙাখা, অসিনা অথোয়বনি। ৩৪ হেখা।

হৌজিক মোইরাংদা মরুওইনা লৈরিবা য়ুম্নাকশিং :—

মাইরেম্বম, হেমাম, মোইরাংথেম, কুমাম, মাইরেম্বম, ৱারিবম, লাইশংবম, কিয়াম, পুথ্রম্বম, কোঞ্জেংবম, ফিলেম, লাইক্রাকপম, অহন্থেম খোঙাম, মাইব্রম, খোয়াংজম, অহোংবম, নিংথৌময়ুম, থাঙ্গাদগী খুন্দারকপশিংগী মন্নুংদা সালাম অমসুং নিংথৌজম, অতৈ মীশিং য়ামদবা য়ুম্নাক খরদি নোংথাম্বম ৱাইখোম, উরিকখিনবম, থিঙুজম, অরামবম, অসিনচিংবা।

মোইরাং ফম্নাইবা :—

অপাক্ষম ৫ :— খাম্রাকপা, সেনাপতি, মনত্রি, পুথ্রম্বা, অমসুং নোংথোম্বা

লাকপা :—

ঙাখলাকপা, ওকচিল্লাকপা, খাম্বীরাকপা, খুয়োনলাকপা, কণ্ডৱান, ঙাঙ্গোলাকপা, চেঙ্গৈলাকপা, য়োশুলাকপা, হিগালাকপা।

অতৈ ফয়্নাইবা :—

কৈরুংবা ৪, ফমদো ৮, শেলুংবা ৮, হাওমচা ৪, পাখংলাকপা ২, লৈরোই হঞ্জবা (হিদং) ২, ম'ইবা ফম ৮, ।

মোইরাংনা মনিং তমলিবৈ চাউখৎলিবৈ ওইরম্বা মওং :—

থোয়া ১৫ নি, মোইবীনা ৩ নি, লৈকায় ৮, কৈথেল, চেঙ্গৈ ৭ অমসুং ফৌগৈ ২ নি।

মো'ইরাং লৈকায় ৮ :— ঙাংলো, ঙাংমম ( ঙাংখ ), ওকচিন, লাংখোং হিগং ফানলো, খুয়োন, শেকনৌ তুমলোখা ( তুংলো ), উয়ালাইচিং চেংলৈ খোইনাইউমবু, য়াউঙ্গ খুন্দোন চংলম ফাকাং অমসুং খোইনাখাম্বী।

কৈথেল ৯ :— ১ খোরি কৈথেল, ২ চেগাই কৈথেল, ৩ চেংলৈ কৈথেল, ৪ য়োস্থু কৈথেল, ৫ ফানশাং কৈথেল, ৬ ঙাংলো খাম্বী কৈথেল, ৭ ওকচিন কৈথেল, ৮ ঙাহোং কৈথেল, ৯ খোইনা-কৈথেল।

## মোইরাং ইরাংলোন শালাই য়ুম্নাকশিং :—

## ( মোইরাং অরিবা শালাই )

১। অকুপ্পাম, ২ অচোম, ৩ অখ্বাবম, ৪ অহৈবম, ৫ ওক্রম, ৬ কব্রমবম, ৭ কবজম, ৮ কবোলমবম, ৯ কাইয়েনজম, ১০ কুমাম, (কুমাবম) ১১ কোংথাম, ১২ কোংখুপ্পাম, ১৩ খোয়াংবম, ১৪ খ্বাইরাকপম, ১৫ থুয়োম্বেম, ১৬ ঙাংলেম, ১৭ ঙাসেপম, ১৮ চকপা ফিয়াম, ১৯ চোংথাম, ২০ থাংজম, ২১ থাংজম সংখোম, ২২ সুংলেপম, ২৩ নারেংবম ২৪ নামুজম, ২৫ নিংথৌখোংজম, ২৬ পুথেম মোইরাংথেম ২৭ ময়াংলম্বম, ২৮ মোইরাংথেম, ২৯ মোইরাংথেম ওক্রম, ৩০ মোইরাংথেম, ঙাঙোম ৩১ মোইরাংথেম নিংলেপম, ৩২ মোইরাংথেম লৈচুবম, ৩৩ মোইরাংথেম খোইরোম, ৩৪ ~~মোইরাংমনুম~~, ৩৫ মোইরাং নোংথোম্বম ৩৬ মোইরাং য়ুমখাইবম, ৩৭ মুতুম, ৩৮ মংখোম, ৩৯ লায়ুজম, ৪০ লম্বাজম ( লম্বুজম ), ৪১ লৈচুবম, ৪২ রাংলেম্বম, ৪৩ রাকম্বম ৪৪ রাংবিজম, ৪৫ রায়েনবম, ৪৬ সনখোম, ৪৭ শারুংবম, ৪৮ শেনসম, ৪৯ হিজম।

—×—

# ইরাংলোন থাদোয়

অহানবা শরুক

—☆—

তাংকক—১

## খম্বা পোকপা

( ১ )

নোংমা কোরৌ নুমিৎনি মোইরাং খুন্থক লৈকায়দা
খুমন পোঙ্গেন লাইরবী মচু নিংথৌ পু
মমা ইবেম্মা ঙাঙ্খারৈমাগা মতা শরূা তিন্নরম্বী
য়োইরুমলোন চীংজারেম্বীদা খোম্লাং তন্না ইনহনলীঙৈ
পলেম শকপী মহাক্কী মমোম চীংখৈথাম্বী চনুনা
নোংয়াই লৈরাং য়েং য়াবা মপাও হংলকই
"ইতা ইবেম্মা নুংশিবী খুমন চনু লাইরবী
হৌমিন কামিন্নবী মশেলনি ইতা শরূা তিন্নবীনি ;
নুরা য়াবা শেংবিয়ু পলেম-পম্বৌ অনিনা
ইতা লৈরাং ওইবিবু নুংবাল ফৈরোইজাম্বা মকাদা
অঙাং নাবা অতুকওই করম হায়না থাজরম্বা
ইতা ঐসু খংজনিংই তম্বীয়ুবা লাইরবী ?"
নোংয়াই চনু ইবেম্মা মতা চীংখৈথাম্বী' য়েং
"মতম কুইত্রবা ৱানিদা য়াইস্কুল লালোই তরেৎ
অকনবদা মপা লৈতা পোইরৈ শিন্না ফাওরম্মী ।

মাইগৈ থুদীং চৎ হুয়েন্দ তোইনা লান্দা
কোন্নুং কয়া থুগাই মখোয়গী মীংচৎ শন্দোকখি।
অথোবা মখোয়গী মিংলেন্দো অকনবা মখোয়গী থৌনাদো
কাচিন থুংনা খোন্থাংয়ে মাইগৈ পুম্বা নিকখিদো।
মীংচৎ চাউবা নিংথৌশিং মকোক নোংন্না লেনখিদো।
চীংঙু নোদমখোন্না নোংমা কোরৌ নুমিৎতা
নুংবান লালোই ৭ তো থাঙ্গ লিনবীচীংদা চৎলুবা
অহল মতম ওইরবা কম্বোং পাশি হংগেনবা
মরান কংলৈ মশুম্মাং মনম নুংশা য়াইরিভৈ
লালোই ৭ লাকপাবু উশিং থওইদা মাল্লবোই
নুংবাল লালোই তরেৎতু থম্মোয় নুংদা শাও
অহল ওইবা মহাক্কী লরায় লুতোন য়েখাই
শমু মকোক কক য়াইবি থরায় লৌবিখি।
অহল মতম ওইরবী মরুম্বী নোংদমথিবী
তালোই নোংতংশুবীনা তেংথা নাওই কপ
মপাম ডাংখ লমদম্দা তন্না রাইরা হুল্লক্লা
মশানৌ থোংলেন মকাদা লমন শিংনবা হাইজখী।
মচেমগী বাবা উবদা থম্মোই লকা চাক্লবোই
কাকয়েল নেংতংশু মোইরাং কাম্বী অথোবা
অহল ওইবী মচেমদা মবাইগী লমন শিংগে রাশক্লে
নুংবান লালোই তরেৎতা চাইনা খোঙ্গেং হানশি
অপাম্বদা থল্লকউ, অথোবা মানা তেমশিংখি।

( ২ )

অকনবা মাগী য়াবাদো তরেৎকী কাদা তমলয়ে।
লালোই তরেৎ অথোবা মৈশুম হৌনা শাউখিদো

কাকয়েল সুজা অথোবগা লাম্থেংনগে তন্না খন
অকনবা তরেৎ লানগারক্লে তানফম চাবা ক্লেং।
কোরৌ মুমিৎ অহু অথোবা কাকয়েল সুজাদি
মশানৌ তালোই মরুম্বী নুরা কৈশিতোম্বী মহাক্বী
লমলেন শেল্লোই ফাগংথেন কৈরেন নাওশোং চিং
থাল্লে লমমুংশী মচীংলেন, পামবা হাথা লোক্তা
লৈরাং কেনা হৌজবী শিঙেল হাইনা তোমশাংপী
লাইজ ইরাং খমদা লৈরাং থুমু হুঞ্জবী
শিঙেল শাওং য়েংল তাওবা হুইরৈ মানবীলৈ
লৈরাং মপান তাবনা কোদোম লৈরিক মানবীলৈ
চীংশোম্বা শাইনোন ঙান্নলৈ শেল্লোই চীংনুং থারামলৈ
চীংজিল লাংবল কুমওল্লে ককয়াই চুম্নাং লৈবু
পাখং মামা হেক্কে খন অথোবা মাদি চৎখিদো।
লালোই তরেৎ কিহুনা চেনখ্রমাল্লে খল্লবোই
মশানৌ কৈশিতোম্বী খুদাং পরৈ লাক
শম্নাং তোনগা চীং নুরা নময়াং থক
লিচৈ কারন চীং লৈফম তোয়না হংখিদো।
মশাবি লৈতে খুমলুবা অকনবা তরেং শাওখরে।
লালু চোমাই কক্কুনা য়াইবি লৌনি হায়রক্লে।
তারা চাক্তদি চাখিগে ঙাইহাক পুঙ্গোই ঙাইবিখো
নুরা তেংথা বাহৈনা লৈরাং নোন্না হায়
তারা চাক্তী থোং থৌহু নুঙবু ফুৎ
মপারী থাদা পম মথংলেন ওইবা ঙাইরকপা
বাংলেন কয়া হৌখরে মশাবী হল্লকপা লৈতরে।

( ৩ )

মমিৎ কোরী কায়বা নুংবান লালোই তরেৎতো
অয়ংবা থাংলেন শৎ নুরা তম্না হোৎচিনলক
মুবা শমলাং পায় মালেম থক্তা হাইহৎলে।
নৈকম থক্তা চিং মতোং ঈরি চেলহল্লে ;
থবাক নুরেন কাও ঈখেং তন্না হাথহন
লৈরাংগুম্না থোৎলবী মুজা শমু হকচাংদো
মতু তীংখং পাল্লবা প্রুঙ কোবা উচেক্না
উরিৎ মোংবা তুহৎকুম নুরা ওইবী লাক্লখি।
লালু চোমাই কক্তুনা শিঙেল য়াইবি লৌখরে।
পোইরৈ মথুন তম অকনবা তরেৎ হনখিদো।
মপারি চাক্লা কায়না, মথংলেন রানা শেৎ
নুরা লৈরাং কৈশিতোম্বী মতম চাদা নোংমনখি।
কাকয়েন শুজা অথৌবা ময়ুম মরাল তম
পাখং কামজাও হুন হরাও হরাও হল্লকপা
রাবা শকওং উরুবা পাখং থম্মোয় পুঙমদে
য়াইবি য়াওদবা হকলেন্দো অথৌবা মানা কোনখৎল।
অশাবা পিরাং শিন্থ থম্মোয় চাক্লা তেংথাখী।
কোয়ৌ থক্ত য়েং মংশক তানগে রাশকখ্রে।
মপারি নাল্লা চাউদ্রিবা নুংবাল তোম্পোক অহনবা
খুৎপী কারোং চুপ পলেম নাক্তা মিকপলম্ব
কেগে খুৎচুপ অহনবা নুংবাল খোমহুকচাম্বা কৌখিদো !
চাউবা মপুং ফাদ্রিবা মপারী ওইবা নুংশিব
নমলেন থক্ত হুনগৎ, থারী পরৈ লাক
মাহৌ লোইকা ফি মান্তক লোইচন ফি
মাললৌ য়ুংনা হৈবা পাথৌ শানফোংদবা ফিনা

মপারী নাবা চাউদববু চেৎনা লাক্না পো।
অথৌবা থাংলেন শৎ পাখং নৌরা হুনলক্লে।

( ৪ )

নুংবান লালোই তরেৎকা কাকয়েল মাগা থেংনখি।
অকনবা পাখং মাংতুদা লালোই তরেৎ খাংঙমদে
কাকয়েল নোংতংসু মোইরাং কাম্বী অথৌবা
মথং মথং ওইনদি য়াইবি লুরেন লৌতুনা
থাঙমদা মৈচাক লোয়ননা মশানৌ লমন শিংলক্লে।
লালোই তোনদি অথৌবা লৌশিং চাউবা অকনবা
পাখং শমজী থাই কাকয়েন মাংদগী চেনখিদো।
নিংথৌ কয়াদা চংজা য়াইবি কনবিয়ু হাইজবা
কাকয়েন সুজা অথৌবু কিনা হঙ্গোই খনবনা
কোকঙমদবা মরাল য়েং, কনা চংজবা পিখিদে।
লৌশিং চাউবা অকনবা কেগে মোইরাং তমলক্লে
পন্থৌ পুরেনবা মকাদা পাখং চংজফম নিখিদা।
মীগী য়ায়বী কনবনা মাগী থৌদাং ওইজবা
থুমন পুরেন অথৌবা মোইরাং লালোই তানবদো
চংজরবা মিশক অতু তোল্লবা মীনি খন
মথা থাদা কোন য়ায়বী কনগে বাশকখি।
অথৌবা কাকয়েল থুংলয়ে য়েক্নবা পীরো হায়ররে।
পন্থৌ পুরেন্বা মহাক্না পিয়ু হায়বা য়াখিদে।
কেগে লমজাও থোক অকনবা অনি চাংয়েংনৈ।
খুত্তা তারেন পাই কাকয়েল মানা লংবদি
লোক্তাক য়াইদা তাখিদো ইকং কংফান য়োখিদে।
পন্থৌ মানা লংবদি কারাংগী চিংমায় য়ৈথাইখি।

স্নক্তা নুঙদা হেল্লিদো পম্হৌ ওইবা মহাক্না।
লমজেল চেল্লি থোইখিদো মুক্না কংই থাখিদো।
মাংজোং চেঞ্জোং তানৈদা খুবৈ খোংয়াই চাংয়েংনৈ
ঈথিং পম্থিং অনিস্নু নোংয়াই মানা হেনখিদো।
লিরি লিচিং তেনকাপ্পা কাকয়েল মানা কাপ্পদি
তেনগী তেনজিন অতুনা পুমলেনগী ফুমদিদা তাখিদা
পম্হৌ পুরেম্বগী তেনজিন্দি ঙংন লাউনা পাইখিবা
স্বরা চীঙদোন য়েশিনখি লোইবী নিক্না থাংখিদো।
পাঙ্গল পোরম খুদিংদা পম্হৌ নোংয়াইনা হেল্লিদো
মহৈ লৌশিং হিরমদা কাকয়েল স্নজা অথৌবা
পম্হৌ ওইবা মঙোন্দৈ মন্নুং হক্ন হেনবনা
থম্মোয়নুংদ কাওঙমদা লমন শিংগে থনখিদো।
লালোই তোনবু কনবদো কাকয়েল মাস্নু য়ারেদা
অকনবা অহুম অহু পুন্সিগী মরূপ শান্নখি।
মপ্সারী নমদগী থা ফৈনা লান্না পী
লালোই তোনগী মকাদা মচা শক্না য়োকহনখি।
ফৈনা লান্না পিবনা নারা চাউদবা
কোলোয় মাগী মিংলেনস্নু ফৈরোইজাম্বা থোনখিদো।

( ৫ )

অরাবা কোঙ্গায় কাউহুন নুংঙাইবা থোদোক অহুদা
পম্হৌ পুরেম্বা অকনবা মমোম লাংলেন খমুবু
অথৌবা অনি মাংহুদা ফৈরোইজম্বা মকাদা থাজখি।
নুংশিবা মরি তৎনদন' পম্হৌ মানা পীবনি।
পম্হৌ অহুম পুম্নদি কেগে মোইরাং লমদমদা।
নিংথৌ সনা নাক্কুদা অঙম্বা ওইনা লৈখিদো।

লালোই তোন্দি অকনবা ফুবালাগী লমদা লৈ
চেঙ্গে লাকপা ওই মতম কুইনা লেল্লকপা
মরৌশিংনা কেগে ফম্নাইবা, নোংথোল ফমদি কা
"মোইরাং চাউবা নোংথোনবা" অনৌবা মিংথোল লৌখিদা।
কাকয়েল সুজা অথৌবা কেগে লালোই ফম্নাইবা
থোংলেন কোলোই মিঙ্গৌনা মোইরাং লমদা পাল্লিদো।
অথৌবা মাগী পুক্লিংদা লমন শিংগে খনখিবা
কুইর কুইর উইষগুম কাউবা লৈতা নিংশিংখি।
ইচু নিংথৌ চাউদবা খুমন নোংয়াই খম্বসে
পলেম ইমা ইবেম্মা ওঙ্খৈমোনা প্োক্লেদো
পন্থৌ ওইবা পুরেম্বা হরাও নুঙাই লেল্লকলে ;
খুমন ইরান য়ায় রাক্তা পাদ লৈরিঙৈ
থোংলেন লালোই তানবনা পন্থৌ য়ায়বী মীরেনবু
নুঙ্গোইবীদা চেৎনা চন য়ায়বী লৌগে থৌরাংখি।
কোয়ৌ তরেৎনি শুবদা পন্থৌ পুরেম্বা নোঙ্গাখি
মুরা নোংদম থিরবী ওাঙ্খলৈমা ইবেম্মা
মশাবী ইবুঙো পুরেম্বগী শমু কয়াৎ নিংথিবা
চেৎনা কোন্না তেংথানা পিরাং থক্তা ঈরোইখি।
মপারি নরা মুংশিবা খুমন অদোন খম্বাবু
মচেম ঐগী মকাদা চাউবা কাংদোং ফানবা
য়োকলকষ্ট হায়না শিন্নরম কোয়ৌ থক্তা কাখয়ে।
মতা নোংদম থিবীনা ইচু নিংথৌ লোইননা
শাবী থংলেন মকাদা পামু' য়ুমদা লৈরুইদো

---

* নুঙ্গোইবী—কংলাগী অবাংদা লৈবা লাইফমনি।
মসিদা মীগী ঈ কৎপা চৎনরমই।

মোইরাং চাউবা নোংথোলগী পলেম শকপী তালোইশিং
হুরাও হুরাও নাওকোনবী নব্বা ওইবা ঐখোয়বু ।
অঙম্বা মাবু কিবদৈ লুনা চান্না তৌবনি
লোইদাম খরগী ভুংদদি পলেমশিংগী মীৎয়েং অদো
হান্নগী মতৌ ওইরক্কে লাইরবী থমোয় চিংনৈদো
ইচু নিংথৌ পুতুনা অঙম্বে য়ুমদগী চেল্লকই
পঙ্গৌ থোংলেন অকনবা মপান্নী মমোম ঐখোয়বু
মরাল য়ায়দা পু হরাও হরাও য়োকপিখি
অহিং তাংলৌ থেংবদা ইপৌৱানা খোম্লাং লাম্লকপা
অঙম্বা তালোই ময়াম্না কোয়না চেন্না হোৎনবা
মচেম ঐগী পুক্লিংদা চীংনবা কোঙাই পোকইদো
লাইবক থিবা লমজাসে করি থোক্লদগে খল্লিদো
কুইনা নৈবা ঙমলক্কে নবা নমদা পো
অহাংবা তাঞ্জা য়েং ইরান য়ায়দা চেল্লকই
ঙসি কোরৌ নুমিৎস্থু মীগী মীথা থাদা
মচেম ঐগী হুমাংমন নোংয়ায় য়োক্কে খঞ্জরী ।"
নুংশি য়াবা মপাওনা মতা কাদা তমজখি ।

## ঙাঙ্খৈলেমা

ইতা ইবেম্মা লাইরবী খুমন চনু নুংশিবী
কেগে মোইরাং লমদমদ অদোন শালাই লৈরিবা
ঙক্লা থোকচৈ ইতাও ! খুমন করম খুন্দাবা
তাকপিয়ুগবা পোঞ্জেনবী নতা ওইবী ইকাদা
নমা ইবেম্মা ঙাঙ্খৈলেমা ফোইদিং লম্মীৎচুম্বীনা
খুমন পুরেম্বা মশাইকোন করম তৌনা শাৎলবা ।

মতা য়াব্রা তাবদা নুরা লৈরাং পোনজেন্নী
কেগেদা খুমল শাইদাংবা মতা কাদা লিরকই
চীঙু চীংখোং পোইরৈতোন খুন্নুং য়োইচাখা অরিবনা
মশানৌ মীতৈ লৈমা লৈনাউতাবীগা খুন্থোকঙৈ
ইয়ু শিংতাপুং তাপুং শিংমিংনবা মপারিবু পোকচখি।
খমলৈ ওন্দেবা শব্রাহলব্রাইবা শিংতাপুংনা
শন্থোং পুনেম্বা চন্নুগা য়ুমলিং খুল্লিংঙৈ
আরোং পামিংনবা মপারি অনিবু ফংজৈদো।
পারি হনজিনবা পন্থৌ তেশিনবা পামিংনবনা
হুইমু লৈমা মুংচেংয়াম্বীগা নুংবান শালাই য়েন্থখি।
খুমন হান্না খুল্লিংবা অদোন হান্না খুন্দাবা
নোংয়াই লৈকোয় লৈমাবা আরোং নিংথৌনা
চিনকুয়োন লাইতোংলেন লৈমা চীনখুবীগা খুনশেমঙৈ
মপারি অদোন তুমাহাবা তাংনা নৌনা শাৎলকই।
নোংয়াই নিংথৌ তুমাহাবাগী মশানৌ লৈমা থোঙাইবীগী পারিদি
খোয়ুম শাইওন হকপা নিংথৌ লুংবা অহনবনি
থৌবাল লমহলদা খুন্দাবা নিংথৌ লুংবা অহনবগী
মশানৌ নিংথৌ য়েন্দং চন্নু খুমন লৈমা থম্মোইলেম্বীনা
য়োইরাংপোক পুন্সিবা নোংয়ায় মাবু পোকচখি।
অদোন লৈকোই মপু য়োইরাংপোক পুন্সিবগী
ঙানবা খুনুং নিংথৌ চন্নু লৈমা য়াইবী লৈমানা
কচেং ব্রায়েং মাংবা খুমন নিংথৌ ফংজৈদো
নোংয়াই লৈকোয় মপু মশানৌ' তালোই
মৈদিঙু পেংশিবা চন্নু লৈমা লাইরুন চেংবীনা
খুমন লৈকোয় নিংথৌ মোংবা খোনবা শাৎলক্লে।
অদোন লৈকোয়রেল খোনবা নিংথৌ অথৌবগী

মৈতিঙু নাউফংবা চনু ৱাঙমলোন মেংপী লাইবীনা
নোংয়াই খুমন নিংথৌ অদোন লাইফেংবা পোকইদো।
খুমন ফেন্তা লৈকোয়পুং অদোম শাংবা লৈমাবগী
মশানৌ খুমন লৈমা কায়রৈমাগী মপারিদি
নোংয়ায় লৈকোয় মপু নিংথৌ পুন্সি য়ুমোইবা নে।
অদোন লৌরু চাউপোক নোংয়ায় শীংজা কোনখিন্না পানফবা
নিংথৌ পুন্সি য়ুমোইবগী তালোই খুমন লৈমা
খোইমোম ইমোইনু অহোংবীবু য়োয়না লুন। নাওয়োকপী
ঙান্নুরোন লৈমা পিয়াইরোক্কী মপারিদি য়োয়থোংঙাইনে।

(৬)

ইয়ু নিংথৌ য়োইথোংঙাইগী মশানৌ তালোই মরুম্বী
ঙানবা শলাই চনু ঙানুরোন কায়রৈমানা
হাউরম অহনবা হাউরম নিঙ্গোয় য়াইমবগা
হাউরমতোন লৌথিবগা অহুম্মাবু শাৎলকএ।
মপাবুং খুমননিংথৌ কোরৌ থক্তা নোঙ্গাখে
নিংথৌ খুভম হাংহৌবা মপারি অহুম লাংয়েৎনৈএ।
পলেম মমা পোকমাবী খুমন লৈমা কায়রৈমানা
মপারি নাৱা হাউরমতোনবু নাওথেম লিক
চীংবা উতংপোক্কী উতোন থক্তা পানবা লিক
পাশীং থেবা লিকনবানা নানপা উতোন্দে হেকপা লিক
থবাক লিক্কোয় থক্তা শিবদি কোরৌগুম মঙান তাবা লিক
নোংহৈ থাবা ঙাক্কোয় লিকপু হাউরম অহলনা শি
খুরোয় হাউরা লমলাংদোং নুংবান ফান্তেক শোকনাইবগী
অহোং কুমহৈ য়েংবা লোললোয় লমদা খোংশানখিঙৈ
মশানৌ হাওরমতোন অতোম্বনা অশাউ মৈরি হৌ

খুরোয় পাথিংবা কোন লাই তোংশং ঈদা ঙায়
ময়ামবুঙ হাওরম অহনবাবু থাংলেন মখুৎ সুনা য়ানথংলে
অচু থোদোক হুঙগী লমলেন মদাইমবু
"লিকলাই কারোং পারোং কেন" কোলোই মিংহোংলমএ।
ইয়ু হাওরমতোন লৌথিবদি অতোন য়াংবা কাইপা
নোংয়ায় থাংয়ানকনবা, লিক্লাং ঙক্কোয় লোকপা
থাবা লিকমুন থোবা কৌনা ফম্বাল থক্তা পালহৌএ।
হাওরম নিঙ্গোয় য়াইমাবা খুমন লান্দান থোবদি
খুমন লৈকোয় থা ঙাঙোয় লমদা থুংলরে।
কেগে মোইরাং লমদমদা পুরিক্লাই কাবা পুরাং নিংথৌনা
মশানৌ ঙাঙোয় লৈমা লাইতোন লৈমা খংনৌবীগা
হুঙায় য়াইবী মরাং কায় হায়না হুম্না পালিঙৈ
নিংথৌকাদা চংজা খুমন পুংবু থোন
কংলা ফমদৌ ওই কেগে লমদা খুন্দাখি।
লোয়মচা অহোং চনুনে, ঙানুরোন কায়রৈমানে
মশানৌ তালোই অনিগা সুংঙায় য়াইফা লেনবনি।
লোয়ম চনু অহোংবীনা ইয়ুপলেমকোই পারেম্বা পোকচৈদো
ইবেন কায়রৈ মনা মনাও থাংলৌ হৈবা পোকপনি।
ইবুধৌ খুমন পরেম্বানা মশানৌ লোইরেঙ্গাম্বী য়ায়বী লৈমগা
মোইরাং খুন্থক লৈকায়দা য়ুমলেন কাজাও নুংদা পানবদি
ইপা ইবুংঙো পুরেম্বা কেগে কংলা ফমদৌরোই ফংজখি।

(৭)

কেগে ঙাঙোয় লমদমদা খুমন অদোন পুরেম্বা
পাগী শারেপ তাল্লকপা চাউবা মপুং ফারক্লে।
পলেম পন্থৌ অনিনা অমন থরৈ চনখিবা তুং

শান্মা পাঙ্গল ফরবা থুমন অদোন পুরেম্বা
নোংমা কোরৌ নুংদাংবায় উকায় হিনাউ তোং
লোক্তাক য়ায়দা হোল্লকপা শিঙেল লৈশাং তমকপী
নুরা লৈরাং ওইবী কেগে চানুরা অমদি
লাইজ পুলাং পায় লোক্তাক হিদেন কুমকপা
পাখং মানা উখিবা নুরা নাক্তি তমক্লে
উকায় হিনাও হোনজিম্বা হিদোনডুনা থেংখিবোই
নুরাগী পুলাংডু ইতোয় ভোয়না কায়খরে।
শিঙেল লৈরাং শকহেনবী শাউরংননা য়েঙমলা
হিদেন থক্তা কাখংলা রাহৈ অনস্তু ঙাঙমদা
লুম্নাক্লনা য়েংঙমলা খোংকাপ নৌরা ছুনখ র।
থুমন পাখং ওইবদো ইকায় হঙ্গোয় য়াম্না।
"ঙাইখোগবা শকহেনবী পাখ'গী য়াম্না তাখোবা"
হায়না হায়না তাল্লুবা নুজা নাক্তি য়ৌরকপা
খুত্তা পায়বা থম্বাল পোমশাংনবী লৈরাং অমা
পাখং মায়দা লংলকপা মীকুপ মুত্তং থকচানডৈ
কেগে চনু ওইবীদো পাখং মাংদে মাংখরে।
থুমন নোংয়াই পুরেম্বা ইঙক ঙকলে থোদোক্তো
রাখল মফাং খন্দুনা মরাল য়ায়দা হল্লকখি।
কোরৌ কয়া হৌখরে পাখং থম্মোয়নুংদদি
লোক্তাক হিদেন থোদোক্তো কাউঙমদনা নিংশিংখি।
নোংমা কোরৌ নুমিংনি নোঙাল্লমদাই কানডুদা
থুমন নোংয়ায় অথোবা লাঙ্গোয় লাকপা থোরকই
লোক্তাক পাংয়া য়ৌরকপা ফিশা মখোল তারকই
পাখং ইঙক ঙক্তুনা কোয়না লৈডুনা য়েঙকপা
নিংথিবা শঙ্গায় 'নুংদা পাংয়োং থক্তা ফমদুনা

চরৈ ফিশাং তাল্লিবী, মুরা ওইবী উরকই।

(৮)

খোংকাপ কামজাও হুন থুনা য়াংনা চত্তকপা
ইথং থংহৌ উহৌদা লোয়না স্থপনা মাংখয়ে
ইকোক কোকলে লমদমদো ইহাং হাংলে মফমদো।
পাখং থোইনা ওকখয়ে রাখল মফাং খন
লোক্তাক মাইকৈ তম খুমন শামায় লৈরক্লে।
লাইজ ইপাক মুং ইরোয়তুনা শান্নবা
লৈকং থম্বাল ওইবীশিং নোকপা মখোন তারক্লে।
লোক্তাক হিদেন লোম নোংয়াই তন্না কুমক
শিঙেল লৈরাং থারিকথা পাৎয়ায় হেনমোই লৈনা
লাইজ পাব ইপাক্তা মালং ইপোম মরক্তা,
থেক্লা জগোয় শা হায়না হুম্না শান্নগুম
তোঙগানাবী শিঙেলশিং পোমশাৎনবী লৈরাংশিং
হয়াও মথোয়কা নোক্লা খেনা শান্নবা
থাবল ঈপোম মরক্তা পাখং ঙকনা য়েঙকই।
মুরা লৈরাং ওইবীশিং খুমন মাবু উরবোই
মশা পানবী থাঙ্গোংগুম মরি মরি পাইখয়ে।
থাংজিং চীংদোন তম নোংদোন থক্তা পাইখিবা
তুংদি ইথং থংহৌবী শিঙেল কুচু লময়ৌবী
তোংগানবী লৈয়াংদো কোইরাওনবী মিৎস্নাম্না
পাখং মাইথোংয়েং মোমোন হায়নোক তৌ।
কোয়না কোয়না প্লাইরম্লা অতিয়াথক্তা মাংখয়ে।
খুমন নোংয়াই পুরেম্বা মুংশি মৈনা চুহৌবা
পাখং থম্মোয় থাঙমদা মরাল য়ায়দা হনখিদো।

ইনুং কোয়ৌ ভাল্লগা লাংগোয় শগোল তোং
মরুপ মাগী চান্নবা কবুই শলাং মায়বগী
ময়ান খুনদা লাক রারি পুম্বা তমলখি।
মরুপ অনি রা তানৈ কবুই খুনগী খুল্লাকপা
রোংমৈ শালাং মাইবনা রারম পুম্ব। তাকখয়ে
থৌরাং পুম্বা শিনখরে পরম পুম্বা য়াংখরে।

(৯)

নোংমা কোয়ৌ নুমিৎকী শক্তিক ইহুন তমকপা
নোংঙালমদাই তানফমনি খুমন নোংয়াই পুরেম্বা
লোক্তাক হিদেন তম থুনা য়াংনা থোয়কই
অয়াং লৈমা ফিফৌ পুঙ চরৈ ফিঙৌ ফৌ
শমলাং কোইকরুবী চেংলৌ শকথোং হেনবী
নুরা লৈয়াং ওইবীনা মোমোন নোক্না ফমলম্বা
থাপতক ওইবা মফমদে পাখং ওইবা উরক্লে।
খুমন মাবু উবদা শিঙেল নোকফেৎ তৌ
মীৎচীনা খোয় খোয়য়েং মুংশি লাংবু থাকলকই।
থাঙমদ ঈহৌ লোইনা নোংয়ায় তম্না চংলকপা
নেমতক তৌবা লৈপুঙদো অঙৌবা লৈচিন্না কুপলম্লে
নুজা লৈয়াং ওইবীদি চেকলা চাগী মওং ওই
লোক্তাক ইপাক তম কোয়ৌ থক্তা পাইখিদো।
প্রাখং ঙহাক ঙকচানৈ রাখল মফাং খল্লবা
লোক্তাক হিদেন তম খুমন য়াংনা চলক্লে
হৌখিবগী মতৌগুম নোকপা মখোন তারক্লে।
পাখং কোয়না য়েঙকপা হমক্রু মোংশোংলক
নুরাশিংগী চরৈ মখৈ লোংনা থম্বা ঊরুবা

খুমন লোম্না চং চরৈ ময়াম খোমলগা
খংলোই উরোই মফমদা চেৎনা লোম্না থম
থুনা য়াংনা হিদেন্দা পাখং রায়রা হুল্লকই।
খোইমোম চনু ওইবীশিং নমু তাইবং উবনা
পনবা য়াদে মতাগুম চৎকে হায়না থৌরাংবা
চরৈ ফিয়াম থিঙমদে কদাই লোৎখি খংখিদে।
শজিক ঈহুন তম থাবা মঙান শামলক্লে
লৈমারোলশিংগী লুচিংবী কোইরেন লৈমা লাইরেমা
পাখং নাক্তা চঙক্লা য়াবা মপাও হায়রকই
"নোংয়ায় চাদি অকনবা পুরেম্বা ও য়াইফবা
চরৈ ফিয়াম পিরো কোরৌ নোংদোল তমগ্রগে?"
লৈমারেল য়াবা তাবদা খুমন নোংয়ায় অথৌবা
মরু লৈদা লুক পাখং তুমিন খাংলম্মী।
য়ারোই হায়বা খংলবোই কোইরেল লৈমা লেংখরে।

(১০)

লৈমারেন অরাং পাম্থোইবী কৈরেল রাংথুৎ নেৎপী
থোয়না পানবী লাইরেমা খংগোল চরৈ ফিশেৎনা
সনা কুচু লময়েবী মোইগাইহেনবী মাইথোংনা
মোমোন হায়নোকতৌ পাখং নাক্তা চঙক্লা
"মোইরাং পাখং অথৌবা নোংয়ায় চাদি পুরেম্বা
নতিক থৌনা লৈয়ুকো! চরৈ ফিদো পিগনু!
ঙমলবদি খাংউকো! অপাম্বাতু থুংদ্রিফাও"
পাখং মথৌ শঙমলা তন্না রাইরা হুনখরে!
খোইমোম য়াবা তাবদা পাখং চীংনা য়েংহোই।
থ্বাই মমৈ ওইনদি নুরা লৈরাং নিংথিবী

শিঙেল থম্বাল তথোৎপী অয়াংলৈমা ইবেমতোন
থাবল ঈপোম মরক্তা পোমশাৎনবী থরোগুম
য়ুমলৈমানা লিক্লা কানগুম থুনিং মোদোন ক্বাং
নোংয়াই নাক্তা চঙক্লে পাথং নাক্তা ফমলরে
তথকলবী মিংসনানা নোংয়াই মায়থোং রেং
খোনফম চাউদা য়াবানা পাথং কাদা হায়রকই
"লোয়ুম্বায়ো মুংশিবা থংলেন কৌগে ইবুংঙো
নিঙোল য়াইবী থবায়সে পাথং কাদা লাপ্পরে !
নোংয়াই হৈনা তুংইঙ্গগে পুন্সি খোংলোই ওইবীয়ু !
হাওরৈ তাম্বা মাইকৈদা চীংথৈ ফিতুপ হুলক্লে
ইমুং শোরা তৈরক্লে অমম্বা ফিগৈ তামথরে
লোক্তাক উথুম খোন্নৌবী কুম্বী শোইরেন য়াংবীদা
চেক্লা মখৌ ইপোং পোং তুম তুম খোঙকলে
কেগে মোইরাং লমদমসে ভাঙোই পোইরৈ মাইকৈসে
ইমুং শিংখোং য়াকৈরে ইমুং কোরৌ ঙালক্লে
ইচেমশিংসে বায়েদা চরৈ ফিয়াম পিবিয়ো !"
পাথং ওইবা মকাদা মুয়া মপাও শেংলকই ।

থুমন নোংয়াই পুরেম্বা অদোন বাংবা অথৌবা
মুজা মায়থোং লাকাদা পাথং চীংনা রেং
চরৈ ফিয়াম অতু নিঙোল কাদা লানথিদো
মচেম লাইরুরা ময়ামশিং কোরৌ থক্তা হুনথরে ।
মুজা ওইবী মহাক্তী পাথং নাক্তা লৈহৌরে ।
মশাবী নোংয়ায় পুরেম্বা শমু থুজেং পায়
বাং পামেল মথোংদা মুরা পাথং ফমীন্না
অঙনবা অয়ুক্তী নিংথিবা লোক্তাকী ফজবা রেং
মথংলেন মকাদা মুজা মপাও মেল্লকই

তাবিয়ুকো লোয়ুন্থা লমলানকায়গী খোইরাবা
পামু মীচাপোক্তানে থংলেন কোগে ইবুংঙো !
শিঙেল লৈশাৎ তমলিবী ননাও লাইবক চাউবীদি
পামু নংগী নশাইকোন থংলেন নংগী নরালয়াই
পারি অমা ফংবা ফাও তাইবং লক্তা লৈজগে
নাল্লা মানা পোকলগা খোয়ুম লক্তা হনখিগে
ননাও ওইবী য়ারাসে নুংশি নংনা য়াবিয়ু ?"

শান্মা পাঙ্গল ফরবা নোংয়ায় চাদি পুরেন্থা
নুরা মায়থোং লাকাদা চাংনা য়েংনা খুমলকই
"শানৌ ইনেমচা পামুবী, মকোয় ফাবা থাজগুম
নিংথিজবী মায়থোংগী তয়াল ওন্বী চীন্বালদৈ
থোরক্লিবা য়াবাদো পাখং করম য়াগনি !
লমজা শারা শক মদোম লৈহৌবা পারিদু
চাউবা শারেপ ফানবা কনানা নাওকোনবিহৌনি ।

তিল্লাং থয়োংনজুনা নুজা পুক্রিং খন্থাকো
পারি ইমোমপোক নুঙায় য়াইবী মরাংকায়
পুন্সি মতোম লোম হেদৌ হরাও পান্সিবা
তাইবং পালগী নুঙাইবা মপুং ফানা লেনশিদা ।"
পাখং নুংশি য়াবানা মশানৌ কাদা থেমলকপা
খোইমোম লাইরুরা নিংথিবী শিঙেল চেংলৌ শকহেনবী
নিংথিবী মিংলুদৈ, পিন্নাং তরু তরু শিন্তুরী
নুজা ফমকল্লাংদৈ নিঙোল তপনা হৌগৎ
পাখং মাবু য়েঙমলা নুরা খোংদোই হুনখিবী
ঙাক্ষ থুনজেল লম পানেল তালা থক
নুজা ওইবী কাইদোংনা রানা মতম লেনখিদো ।
খান্নবা মৈচাক পু পাখং ওইবা পুরেন্থা

কেগে খুন্থক লৈকায় মরাল য়ায়দা হনজিনখি ।
নিনি চনবা কোয়ৌগী তাংলৌ থেংবা অহিংদা
খোমলেন তুমখুন তাল্লিডৈ পাখং মাগী মংলান্দা
খোইমোম কোয়ৌ অরাংবী থোয়না পান্বী পাঙ্খোইবী
নোংয়ায় মাংদা লেপ য়ারা মপাও মেলকই
"খুমন নোংয়াই পুরেম্বা অদোন নংবু কৈদৌরি !
নশানৌ নোংদম থিবী নুরা লৈরাং ওইবীসে
ডাম্খ খুনজেন লম লমজা ও লমহাং য়ায়
পাখং নংগীদমক, নুজা রানা থাংলেদা
চীংনবা পুম্বা থাদোকউ নিংবা পুম্বা থংগনি !
নোংয়ায় নংগীদমক ঐখোয় পুম্বা লেপনিদো.!
হয়েং ইমুং ডানবদা নুরা মাবু লৌবিরু
থিন্থবা অমুক তৌগদ্ব শোইবা য়াদে অথৌবা !"
পাখং ওইবা মংলান্দা য়াথং অসুম তাকলম্বা
ইমুং কোয়ৌ ডালক্লে হাওরৈ নোংপোক পাংবদা
থবী শেংগেইয়েল অপায়া মালেম লাংজথৈ অহানবা
লোইবী স্বয়া চিঙমতোন, তরু তরু হুলক্লে
মোইরাং শনশেললোই খুন্থক লৈয়োই চাশিংনা
"পাথৌ নোংয়ায় অকনবা খুমন পুরেম্বা অথৌবা
ডাম্খ লমজাও য়ায়, চেংলৌ শকথোং নিংথিবী
খোইমোম লাইরৈমা শকহনবী, কনাগুম্বী লৈয়েদা
খুমন নংনা ফায়োলাও, চংতবা য়াদে ঐখোয়গা ।"
নোংয়ায় খুজেং পায় ডাম্খ লমদা পুখিদা ।
পাখং ওইবা উবদা মশানৌ লৈরাং নিংথিবী
হয়াও মোমোন তৌ মোংশোং লক্লে থোরক্লে ।
অদোন পুরেম্বা অথৌবা শিঙেল খুজেং পায়

নোংয়ায় মরাল তম্না মুজা মাবু পুরকপা
ঙক্না থোকপা থৌদোক্তু কেগে নিংথৌ য়ৌখিবোই
নিংথৌ নাক্তা প্লুরক্লবা নিঙোল লাকপা থারক্লে।
খুমন নোংয়ায় পুরেম্বা অরা থোয়না উৎখিদে
মোইরাং পোংলেনহনবা, কেগে পুরিকলাই মকাদা
শিঙেল লৈরাং ওইবীদো মপু কাদা কৎখিদা।
নুরা লৈরাং ওইবীবু নিংথৌ ওইবা খোইদাখি
ঙাঙ্খ লৈমা কোলোই, শিঙেল মিঙ্খে থোন
কেগে মোইরাংলমগী ফম্বাল লৈমা হাপখিদো।

## (১১)

নোংমা কয়া হৌখিবা নিনি কয়া চনখিবা
মপু মোইরাং নিংথৌগী থম্মোয় লায়ুমনুংদদি
খুমন মাবু চিংনবা অস্তুম অস্তুম হেলকখি।
করি করম তৌসিগে রাখল কয়া খল্লিঙৈ
পোইরৈ শেম্বী লমগী কবো চাখা চাশিং
লুয়েন লোন্না লান্দা খুঙ্গা কয়া শোক্লে
চাখাশিংবু লাকশিনবীয়ু মপু কাদা রাকৎলৈ।
তানফম চারে খন খুমন নোংয়ায় পুরেম্বাবু
মোইরাং তেঙ্গোলপু চাখা লমদা লান্দাহনখি।
নিংথৌ মাগী রাখনদি খুমন মাংখিসনু খনবনি
চীংঙু থাংজিং নোংদমখোন খোয়ুম লাইগী মথৌজাল
খুমন নোংয়ায় পুরেম্বা মতিক থৌনা লৈবনা
থাংলেন মথুৎসুনা। মৌবী পোংয়ানবগুম
য়েক্না তেঙ্গোল চায়খাইরে নুরেল মপৈ ককথরে।

মৈবী তাঙ্গোল ওই চাখা য়াইগা চাইরে
হি-য়ায় পুম্বা খোম নিংথৌ কাদা কৎলখি।
কেগে মোইরাং নিংথৌ, মপানথোংদদি পেনজখি
থম্মোয় নুংদদি নুঙাইতে অহোয়না চীংনা হেনগৎখি
লোইদাম থাবুম অহুম মপুং ওইনা হৌখরে।
কেগে মোইরাং লৈমা নুরা ঙাম্ব লৈমাদি
নিংথৌগী তাওজিং হৈরুনা শিঙেল নাওয়েক তমখিদে।।
নোংমা কোরৌ নুমিৎনি মপু মোইরাং নিংথৌ
চীঙ, থাংজিং কৎনবা অঙম অথৌ লোইনা
লৈপাক পুংজাও থিন শাদানবা তম্না লেংলম্মী।
তোবুঙ লমজাও য়োৗরকপা নারক মোংশোং লৈক্লে
পাম্বা কৈরেল ৯ না নিংথৌ তম্না চোংশিল্লক্লে।
অঙম্বা থৌগল্লোই অপুম্বা মথরায় হিংনবা চেনখরে।
পাম্বা খায়াৎতা, নিংথৌ য়ায়বী মাংদৌরে।
খুমন চাখা ঙম্বা নোংয়ায় পুরেম্বা অথৌবা
নিংথৌ মাংদা লেপ পাম্বা ৯ থেংনখি।
মরিনা য়ায়বী লৌ মঙানা চংনা ফা
কেগে মোইরাং নিংথৌগী য়ায়বী কনবা ঙমখিদে।।
খুমন মাবু উবদা নিংথৌ ওইবা পেনখরে!
থম্মোয় নুংগী চীংন পুম্বা লোয়না শুপনা কোক
খুমন নোংয়ায় পুরেম্বা কংলা য়ায়দা পুখৎলা
অঙম্বা পুম্বগী মথক্তা কোকলেন তম্ফা হাপখিদা।
মশানৌ তালোয় অতোম্বী নুরা ঙাম্বা লৈমাবু
অওং অউল তম নোংয়ায় পুরেম্বা মকাদা
মানা লৈরাং ওই লৈপাক খংনা থাজখি।
খুমন মরাল য়ায় হেদৌ হরাও লেনখিদো।”

# "ইরাংলোন য়োইরেন তোম্পোকপী"

## (১)

খুমন শলাই ওংখিবী ভাঙ্খ লৈমা' থোদোক্তে,
চাঁউখৈ থাম্বী চনুনা মতা লৈরাং ওইবী
খমু পোনজেন লাইরবীদৈ ৱারি শিংবুল তারগা
মতাগীদমক রাজ পাম্বৈ কয়া থিরুরা

খুমন চনু মকাদা নুরা মপাও মেল্লকই
"ইতা ইবেম্মা নুংশিবী নংদি নারা ওইরিদা !
নচু নিংথৌ চাউদ্রিফাও করম্না নংনা শেন্ননি
অচুক ৱাবা থোদাংদো নিঙোল নংনা পুবদি
অচৌবা পোৎলুম ওইবনি, ভমগদোবা মান্দেদা,
ইতা ইবেম্মা নুংশিবী নোংয়াই চনু লাইরবী
নচু নিংথৌ চাউদ্রিবা, খুমন নারা ওইবসে
নতা ঐগী ইপনথৌ ফুবাল্লাগী লাকপানি
মচা পোক্তে য়োকচগে, মপারি শক্লা নাওকোনগে
নুরা কাদা হায়নিংই ইতাগী কাদৈ নিনিংই
নুঙায় য়াইফা পানবনি ৱাৎত পাদ ইমুংনি ।
মথোয়গী ৱাংপা হায়ববু ঐনা অস্তুম থনবদা
মপারি অমা পোক্তবা মমোম অমা ফুইদবা
মসিতনি খল্লিদো ৱাংপা করি লৈতেদা
ইতাগী পোৎলুমস্থ থারনি নচু নিংথৌস্থ য়াইফনি ।
নুজা করি হায়বগে য়ানিংদবা লৈবরা।"
"ইতা ইবেম্মা য়াইফবী ঐগীদমক ভাকপিবা

অকবা ভাক্তা ওইগনি য়ানিংদবস্নু লৈতেদো !
অত্থু ফনা ওইরস্নু ইত্থু নিংথৌ ওইবসে
শাগৈ অমদা পিথোক্লোই শালাই অমদা লাম্থোকলোই ।
ইয়ুম কেগে মোইরাংগী মুঙায় য়াইফ ইমুংদস্নু
য়োকউ হায়না পিথোক্লোই লৌজয়ো হায়না শিনরোই
মচেম ঐগী নঙ্গলদা চাউদ্রি ফাওদি য়োকচগে
পলেম ইমা ভাঙ্খা লৈমানা মমোম ঐগী ইকাদা
ইত্থু নিংথৌ চাওদ্রিফাও য়োকউ হায়না শিন্নৈদো !
ঐবু পোকপী পলেমনা কোরৌ নোংদা কাদ্রিঙৈ
কেগে লমদা থোকখিবা থৌদোক অমা লিখিবা
মোইরাং চন্নু নুংশিবী ইতাগী কাদা লিজগে।"

(২)

"পারি কোলোই মুংশিবা থাংবী য়োইরেন তোম্পোকপা
নদাইরেম অহল্লুপ লাকপা কোলোই মাগী পামশবা
খুমন মাগ লোইনা, লোইন খমইন শ্যু
থোইবু চীংশাং কা মরীং খুন্বী লমদমদা
ওন্না পাম্বি থোংশাল্লু খুল্লাকপা মকায় যন্দা
লোইপোৎ পিয়ু হায়রুচো থিনবা অমুক তৌরনু
কুমজা মণ্ডা ফাখম্বে চিংশাং লাকপা লাক্তব।"
ইমফাল কংলৈ মপুরেল মৈদিঙু মোইরাম্বা নিংথৌনা
কংলা তাংবল থক্তগী মপারী য়েংনা থৌদারি
কংলৈ পুংগী পুঙময়োল পোইরৈ সনা লমদমদা
মথং থনবা ওইরিবা লাইরেন থাংবী লাম্থাবা
হৌমিন্নবা লেংগা ওই মরুপকুম্না তিন্নবা
মরোং চুমহুন লান্দারোই খমলাং পামশাবা অথোবা

অহল্লুপ লাকপা লোইনা খোংলোই ৫০ পু
মপাবুঙ য়াথং ঙাক লোইবী তম্না খোংশাল্লে।
কোয়ৌ হুম্নি চনবনি মরীং চীংশাং কারক্লে।
ইনখৎলকপা নহানি মরীং খুনগী খুল্লাকপা
মপা লৈখিদবা মতমদো কুমজা মঙাদি ফাখয়ে।
ইমফাল লমদা কাহুনা লোইপোৎ পীগে খনখিদে।
মপাগী খুভম ফংবদা নিঙাইদা থোইনা লেল্লিদো।
কংলৈ পুঙময়োনদগী অঙম্বা ময়াম থুংলবা
থম্মোয় নুংদা খঞ্জাল্লে করি তৌসিগে খনখিদো।

মথং খনববু হয়াওনা তয়াম তয়াম ওল্লগা
অয়েবা চেংজেন পুথোক্না তরা লুকোই পিজৈদো
থোইনা চিংনবা লৈহনদে নুঙাইতবা করি ফোংদোক্কে
কোয়ৌ মঙানি চুপ্পাদি হয়াও নুঙাই লৈহল্লে।
লৈখিদ্রবা মপা খুল্লাকপা ইম্ফাল কংলৈদা কারুবা
লোইবী মখুল য়োরকপা অয়ো নাহে তমখিবা !
ঙারা চিঙ্গাক তম্বদা মপাবু মাংনব সিল্লকএ !
অকনবা মাগী মপুক্লিং তৎতনা অহুম খনখিবা
লমন শিংগে খন লোইপোৎ কাবা তোকপনি।
মহুনা পেনবা লৈরমদে সয়ৌ তন্না শিন্দুনা
লানমী মখৈ হান্নদি লোইপোৎ পুনা চৎহনখি।
অঙম্বা ময়াম অহুবু ইনুং কোয়ৌ ঙাল্লগা
খুল্লাকপনা থিন্দোকই খুঞ্জিন মতোন ফাওবদো।

মাংদা হান্না চৎখিবা লানমী য়াঙ্খৈ অহুদি
মখিং লানমী ময়াম্না লম্বিদা লুম্না থং
লোইনা তক্না হাৎ, হুন্দোক্তুনা থনমলে।
মথং খনবা অকনবা অঙম্বাশিংগা লাকপদা

থৌদোক অত্থু উরক্লে থম্মোয়নুংদা রাথরে ।
খুল্লাকপা মাগী থৌরাংনি খণ্ডলক্লেদো খুদক্তা
পল্লম্বা তৌদা মফমদু থুনা য়াঙনা লাক্লম্মী ।
মরিং খুলাকপা মকাদা অহল ওইবা অমনা
"হুয়ান চিঙ্গি কাংলুপনা পোৎ মুনবা ময়াম্না
হাৎপা মান্নবা হোৎনবা নখোয়গী অরোনবা থৌরাংদু
মখোয়দি সোইদনা খংলম্মি হেক্তা উবা খুদক্তা ।
মখোয়না ইমফাল য়েৌখ্রবা মরিং খুনসি লৈরয়োই
হুয়েন লান্দারকপদা মৈরি তাঙ্গোই ওইরনি ।"
পাওতাক অস্থম পিরকপা খুল্লাকপা শাঙবা থেংখরে
লানমী ময়ামপু খুদক্তা তন্না তাল্লক্লে ।
লোইবী চাদি ময়ামগী সারাও লাল্লাও তাবদা
নারক মোংশোং থিত্থনা মসাগী য়ায়বী কন্নবা
অঙম্বা ময়াম অদু মহৈ-মহৈ থৈখরে ।

## (৩)

কংলৈ মথংখনবা লাইরেন থংবী লাম্থবা
অহল্লপ লাকপা পামশবা অথৌবা মাগা লোয়ননা
লোইবী লোকমাই থৈ চীংগী চিংথাং লান
মাইগৈ মফম খণ্ডনা কোরৌ কয়া চৎলক্লে ।
কোয়ৌ সিংবুম তরেৎনি মপুং ওইনা ফাখরে ।
নোংমা ইনুং ঙাল্লকপা অয়ুক মতম ওইবদা
লোক্তাক খোংবাল ময়াদা তম্বা অনি থুংলয়ে ।
লোইবী স্বরা চীঙদগী কোয়ৌ ঙানবা মুমিৎনা
বাংবা নোংদোল থক্তুদা তরু তরু থোয়ক্লে ।
নোংদম্বনা স্তম্বাবু কনানা খংবা ঙমগনি ।

ইচিক ওইনা চিক্লিদো অতুক চাউবা লোক্তাক্তো
তাইবং কনা উখিদে তুমিং য়ুরান পাইখিদে।
লাইজ খোংবান' লৈরম্বা উকায় হিনাও থক
পাখং অনি তোংহুনা লোক্তাক য়ায়দা হোলক্লে।
হিগী হিমায় অতুনা কেগে মোইরাং তম্নকপা
থোইনা থাপ্তবা মতাংনি কেগে তোকর্বান য়োদৌবা;
মোইরাং লৈমারোন ময়াম্না তারা চাক চান্নবৈ
ঈনগী পরেং থাতুনা লেমলৈ ভাবু ফারিবা,
লাইজ কংফাল থক্তুদা লৈকং থম্বাল পরেংনা
পরেং পরেং লেপ্তুনা লেমলৈ ইনবু চিংবতু
শমু মীকোক অনিদো থম্মোয় মুংদা নুভওল্লী।
কংলৈ মথং থনবনা পামশবা মাগী মকাদা
"ইতাও ইবুংঙো অভম্বা নুরাসিংসে য়েংঙু
কেগে লৈমরোনশিং লেমলৈ ভাবু তাল্লিয়ে
নুজাশিংগী মরক্তা খংনবা কনা য়াওদরা ?"
পামশবদি অথৌবা খুনফাংথৌগী য়োইরেনবা
খুবাক্কী লাইখন তা নিংঙোল সিংবু য়েংলুবা
থাঙ্গরাকপা মমোমলোই লৈরাং থবাতোম্বীগা
চীংখু নহা তেলহৈবগী মমোম লাংলেন ইবেম্মা
চুমথাং পান্দোং হৌগুম্বী লৈরাং তোমথিন ওইরিবী
ইরাংলোন য়োইরেন তোম্পোকপী লেমলৈ ইনবু চিংলম্বা
পাখং ওইবা উরক্লে থম্মোয়নুংদা হরাওই।
"য়েৎলোম থংবা মাইকৈদা লৈকং থম্বাল ওইরিবী
সনা কুচু লময়োবী নুরা লৈরাং ওইবীসে
মোইরাং লৈমরোল লুচীংবী য়োইরেন তম্ফা তোমপোকপীনি
ওইরম থংদা লেপলিবী লৈরাং ওইবী মহাক্না

কেগে ফমলেন লুচিংবা খুয়োন থাঙ্গারাকপাগী
মমোম লাংলেন ইবেম্মা নুরা থবা তোম্বীনি ।
নুর্জা মাগী পন্থৌগা ঐবু পোকপা পন্থৌগা
অঙাং নবা ওইরিঙৈ মরূপ ওইনা শান্নখি !
অসুম থোকউ তমখিবা নোংমা কোয়ৌ নুমিৎতা
নপন পন্থৌ নিংথৌ মৈদিঙু মোইরাম্বা য়ায়ফবা
চকপী তুরেল ঈয়ায়দা খুনেৎ হি-চু ঈয়াকপা
ঐবু পোকপা পন্থৌনা লাইজা মুংদা চোংথ
নিংথৌগী য়াইবী কনখিবা নিংথৌ ওইবা পেনখিদো ।
পন্থৌ মাবু খুজেং পায় কংলৈ পুঙদা পুখৎলা
য়ায় তোং খমদোং হাপ হয়াও মুঙাই লৈহনখি ।
পন্থৌ লাইবক ফবনা কেগে মোইরাং থাহুনা
ইম্ফাল কংলৈপুংদা পুনসিগী ওইনা লৈরিঙৈ
নুরা থাবা তোম্বীসে থাঙ্গারাকপা মপাবুঙগা
হয়াও ফিয়োং মতাংদা কাক্কী কুম্মৈ মতমদা
ইম্ফাল তোইনা কারকই ঐখোয়গীদ লৈরেদো ।
নুজা ওইবী মহাকশে ঐগা থোইনা কোইনদে
কেগে নিংথৌ মমোমলোই তম্ফা য়োইরেন তোম্পোকপিদী
হাক্সা থোইনা খঙনদে লোনদিন খোইদিন্নদেদো
নিঙোল মানা তাকপদৈ খংবা মখৈদি মথংনৈ ।”
বারি শানা হোলকপা তন্না হিচু নক্লক্লে
নুরা লৈরাং ওইবীশিং খোইমুশিংচু উরক্লে ।

(৪)

মোইরাং নিংথৌ মমোমলোই মতা য়েংনা হংলকই
“ইতা ইবেম্মা য়েংউনে ইকোই কোয়দবা মওংনি ;

শমু পাখং অনিনা ব্রাকয়ৈ হিবু হোন
ঐখোয়' লৈবা মাইগেদা তপনা সমাই লৈয়ক্লে
কনা কনা ওইরিনী খঙবা য়াওব্রা য়েংউবা ''
মুরা থাবা তোম্বীনা খুবাক লাইথন তায়ক্লে
''ইম্ফাল কংলৈপুংগী খোইমু ওইবা অনিনি
খমলাং পামশাবা কৌবনি নৌরেল পায়না হোল্লিসে।

হিরুবাক্তা ফমলগা ঐখোয়বু মুন্না য়েংলিবা
শামা পাঙ্গল ফবশে মৈদিংঙু মোরাম্বা মপারি
থংবী লাম্বাবা কৌবা কংলৈ মথং খনবনি।''

মতাগী মপাও তাবদা মুয়া থম্মোই লাংতক্লে
''অতুদি কমদৌনি ঐহাক্তী ইতা লৈরাং মুংশিবী
শিদা লৈবা ইকাইজৈ ইরান য়ায়দা কায়সি।''
''করি বানো ইবেম্মা শামান লেংমান্নবা উরগা
কিতুনা চেনবা হৌনব্রা মীনা করি হায়খিনি।
ইরাল লমদা লাকপগী হান্না কৌবা হৌনৈদা।''

''মতুনা চুমব্রা ইতা ও ঐদি থোইনা খঙজদে
তমগী খোইমু ওইবসে ইতানা হান্না কৌবীও।''
মুজা য়াথং তুংইন্না মোমোন নোকপা মীনোক্না
পাখং মাইথোং লাকাদা মুয়া চিংনা য়েং
''তাবিরিব্রা ইবুংঙো কংলৈ খোইমু অপিখক
পোইরৈ লমদম মুংশিবা করম তুংওইনরম্বা ?
শকপাম্থোংদি নিংথিবা, মোইগাই থাগুম হেনবদো

করম কুচু তাইবগে অন্না শক্না হেনবদি
লৈরাং থম্মোই পুঙমদে মিৎয়েং শাংখৈ ঙমদেদো
ইপাম মোইরাং লমদমদা পাখং খোংদোইবিরকপা
মজা ইবুংঙো য়াইকুবা মঙাং তম্ফা য়োইয়েনবা

কংলৈ মথং খনবস্থু লোক্তাক ঈশ্বায় শম
কেগে পোইরৈ লমদমদা খোইমু করম পাইরকপা
হৈরাং করি থেনগনি শিঙেন করি কৎকনি ।"
নোংমা কোরৌ চুপ্পসে অরা পোথা লেনবীখো ।"
"শমা পাঙ্গল ফরবা লমলান কাইগী খোইরাবা
কোরৌ নুমিৎ অসিমা কেগে সনা লৈকোয়পুং
মজা ইবেম্মে মসাইগোন নিঙোল ওইবী মরাল য়ায়
নুরা থবা তোম্বীনা খোইমু শিংবু ওকচখি ।

(৫)

লোইদাম কুমজিন হৌরকপা ইচিক হুনবা তানফমনি
কোরৌ মঙাল নিংথিবা রাঙবা নোংদোল থক্তগী
মালেম লৈকোই শিন্নদি ঈংনা মঙাল শল্লিদো ।
নুজা লৈরাং ওইরবী কেগে চনু ইবেম্মা
ইবাংলোন য়োইরেন তোম্পোকপী লোক্তাক খোংবাল ময়াদা
হৈরাঙ্গোই পামেল মখোংদা ডাথ লেংথ লেপ্
মুংশি রাখল ঈরৈচল নুরা খোয় খোয় মিৎয়েংনা
মশাবী ওইবা লৈপাম্বা পাখং ওইবা মকাদা
মুংশি হিরি কোন মোমোন নোক্লা লেল্লিউে
লোইবী সোরা চীংদোন্দে থাজ মঙাল ফাওরক্রে
নোংইন চেক্লা ওইবীনা লোইদাম থাজ উবদা
হরাও মিনোক তম চেক্লা শাখপ তোই
নোংদোল থক্তা পাইখৎলা খোঞ্জেল রাংনা শৈথাম্নি
অপাম য়াবা খোনফমনা খোইমু মপাও তমলকই
"চীংয়া নোংহৌ পুকহুলৈ লোকয়ায় হেনমোয় ঙান্নাবৈ
য়োইবুনাই খুল্লং নুরাবী য়াংদৌ লোইবু লেংতিল্লা

মুরা পনম হেকমাইকা রাকমা খোনমান শক্লাদি
লাইজ ঈরাই ঙাল্লিবী থম্বাল লৈয়োং হুল্লকপা
লৈনম উনবী পুকহুরে থমোয় লৈয়োন মুংওল্লে
মুংশি ঈথিল হৌরক্লে লাংশক মিৎয়েং শানখৈদা
মুজা শকপাম খোইজিন্দা খোইমু লাংথুনরেদো ।
মুরা থম্বাল লৈওইবী থম্বাল লৈয়োন মুংদগী
নুংওন মুংশি য়াইহুবু পাথং কাদা লানবীরোদা।"
ইরাংলোন চনু ইবেম্মা মুরা লৈরাং ওইম্নিবী
পোম্বী থাঙ্গোং মরক্তা পাংয়ায় কোনশাং থন্নাদি
শংনৌ মাইকোন নানৌহুন মপান হোইদোম মান
শিঙেল লৈরোং হুল্লিবী থরো মুঙ্গাং শাবীগুম
লৈরাং তোমশাৎননা নুজা মপাও মেল্লকই
"লোইদাম কুমনৌ উবদা শঙ্গীক য়েম্নৌ কাবনা
কুনচীন লৈনৌ য়েং মুয়া লাংজেং মথোক্লকপনি ।
পামেল চীংহাউ মপান্না চীংম্না উরৈ হেলক্লে
খোইমু লিরুং তেলপান্দি নুজা খোয়খোয় থাঙমদে ।
নুংশি লৈয়োল লৈ লাইজা তোমশাৎনরক্লে ।
নুংঙল লাংবু থুংরিঙৈ শিঙেল লৈবু চীলহৌরো.
থম্মোয় থম্বাল লৈওমুং লৈরাং লৈরিক শলক্লে
চীংগী খোইমু লৈপাম্বা লৈরাং য়েংনা পাইরক্লোনে ।"
নুরাশিংগী থম্মোয়গা পাখংশিংগী পুক্লিংগা
চেন্থরক্লে তিন্ননা, অনৌবা নুংশি ঈয়ায়দা
পাথং খোইমু ওইবশিং কেগে মা লৈকোয়পুং
অপাম মুংশি শৈশক্লা ইনুং শোইবা লেনখিদো ।

(৬)

নোংদোলথকী থাজগুম ইংনা নৌনা নিংথিবী

"মুজা চেঙলৌ উরুৎবা থম্মোইমুংদা খাংজদা
য়াবা মপাও শমলকই নু্য়া মাইথোং য়েং
"কেগে কংলা লৈকোয়পুং সনা তমফা লৈওইবী
ইরাংলোন চনু ইবেম্মা মুয়া লৈরাং ওইবী ও:
ইমফাল কংলৈ পুংময়োল কংলা উত্রা মাংচুবা
লৈয়াং থেন্না থাজগে শিজেল হায়না শাৎপিরো
নুজা করি হায়বগে শানৌ য়োইরেন তোমপোকপী।"
থংবী লাম্বাবা মপাওনা নুয়া কাদা হায়রকপা
"থংলেন ওইবা ইবুংঙো ননাও থরায় মঙাশে
চীংনা কৌদা লৈতনা শাবী কাদা লাঙরী
সনা য়াথং নুংশিবা নশানৌ হিকতোকপা নৎচদে।
ইপন পনথৌ মকাদা ননাও ওইবীবু হায়বীয়ু
পালেম পনথৌ মাইদদি মমোম ওইবীনা ঙাকচপে।"
কেগে চনু ইবেম্মা, ইরাংলোন য়োইরেনতোম্পোকপীনা
মশাবী চাথাখোংজোম্বা, থংবী লানথাবা মকাদ।
মুজা নুংশি বাহৈনা মথংলেন কাদা নোঙখি।
নুয়া কোলোই মপাওদো প্যাথং চুম্মী থনখিদো।
নোংঙাল্লমদাই মতমদা লমলান খোইমু ওইবশিং
লৈয়াং মানা পিয়কপা লাজোয় শগোল তোং
ইম্ফাল কংলৈতম খোইমু অনি পাইথরে।
-(৭)-
কোয়ৌ কয়া হৌথরে চয়োল কয়া লানথয়ে
মপাবুং ইবুংঙো য়াইফবা মোইয়াংদি নিংথৌদা
তয়ুরেদো মপাওদো ইরাংলোন চনু ওইবীগী
কংলৈ মৈদিঙু য়াইফবা, অঙম্বশিংদা য়াথং পী
কেগে মোইরাং লমদমদা মপাও থুনা থারক্লে।
কেগে লৈকোয় লৈমাবা চীংখু ভেললৈবা নিংথৌনা

(গ)

মমোম পিয়ু য়াখিদে মচাগী রাস্থু হংখিদে ।
থম্মোয় লাকা মৈনাচু নিংবা কায়বা খোইমুদো
অবা কোক থোং লুদা থোং, হুংবংননা লেল্লক্রে ।
থমলাং পামশাবা অথৌবা লেংইবী পাখং শা
কেগে সনা কোন্নুংদা মুয়া মাগী মকায়ফম
খোইমু মপাও তমলুরে বারি পুম্বা লিক্লরে ।
কাকৈল চয়োং ১সু মুজা কাদা পিয়ম্মী ।

ইনুং শোয়া হেনবদা কোয়ৌ মুমিৎ খুদিংগী
ইরাংলোন তক্কা ইবেম্মা শিঙেল লৈরাং অছুবু
শমজিন লৈয়োং থক মুয়া শাইনোন নাপ্পা চীন
পম্মৌ ওইবী মাংহুদা মুজা ওইবী লৈম্নেদো ।
মপা ইবুংঙো পুরিক্লাই মমোম ওইবী মকাদা
"ইপাগী লাংলেল ইবেম্মা ইচানা চীনবা লৈরাংসে ।

য়েংবগী পেনবা নাইদেদা শিঙেল চুম্না নিংখিদা
কোয়ৌ খুদিং চীনববু চয়োং কয়া শুবগে
কেগে লৈমা নমানা ইমোমগীদমক লাংবিবয়া ।"

"ইপা ইবুংঙো অপোকপা লৈরাং চয়োং শিদনি
ইম্ফাল কংলৈ লমদমদা কাক্কী কুমৈ য়েংলুবা
লোইবী তোংবা অহল, মাস্তুক খুলগী চীংমিনা
নমোম ঐগী তমলন্বা কাকলৈ চরোং ওইবনি ।

কাককী মতম লোইদ্রিবা লোইদাম থাবুম শিমদি
শিঙেল লৈনা থুইথদে লৈরাং চরোং হিকথদে ।"

" ইপাগী লাংলেন চয়েহন কংলৈ ইম্ফাল লমদমগী
য়াক্লা কোলোই তানিংদে পম্মৌ ঐনা খোয়দাদে

ঙসি কোরৌ নোংদগী লৈরাং চরোং হুন্দোকখো
য়েক্লা লমগী পোৎশক্রি শিঙেল অহু চিল্লমু !"
"কেগে স্না মপুরেল পম্বৌ ওইবা পুরিক্লাই
নমোম লাইবক চাউবীদি শিঙেল শিদবু পামজেদো
লৈরাং শিদবু চিল্লগা পুক্লিং হয়াও নংঙাইজে
ইম্ফালগী লৈরাং অহেনবী কাকলে শরা কৌবী লৈ
নাপ্পা লৈরাং ওইতুনা শাইনোন লক্তা চীগ্লগে
নমোমগী পুক্লিং থুংজবা পম্থো নংনা কুবিয়ু।"
মোইরাং নিংথৌ মকাদা খুবাক লোন্না হায়জন্না
মমোম লৈরাং ওইবীদো তন্না রাইরা হুনখয়ে।
ইনংকোয়ৌ চুপ্পাদো চাক্লা রানা লেল্লা
নয়া মতা ইবেম্মা শিঙেল থাবাতোম্বীগা
শজিক ইহুল তমলকপা নোঙালমদাই কান্দুদা
কেগে থম্বাল অনিদো লোন্না শরৌ শিন
লাঙ্গোই শগোল তোং শেম্বাং পাইগুম থৌরক্লে।
ইম্ফাল কংলৈ য়োরমদাই পামশাবগা উৈম্লেদো।
ইবাংলোন লৈরাং অনিদো পাথং মাগী থুজিন্না
চাংগী চম্ম ফিজেৎনা মুরা অনি লৈতেংলে
আয়াম তম্পাক শঙ্গাইদা মথং থনবা উন্নারে।
কাংথোল য়ায়রী পাবলথক মুংশি রাখল চৈথেংনা
অয়ো নাহে তম রানা লেল্লিবা খোইমুদো
শিঙেল চেংলৌ উরকপা থম্মোয় মকা লামখিদো।
"শাবী থংলেন ইবুংঙো রাখল লায়ুম থক
মুংশি মমি তাখিবা করম হায়না কাউগনি !
পামু নাকায় ফমজুদা পুনশিচুপ্পা লেঙগে।
ইপাম কেগে লমদমদা হুয়েন লানবু তাবিয়ু।

চেংহৌ লমদায় থেৎ, থংবী য়োইনৌ কোনদি তম
লাইজ ঈরম খায়, থংলেন ওইবা লাকপিয়ু
তাউথোং লৌরেনকোন, লৈরাং চাউহুই পোক্তাবু
ননাও ওইবী ভাইরমগে মাঞ্জ থৌদাং পাওবিয়ু।
লৈরাং ওইবী চনুনি থওইদনা খনবিনু
লোইদাম থাবুম ১ দি ভাঙোইলমদা ভাইজগে।
কোরৌ নোংমা হেনখিবা ননাও য়াইবী মঙানা
পামু নশুং লাংগী লাইরমলেন্দা ত্তিনখিনি।
রাখল পোরম কাংবিয়ু থৌগী থৌরম পাংবিয়ু
থংলেন নংগীদমক্তা ননাও ওইবী লেপচরি।"
অপাম নুংশি কোলোয়না নুরা লৈরাং ওইবীনা
মথংলেন কাদা পাওমেঞ্জা নুজা ফিগৈ শেংজখি।

রারি বাতায় শামিন্না ডহাক পুঙোই লেল্লগা
ইরাংলোন চনু ইবেম্মা পোইরৈ ইম্ফাল থা
কেগে সনা কোন্নুং মোইরাং কংলা তমখিদো।
মতমগী তোরৈ ইহুন্দা মৈদিঙু মোরাম্বা নিংথৌদো
মপারী থংবী লাম্থাবদা কংলা ফমমেন শিনরম
ঙরী কৈরাক থা নোংদোল থক্তা কাখরে।
লোইরেন সনা পুঙহুদা মৈদিঙু য়োইরেন তোম্পোকপা
ফলাং মৈদা তোং ফম্মোই মিত্তা ফম
ফমদৌ মহিশাং লোইননা লৈবাক রায়েন পুবাবু
লৈমারেনবী য়াওদবা লোইদাম থাবুম ফারক্লে।

কোরৌ কয়া চুপ্পাদি রাখলগী পোরম থিরগা
লালগী থৌরাং শেম তেঙ্গোল তন্না লাং
মরোং চুনহুল লান্দারোই খমলাং পামশাবা লোইনা
মরাল থনদোময়া খোইবু থুনবী ময়েং চীং

মরিং থুমবী লোক্তাবু তন্না হুয়েল লান্দাযে
মৈবী তাঙ্গোয় পায় মরি খুঞ্জাও লানথৈদো ।
লোইবী মরিং লোমদগী লায়া তেঙ্গোল পু
কেগে মাইকৈ তমক্রে মোইরাং লমদি লান্দারে ।
ঈশিং লামী মপেনা খোংকাং নৌয়োই তাক্রা
হংফাল লানমী তেঙ্গোলনা লমলেন হাওরা লম্মাংদোংদা
চুংলেন তাবু হুক চায়না খোংফেন হানারে ।
লুরেন মপৈ কেন্নাযে লাঈজা ঈখেং চেল্লেদো ।
নোংয়ায় চাদি অকনবা থমলাং পামশাবা অথৌবা
থম্মোয় লাকান্নুংহৃদা অবা মৈশা লাংখরে
মোইরাং লমদা পোক্লবা থুমন শলায় পাখংনি
তাংজফমদি য়েং পোইরৈ ইফাল লমদমদা।
পম্বৌ মাগী তুংইন্না শাইদাংহ্নুনা লৈবনি ।
পাখং মাগী পুক্লিংদা পোইরৈ লমদম অনিংস
থংনা চৈনা খোক্তনা হয়াওনা লৈবা পান্মিদো ।
য়াখলহ্নুনা মুংবংনা লানফম য়ায়দি থ।
লাঙ্গোয় শগোল থক্তবু কেগে কোন্নুং তমলক্লা ;
লৈয়াং চাওহ্নুই পোক্তা ইরাংলোন তম্ফা ইবেম্মা
য়োইরেন তোম্পোকপীগা শম্বৌ শিন্না য়ারেপনৈ ।

থুমন পাখং অথৌবা তন্না রায়বা হুৎপা
লানমী তেঙ্গোল অনিগী ময়ায়দদি লেপ
তেঙ্গোল অনি খাইদোক্লে খুংলায় থানা লেপহল্লে ।
মোইরাং নিংথৌ পুরিক্লাই চীংখু তেলহৈবা নাক্তুদা
লাঙ্গোয় থক্তগী কুমথরা পামশাবদি চঙক্লা
"ঐবু লোইবা লৈমবা তাঙোয় লৈপাক মপুরেন
য়াখল পুক্লিং লৈত্তানা থম্মোয়মুংদা খনবীয়

সনা তম্ফা ওইরিবী নমোম লাংলেন ইবেম্মা
ইবাংলোন য়োইরেন তোমপোকপীগী য়াবা কোলোয় ভুংইন্না
ইম্ফাল লাণমী তেংগোলনা কেগে লম্ব, তমলকপনি ।
নমোম তনফা ইবেম্মাদা সনা য়াথং হংবিয়ু ;
মুরা লৈরাং ওইবীবু ইমফাল কংলৈ লমদমদা
মঙাঙ লৈমা হাপচগে মপুগী নোংদম তম্বিয়ু ?"
খুবাং চাংজো তরা লোন নিংথৌ কাদা হঙ্গৎখি ।
ভাঙোয় পোংলেনহনবা, কেগে নিংথৌ পুরিক্লাই
মমোম ওইবী কৌরগা য়ারা পুম্বা হংলুবা
মমোম খুজিন্নি খঙবদা, হুয়েল লান্দি লেপলেদো।
ইবাংলোন য়োইরেন তোম্পোকপীবু খরায় থক্তা লৈহাপনা
লৈরোং লাইদা কৎপগুম মৈদিংঙ, থংবী লাম্বাবদা
লৈবাক মীয়াম মাংহুদা হরাও হরাও থাজখি ।
"ইপাগী লাংলেন ইবেম্মা পম্বো ঐবু বায়োমু
অঃং অউন শেম্বাসু নংহৌদরে মতাংসে
ইমোম নঙনা পামজবা অমত্তংদি খন্দ্রনা
কেগে মোইরাং লমদগী হরাও তয়াম পুজখো ।"
মোইরাং নিংথৌ পুরিক্লাই মমোম কাদা হায়রকপা
মঙাং লৈমা ইবেম্মা মুরা মাগী থম্মোয়দা
মশুংলাংগীদমক্তা অবা কোকথোং পুরবী
মত্তা লৈরাং ওইরিবী ইবাংলোন থবাতোম্বিদো
রাখলংমুদা থমখিদে শিঙেল মাবু কাউখরে
"পম্বো ওইবা অপোকপা খুয়াখাদা পুনেমজে
নমোম' য়োনবা ভাকপীযু লাল্লবা কাদা কনবীয়ু ;
নিঙোল ঐগী ইশুংলাং নমোম ঐগী ইহাকথক
হুয়েল লানবু লাম্বেংনা থায়রী কয়া মাংখিবা

লমলেন হাওরা লমলাংদোং খুয়োয় লমগী লমদোনসে
অউন পোংতি শক্তুনা নমোম কাদা উনবিরো ।"
মপন পম্বৌ নিংথৌদা লৈমা মানা নিজখি ।
মচানা নিঙবা থুংনবা অউন লমদি পিখরে ।
মৈদিঙু থংবী লানথাবা মশানৌ লৈরাং ওইবীবু
লাঙ্গোই থক্তা হাপকৎলা পোইরৈ ইমফাল তমখিদো
পামশাবদি অরুনবা খুনফাংথোগী য়োয়রেনবা
লাঙ্গোয় থক্তা চোংখংলে পাখং খুৎতি থাঙ্গৎলা
নোংদোল থক্তা হায় মশানৌ থবা তোম্বী য়েং
সুংশি মিৎয়েং শাংথৈনা থায়না থৌদা লৌ
শগোল চুপলি থা, লাঙ্গোই খুরুপ থৌ
মৈদিংঙু থংবী লানথাবগী য়েৎথাং থৌগল ইন
খুরোয় য়াংবী থক্তুদা ইমফাল পোইরৈ তমখরে ।
*মুরা লৈরাং ওইরিবী শিঙেল থাবা তোম্বী
মপাম মোইরাং লমদমদা থাইনা মৈশা লাং
অবা মৈশা পু রানা রানা লৈহৌরে ।

(৮)

নিংথম কাম্বী মতমনি অরাং থাঙ্গ নাপোমদা
লোক্তাক লাইজ মপান লোইরোই ঙাম্বা তময়াদা
মুরা কুচু য়েংলা লৈহাও লৈরেন ঙমজবী,
মুজা চেংলৌ নিংথিবী মোইগাই হেনবী থাগুম্বী,
চোইজাইনবী শমলাংনা তাংজ মুবী মশক্তি,
মিৎস্না তাবু য়েংলা য়ারৌ শক্তি মিৎতানি
মুরা চিম্বাল তাবনা রারক তয়াল মুনগুম্বী
খৌড়ি চাকয়োং তাফবা চীংজিল লাইজ ইচেলগুম্বী

পামলৌ চাদি নুংশিবী লফু নেম্বা মওংনি
নাম্না কুচু ভৌজবী ফৈবোম তাবু য়েংবদি ।
পামেল তালা উথম্বাল নুরা ভানা ফমলিবী
থাঙ্গারকপা মমোমলোই লৈরাং থাবাতোম্বীনা
"করি পান্থে লৈরিবা ? নিংবা করম থুংসিবা"
মণ্ডল মণ্ডল খন্দূনা নুজা ওইবী পোথাবী ।
থম্বৌ হেরা মাঞ্জবী পুমবুম তাবী খুবোমদো
লাইজ নুংদা লুপশিল্লা নৌরেলগুম্না শান্নারি ।
লোক্তাক খোন্না শিৎলিবী, মালং খোংহাই তুংইন্না
ইভৌ ভম্বা ইপোম্না ঈথক নাইনা মকারি ।
কেগে মোইরাং মচনা তোংজেং খুত্তা পাই
লোক্তাক য়ায়দা হোল্লিবা, উকাই হিনাও পরেংনা
লাইজ থক্তা মতাওরী শগু তাবা থঙ্গাংগুম ।
লৈথরকপা কোরৌনা কোরিগুম্না মঙাংলে ।
লাইজ পাবা লোক্তাক্ নু কুচু ওইরক্লে ।
নুরা শমু ফৈগল থক খুৎকী খুবোম খুনিংথম,
খদাং খুৎনা শৌ, রাখল ঈরৈ তমথিবী
লৈশিলকপা মতায়েং রানা লুম্না খঞ্জরি ।
নিঙোল রাখল হৌরকম খোইমু ওইবা মশাবী,
লোন্না থুপ্না লেপ নুরা শকওং য়েংলম্বা
তপনা মোন্না চঙলক্লে, নুজা নাক্তি য়ৌরক্লে
মতম শকওং য়েঙম্বী মশুংলাংগীদমক্তা
রাজরবী নুজাগী, নুরা মিৎসনা নিংথিবী
খংহন্দনা কনাগুম লোন্না তপনা খুমলুরে ।
শিঙেল লৈশাৎ তনলিবী কম্বোং চনু ইবেম্মা
পামু খঞ্জা মনিদো, নুরা থম্মোয় থাজদা
মশাবী ইবুংঙো নুংশিবা পামশবনি খংলবোই

নিঙোল থম্মোই লকাদো মুংশি লাইজা ঈহৌয়ে :
থোৎনা নৌবী খোঙ্গেলনা পাখং কাদা হায়রকই
"উদ্রবস্থ খংজৈয়ে, মাঙ্গা কোলোই মুংশিবা !
থংলেন ওইবা পামুবা ! পুঙমদনা খাংজবী
কাইনরমদাই থম্মোয়সে ঙমদনবা কাউজবা
থম্মোয় লায়ুম কায়নবা মুংশি ঈনোৎপিবরা !
মুরা য়ারা মতাদা মশানৌ নাক্তা ফমলয়ে
'মুংশিনবা হায়তুগী কাইনবনা মহৈরা ?
হঙকলেদো খোইরবা চাউদা য়ারা খোনফম্না ।
"থম্মোয় থম্মোয় লাম্থোক্না মুংশিনবা কয়াসে
থুংনবদি খরদা কায়নবনা য়াম্বানে"
মুরা পাওথুম পিরম্না মোমোন নোকপী মাইথোংনা
খোইখোইবীদি মিংচিনা পামু মাগী মকাদা
পুক্লিং পামজা ফোংদোক্না, শক্তিগুম্না তথকনা
চিংনা চিংনা য়েং মুরা শমু নঙ্গলদো
মথংলেনদি মহাকী ঙাথরকলে তম্পাক থক ।
তাম্না নায়ে খোনগুম্বী নিঙোল য়াবা শমলকই
"নোংদম্বগী মহৈস্থ ননাও থোইনা খঙ্গদে
কেগে থাঙ্গায়কপা অঙম্বা ঐবু পোকপা পম্থৌনা
পাখং কাদা থাজবা, য়াদে হায়দা পলেমনা ।
পোইরৈ ইম্ফাল লমদমদো চৎনিং চৎনিং চৎঙমদে
ফনা ঐগী পুক্লিংনা পামজরুবা লৈবাসে
কান্নদবা অরেম্বা, লৈঙোই শেক্তা য়ুমফমনি
নিংথাইদৌগী ঙাইরেদা রাজরেদা পুক্লিংসে ।"

(৯)

'থাবাতোম্বী মুংশিবী পাৎয়ায় তাবী ইবেম্মা

নপাবুঙ ইবুংঙো য়াইফবা' খল্লিসিনা কম্নিনো
অদুক থমোই কম্বদি মরম কম্নি লৈবগে
হায়ুগবা মুংশিবী ?" পাখং মথা তাম্নকই ।
মোইরাং চম্ন ইবেম্মা মুরা থবাতোম্বীদো
অগনি মানবী পুম্ব,ম্নি মোঙ্গরবি খুৎশানা
তপনা নৌনা হাইগৎলক, মশাবীগী চিনবান্দ
মুম্না খুৎনা নানবিরা য়াব্রা ঈপোম নাইম্নকই
"ঐবু পোকপা পম্ভৌসে থোইনা ফত্তা নত্তেদা
য়্নায়েন থৌম্নম মতুংইন পিনিঙলম্ব্ পিঙমদে,
মমুৎ তানা য়েংলগা তশেং তশেং হায়্নদি
ইপাম থাঙ্গা মোইরাংগা পোইবৈ ইম্ফাল লমদমগা
শয়েং পাম্বোম ঙাম্নবা য়েংশিম্নবা লৈবাক্রি ।"
"কম্নি হায়বা মুংশিবী ! মদু করম খনসিগে
মজ্জা ইবেম্মা ইরাংলোন লৈমা য়োইরেন তোম্পোকপী
মৈদিঙু থাংবী লাম্থাবৈ লৈমারেম্বী 'ওইম্নিসি
কম্নি কায়বা লৈম্নিবা চুমদে করম লৌগনি।"
"মদু থৌদোক মতানা লৈবাক অনি তাইশিনবা
লংদাই ওইবা য়ারোইদা ?" খুমজরম্মি চনুদো !
"অদু অদা থল্লনু ঐবু মুংশি' শেংলবা
চৎলশিনে মুংশিবী ইমফাল পোইবৈ লমদমদা ।
মথা অমুক তারনু হৌগৎলোনে চান্নবী !"
নুজা খুজেং পাই, চিংথৎলুম্নে মশানৌ' ।
পাথং য়ারা মুংশিবা নুরা থিংবা ঙমজদে
মশাবীবু চিংনা য়েং উকান্ন হিনাও থক্রু,দা
নিঙোল ওইবী কাখৎলে মপাম লমদম থাদোক্রম
লোক্তাক ঈয়াই শমহুনা নুরা পাথং হোল্লক্রে ।

থিনা তম্বা নোংদম্রখোল মোইরাং লোক্তাক ভাকপনা
ফাখরেদো অনিদো পুশিনখরে মীফা শুই,
কেগে রারক শং, মোইরাং কৈশুম শংত্নদা ।

(১০)

লোইবী শোরা চিংদগী, কোরৌ ভানবা হুল্লক্লে,
লমগী লাবা খরোনবা শামান্নবা থিরক্লে
তোকপা কাম্বা য়েমফৈচিং পাম্বা শরাক তম্নরে
পাবোংচিংগী চিংমায়দা শভাই লাবা কাওনরে
খোংকাপ রায়রা তেনকাপ্পা থেবা পাওজেল লময়াল্লে
পাইবং লৌরি মশোইমাং শাম্বা য়ারেল তম্নারে
রাংলেন পুভজা হৌথিবা ভানবা নোংদোল কারক্লে
তোমাল পুভজাও থিনবনা কেগে মোইরাং মীয়াম্না
লোইরেন সনাপুভ ময়োন, কংলা চোন্না তিল্লেদো ।
মোইরাং চৈরাপ হঞ্জবা কেগে কুচূ শংলকপা,
পুথোরক্লে অনিদো মপুসনা মাংত্নদা
মোইরাং ভানবা মনিংথৌ চিংখু নহা তেলহৈবা
সনা তাংবল থক্তগী শুক্লা শাউনা লেংখংলে
"মীতৈ 'ভম্বা অথৌবা ! কোলোই নংগী পামশবা !
ফনা থৌনা লৈরিদা ! কেগে মোইরাং লৈবাক্কী
কংলা ফম্নাই অভম্বা থাঙ্গরাকপৈ মমোম্ব
তাক্তনা লুগে তৌরম্বা ! কল্লি ! কল্লি ! অথৌবা
লোইন খমইন লোইনবা কংলা কোইনা ফমলিবা
অভম্বা ময়াম লক্তগী শামান্নবা খঞ্জরো।
নথুং খুংলাই পাইরোলাও ! নংগী নহৈ চাংয়েংজো !
"মাইপাকপা ভম্নগা পুজখোদা নশানৌ

পাজম্নচো নরৈবাক ! ওমদা মতাং থোক্লগা
নোংদম খোল্লি খন্দোকউ।” লাউরক্লেদো তাম্লবা।
খনবা মথৈ খল্লুরে মুয়া মশুং লাংগীনি
পাথং ওইবা নিংলুবোই, থাংলেন খুত্তা পাই
কংলা উত্রা মাংত্থদা চোংথোরক্লে পামশাবা।

নিংথৌ ম্লাউদি ফমদোরোই, লাকপা লাকপা কয়াইবা
কেগে উম্বা অওম্বা মোইরাং লালোই হনবা মুং
মীয়াই চনবা থাত্রাকপা খুৎলাই পাইনা থোরক্লে
কেগে কংলা মাংত্থদা চাইনথরে অনিদো।

সিনা লাকচৈ হায়ওমদে। মুংথিল ওইবা মতমগী
লৈথরক্লে প্লংফমদো মোইরাং থাত্রাক লালোইহন
মীয়াই হেনবা ফমনাইবা পাথং মাবু য়েংলকপা
চিনবাল মথক থংবদা মুবা শমক্রু থুংলিবা
থোয়ী চয়ম ময়াদা থাম্বী মৈনা য়াইবগী
খুদম শাংনা লৈরিবা মথং মথং য়েংলুবা
অওম্বা মানা পোকচবা মপারিবু নিংশিংবোই
“ইচা মানবা ইবুংঙো ! পারি কৌগে পামশবা ?
ঐনা পোকপা ইচানে অনিশুবা মুংশিবা
অঙাং নবা ওইরিঙৈ ইতাও ইবুংঙো য়াইফবা
ইম্ফাল ফমদোয়েনবা নোংথোন, মচা পোক্কে হায়রহনা
কেগে মোইরাং লৈবাক্তা নিংথৌ থোদা লাকপদা
য়োকচরুগে পুখিদা ইম্ফাল কংলৈ পুংত্থদা।

ময়া ইবেম্মা মুংশিবী মোইরাং চনু ওইবীগী,
মতমবাক্তা পমলিঙৈ নিংথম কাম্বী মৈত্তিক্তা
ফুঙ্গা মৈছম পাই নয়া মানা শায়বা
মৈগী মৈছম য়াইবদা থোয়ী মৈফম লৈবন্নি।

পারি মানবা গুংশিবা পাখং নংবু য়ায়ফবা
নংবু ওইদ্রা খন্নকই, কনানা পোকপা মচানো
হায়ুগবা ইবুংঙো ?" নিঙমদনা হংজখি ।
"মোইরাং লালোই ফম্নাইবা কেগে থাদ্রাক অথৌবা !
অঙম্বা ময়াম য়াওরেদো মোইরাং নিংথৌ য়েংলেদা
স্না মাংদি অসিদা নমাই খুনি খনবদা
নমথাক তৌবা রাইনা ঐবু মোইথেম তৌবরা ?"
পামশবনা খুম্নক্লে নিঙাইদা কোলোই য়াবানা ।

(১১)

"কয়ি ! কয়ি ! পাখংও ! নংগীদমক হায়বনি !
য়ারবদি নথরাইদু কনবিগেদি খনবনি"
হায়রমলগা অনিতু য়ান্নখরে অমুক হন ।
পুংজা মথং লান্লকপা কোরৌ নোংচুপ পাংখরে
কুইদা কুইদা মতাংদা শব্দ নৌবা কৌবনা
পামশাবদু শোম্বরক লোইনা লোইনা থাঙক্লে ।
অঙম্বদি থাদ্রাকপা খুতুম চেংনা পাইরিবা
মচিন তুম্বা থাংদোন্দু মপারি মশক উবদা
হাৎকে তুপকে খনখিদে য়ানবা থিনবা ঙমদরে ;
তাঞ্জা ফংবা কয়াস্থ অয়েম্বদা থাদোক্লে ;
ময়ক ময়ক অতুদা তুমিন তুমিন লেপ
রাথল মফাং খন লৈথোকইদো থৌনাইদা ।
পামশবদি অকনবা খুদোং চাবা ফংলে খন
থাঙগী থাঙদোন অথৌবা, থবাক থুম্না থিনখরে !
মোইরাং লাম্লোই ফম্নাইবা থদ্রাকপদি অঙম্বা
কংলা উত্রা মাংহুদা মপারি চিংনা য়েংঙমলা

লফু মতুপ তাবগুম মালেম থক্তা তুখিদো।
ঈমুগী ফিরাক খায়বগী ঈথেংনা কংলা শিনখিদো
মোইরাং নিংথৌ পুরিৎলাই চিংখু নহা তেলহৈবা
থোইজি ঈথক হৌরেদো রাবা মথৈ রাকুরা
পামশাবাবু য়েংতুনা মরি মখোং হুণ্ডকপা
থুকউ লৈদা তাতুনা য়ান্না মপাও তাকলকই
"কেগে মোইরাং লৈবাকসে পোক্নফম্নি ঐহাক্কী।
ভাঙোই খাদ্রাকপনা পোকপনি অনিস্নবা মপারিনি।
ইম্ফাল কংলৈ নোংথোল অদোন খোনবা য়াংবানা
মচা লৈতে য়োকথিদা পোইরৈ ইম্ফাল লমদমদা
কবো তম্পাক ভাকপগী, নিংথৌ থৌদা চৎপদা
লৈখিদরে নাতুনা য়োকচবদি পন্থোদো।
মৈদিঙু স্না কোনুংদা মজা ইবুঙো থংবী লাম্বাবগী
আরাম তম্পাক শঙ্গাইদা হরাও নুংভাই লৈরিদা।
য়োকচবদি পন্থৌনা পলেম পন্থৌ অনিজু
লৈখিদরে হায়নবু তাকপিরমই ঐঙোন্দা।
মতু বাবু থল্লুবা লাকচদেদো লমদমসে
কেগে মোইরাং লৈবাকসে পোক্নফমদি ইরমসে"
পাথং য়ারা তারগা নিংথৌ য়াথং থারক্লে
"কেগে কংলা ফমলিবা মোইরাং খাদ্রাক অঙম্বা,
কুমজা অস্নুক কুইবসে অতুম ওইতুনা মরাক্লি।
থোইনা শিগ্না লৈখিদে শিথি নাখি য়াওখিদে।
মপারি ওইবা নুংশিবা ইম্ফাল কংলৈদা লৈখিবা
মণক মুন্না খংদ্রস্নু ঐস্নু তাখি মতুদি।
নংবু য়োকপা পন্থৌনা লৈখিদরে হায়বতু
নংনা পাঙ্গল চাওরগা খাদোকলমন্ত্রা থয়দা

মিনম্ববু শেমছনা হায়রম্বদি ওইরমনি ।
ঐগী রাশক মতুংইন পুক্রগ্রোকো নশানৌ
থাঙ্গামকপা মখোমলোই লৈরাং থাবাতোম্বীবু ।”
চায়রমলগা নিংখৌত্র থাজাকপবু য়েঙমলা
কংলা উত্রা শংদগী লেংশিনথরে শক্লাইমুং ।

(১২)

অহল্ল প লাকপা পামশবা মগাং কমদৌয়েম্বা অখৌবা
মপানি হায়বা থংবদা চেনশিন্দুনা কোল্লগা
নোংখোংগুম কপথরে । নিঙমদা রাহৈ কয়ানা
তেংথা নাওই খোঙেলনা থবাক খুদম গুহনা
লোইবা নাইদবা পিরাংগা কপথরেদো পাখংদো
“ইপা ইবুংঙো মুংশিবা নোংদমথিবা অপোকপা !
পন্থৌনা শেংনা হায়ববু লমহেনবদি নচানা
মীনম্বনি থল্ল ইদা ! বাখল থেম্বনা মাংওইনা
নশক উরগা অপোকপা ! হরাওজবা পামজবা
পামশবদি নচানি ঙশি পীরাং শিন্থরে !
কমম্বা লাইগী নোংদমখোন থৌদোক অসি থোক্লবা !
নচা থম্মোই পুঙমদা বারেগবা অপোকপা
পন্থৌ য়াম্না মুংশিবা থম্মোই শোক্না ঙাংথিবা
খোম্থাং নৈল্লে মালেমথন য়েম্বম্লেনে লকাদা
পন্থৌনা পোকপা নচাবু মীচাবোক্তি ওইহনবা
কম্রি মুংঙাইতা লৈবগে তাকপীম্নে অপোকপা !
অম্বুক রাবা থৌদোকসে তাইবং ম্বনাদা থোক্তখা
পুহনবিগে তৌরম্মোই, লাম্লবকথিবা নচাদা
ইপা ইবুংঙো মুংশিবা ! নচাগী ইবাল তাকপিম্ন !
পন্থৌ নখোঙ কোন্দুনা থম্মোয় চাক্না লিক্তরি ।

নোনজবসে নচানা তাবিয়ুগবা অপোকপা !”
মালেম থক্তা ওন্দুম্না রানা তেংথাজখিদো ।
পম্বৌ মপাগী হকলেন্দু নঙ্গল থক্তা থোংগৎলা
লোক্তাক খোংবাল তমখরে মদোম তরক চৎখরে ।
মশানৌ ইবেম্মা মুংশিবী মুরা থবাতোম্বীদো
মশাবীগী তুং ওইনা তপনা পোলি ইঙ্গখি ।
মুংদাংৱাইগী মুমিৎতু ভাঙ্গা কুচু ফেনবতু
লোইবিনুংদা চংখরে অমম্বনা য়াকুমলে ।
উকাই হিনাও থক্তুদা থাঙ্গৎচরে পম্বৌতু
ঈয়ায় তম্না হোনখরে লাইজা ঈথক খাইতুনা ।
কাওদোন হিজিন অতুদা ৱাম্সু কৈম্সু ভাংজদা
তুমিন চিবোন ফমজরি ইৱাংলোনবী চনুদো ।
অহিং নারল চনবদা নোংপোক মায়কৈ থংবদৈ
থাজ মঙাল ফাওরক্রে লোক্তাক ইপোম নিংথিবী
লুপা লাইজ ইরিরে মালেম ইচিক হুল্লে নিংথিরে ।

(১৩)

নুরা ৱারি তারগা চীংখৈ থাম্বী চনুনা
“ইতা ইবেম্মা নুংশিপী নতা লৈরাং ওইবীসু
ইতাগী মতেং পাংজগে নতু নিংথৌ য়োকপদা ।
ঐবু পোকপা পম্বৌনা মমোম লৈরাং ওইবীবু
উয়ুং খুঞ্জেল লমদমদা মরূপ মচা ওইৱবা
য়াংলৌ লেম্বী মকাদা নিঙোল ঐবু থাজরি ।
শিঙেল কাংদোং ফার লৈরাং পোমশাৎনরগা
মনুং মতম চাবদা পম্বৌ ওইবা মহাক্না
থরাই থক্তা লৈহাপনা লৈয়োং লাইদা কৎপগুম
লুহোং খোংদোং লোইননা থংলেন কাদা খিনগনি ।

ইতা নংবু কাউজরোই পোকমিন্নদে খঞ্জরোই
থবক থৌওং খুদিংদা নত্তা ঐবুস্থু কাউবিনু।"
অস্থুম পুকমেন পাওমেন্না নিঙোল অনি লেল্লিদো।
নোংমা কয়া লেনখরে থাজ কয়া লানখরে
মমা ইবেম্মা ঙাঙ্খালৈমাগী অউন শন্দি ওইরিবা
কাওরেন ঙাংবা পামহৈবা নিংথি ঙাংবা পুঙদোংবা
ইন্নুং কোয়ৌ ঙানবদা শঙ্গোল হুংদগী থোকখিবা
থাঙ্গরাকপা মরাল য়ায় হিঙ্গোল ফৈরোয় নৈথেক্লা
চু ফৈদোম চাথোকপা থাঙ্গারাকপা শাউখরে।
খম্ন পোঞ্জেল লাইরবী মতু নিংথৌ নমদা পো
কাউরেল হোয়গে চংলুবা নুরা' থিনা চৈবিরে।
খুমন মাবু পোরিবা চরৈ ঙাবোং ফিতুবু
মরাক শেৎনা মুলহৌই মুজা লাক্না ইল্লকই।
খুমন চনু লাইরবী কপনা কপনা হল্লকলা
কোরৌ নুমিৎ অতুদা অকনবা কাওরেন ওইবতু
মপাম খুমন লমদমদা শিঙেল মানা থাদোকলুই।
মোইরাং অঙম্বা মহাক্না লমজা 'খোয়গা য়েক্রবা
নিঙোল থম্মোয় লকাদা তৌফম খংদা বারমই।
অঙম্বা মাগী মিৎয়েংদা মোপরাগী পুন্সি মাংগদ্রা
লাইরবী খমনু খল্লুবা নুরা থম্মোয় থাঙমদে
কেগে মোইরাং লমদমদা লমজা লৈবা ঙমখিদ্রে।
নোংঙাল্লমদাই তানফম য়েং নিঙোল তন্না হৌগৎলা
খুমন নোংয়াই খম্ববু শমু নমদা পো
ইচিক হুম্বা অহিংদা লোন্না থুপনা চেনখিদো
মপাম মোইরাং থা কেগে লমদম তুং ওইনা
চীঙথাং চীঙথাং লান্নদি লোইবী চীঙদা কারক্লে,
মপা ইবুংঙো পুরেম্বগা লুনা চান্না তিন্নবা

কবুই শলাং মাইবৈ মরান য়ায়দা চংজা
লমজা মচা অনিদো কুমজা কয়া লোৎখিদো ।



# থাদোয় পোকপা

## (১)

নুঙ শন্থোং চীংদোন থৌদ্রু নুঙপাকথক্তা
সনাগী ফম্বাল য়ায় চীঙলেমনা লেংশিল্লিবা
লাইনিংথৌ চীঙ্গু নোংশাবা মশানৌ খোইনোম লাইরৈমা
মুংশোং মুবী চন্নু সনাকজেংলৈ কোকথোনবীগা
তাইবং কুমহৈয়েং হরাও নুঙায় লেল্লিবৈ
লৈচিন নোংফাই থাংদ নোংখোং শেংবা অয়ুক্তা
অখাক অরাউ খংহৌদ অকি তুজুং হৌরকই
অরংবা নোংথাং মরিনা মোইরাং কংলা তম
অকিবা খোঞ্জেল লোইনা খেক্লা ঙংনা পাইথখি ।
ঙইথোক্তবা থোদোকতু উরুরবা মতাংদা
খোইমোম লাইরৈমা ইবেম্মা মশাবী কাদা হংলকই
"তাবিরিব্রা লাইনিংথৌ ঙসি কোরৌ নোংশিদা
অখাক অরাউ লোইননা খোইনৌ নোংথাং লৈমানা
কেগে কংলা তমখিবা করি মতৌ ওইবনো ।
ননাও ওইবী ইকাদা ফিগৈ শেংনা তম্বীউ ?"
"শানৌ খোইমোম লাইরৈমা মান্তক থরায় চন্নুও
চীঙ্গু থাংজিং কোইরেল লাই পাৎলোই তাবা খোয়ুন্না

কেগে মোইরাং লমদমদা অথোয়বা কুমহৈ শান্নগে
রাখল অসুম লেপখিবা পোরম অত্থ য়াৎলকপা
হাওমন মপান থেকঙমদা ঙাইরোং শিংলৈ লৌঙমদা"
চরিক মপাল থারিবা নোংথৈ, মউ লিংলিবা
শেল্লোই তগুপ পোইরৈ চীং লংমাই চাওবা পুংদৈ
খোয়ম নোংপোক অচিবা পোইরৈ শেলু অপানবা
চীংঙ কাইনৌ চীংশোম্বা কেগে খুন্থক লৈকাই,
মোইরাং খুন্দোন লম চেনগৈ পাৎলৌ য়ুম্ফমদা
পুরেল্বগী খুৎখা হৈ ঙাংখলৈমা লমোক হৈ
খম্নু পোপ্তেল লাইরবীগী মত্থ নিংথৌ ওইহনা
খুমন চাউথোই অহেনবা নোংয়াই খম্বা কৌ
মতমগী তোরৈ ইহুন্দা খোইমু চরা তমখরে।
লোইজীং চীংমাই হেল্লক্লে থাংজীং লোকমাই ঙাল্লক্লে
কেগে ঙাঙোয় লমদম মোইরাং খুনবী নিংথিরে
য়োয়মায় লাইবেল তাওদনবা নুমিৎ স্না কোয়োহনবা
লোইবী শোরা চীংতোনদৈ তরং-তরং লুল্লক্লে।
লৈমারেন অরাং পাম্বোইবী তুবী চীংলাই লৈমানা
অরোইবা শাইওন তম তাইবং কুমহৈ শান্নবৈ
ঙাঙোয় পোংলেনহনবগী মশানৌ চীঙথু অথুবা
আরাম তম্পাক শঙ্গায়দা লাংওন তমগে নিং।
শেল্লোই লংমাই চীংদগী খোয়ুম লৈরাং পাম্বোইবী
অরংবা মৈবুল ওই নোংদোল থক্তা কারক্লে।
থাংজীং চীংদোল থক্তগী কাপ রাইরং হৌরকপা
খোইনৌ নোংথাং লৈমানা মৈবুলহুবু পু
মোইরাং লমদম পাং কেগে কংলা তমক্লা
থম্মোয় লেম্বী মরল উন, নোংশা লৌদা হৌরিবা

ফুকায়না লৈশাৎ তমলিবা সনাগী থম্বাল লৈয়োনথক
নোংলুমগী মশক লৌ লৈমারেন ওইবীবু থমখরে।
কোরৌ অখোং নিংথৌ চম্ব রাংবল আরাই লৈমানা
চোয়নৌ সনা পুলাং, লুয়োই থক্তা থোং
লাইজ ঈশিং পাসাননা কায়নৌ শমজী সানতেংলম
চোয়নৌসনা পুম্বোংপাল, অরায় লৈমা লোক
কেগে খুয়োল লমহুন মোইরাং ঙাইতে লৌকোন
কোয়ৌনা ঙাঙ্রা ফেল্লিবা নিংথিবা অয়ুক তাংলৌদা
কেগে মথং খনবা চীঙখু য়াইমা তেলহৈবা
মপারি অমা শাৎত মমোম অমা ফুইদবৈ
রাথল ঈরৈ নুংবংন ইচিক হুনবা থোরকই
কোয়ৌ নোংদোল থক্তে খোয়ুম লাইপাও পিরক্লে
"হায় মোইরাং মথং খম্বা চীঙখুবাও য়াইফবা
নমাংমক্ত উরিবা লাইজ থক্তা শাৎলিবা
শিঙেল লৈরাং থম্বালডু নখুৎ ফংনা হেক
চেৎনা চান্না তৌ নরাল য়ায়দা পুজখো !
নশানৌ তম্পাকলৈমা লাংমৈরেম্বী মকাইফম
মোল্লাং নাক্ত থম কোয়ৌ তরানি শেলহল্লু !
মালেমদা মপা লৈতবী চেংলৌ শকথোং হেল্লবী
নমোম লাংলেন নিংথিবী লেপনা শোইদা ফংগনি !
নহাক্কী নিংজবা পুম্বা মপুংফানা থুংগনি।"
চীঙ লাইপাও তুংইন্না শিঙেল লৈরাং হেক্লা
মরাল য়ায়দী তম চেৎনা লুনা পুরক্লা
মশানৌ তালোই অহনবী লৈমা লাংমৈরেম্বীদা
মখুৎমক্লা শিন্নারা মোল্লাং য়ায়দা থমহনখি।
থাজ মকোয় নিংথিবনা কোয়ৌ থক্তা ঙাল্লকপা

থাজ মপুং ফাবা কোরৌ তরানি শুবা
ইংনা চিকপা অহিংগী তাংলৌ থেংবা নোংয়ায়দা
নোংলুমগী মশক ওইরম্বী লৈমারেন অবাং পান্থোইবী
ঙসিদা পোকপা অঙাংগী শক্তম ওইনা ওল্লক্লে
হংঙা হংঙা কপ্পা তাইবং পালদা ফাওরক্লে !
চেংলৌ শক্লা হেন থোইনা ঙান্না নিংথিরে
তম্পাক লৈমা শঙ্গায় নিংথিবা কাজাও ঙান্থোইরে
হয়াও মথোয় কাজবী মমা ইবেম্মা য়ায়ফবী
লংমায় নিংথৌ চনু লৈমা লাংমৈরেম্বীনা
মেরা থাগী থানিল থাজ হেন্না পুকহুরে
থাবু হেন্না থোইরে "থাদোয়" কোলোই মিংথোল্লে।
চীঙখু য়াইমা তেলহৈবা কেগে মোইরাং মথং খম্বা
মমোম নরা ফংবদা স্না পুক্লিং পেনখরে—
মবুধৌ থাংজিং খুরুমজৈ চীংঙ, মাবু থাগোনজৈ
থোইনা রাংনা লার্কপিনি "থোইবী" হায়না কৌদে ;
ইরাং লোনবী চনুদো মমোম লৈরাং ওইবী
কোরৌ হুমিৎতুদৈ, মথক্তা য়েমকাপ লোনদ্রবী
মখাদা মনাও ফোইদ্রবী উত্রা পাৎকী থম্বালহু
লোক্তাক পাৎকী শিঙেলদো অরাম তম্পাক শঙ্গাইদা
কেগে তম্পাক য়ুমগী মমাশি তরেৎ চংহুনা
স্নরা মাবু নাওয়োকখি চাওননবা নাওকোনখি।

(১৫)

"কেগে মোইরাং লমদমদা ঙাঙোই খুনজেল মাপলদা
লৈমারেল নোংপোক পান্থোইবী মশানৌ কায়নৌ 'চীঙশোম্বগা
চীঙ খোইমোম অনিনা খম্বা থোইবী কৌনা
করিগী লাংওল তম হয়াও কুমহৈ শান্নারবনো ?

চীঙু থাংজিং কোইরেল লাই কানা ওইনা শাইওনবা
মশানৌ তাঙ্গোই করম্বা খোয়ুম মাগী তুংইনবা
নশানৌ লাইবক চাউবীদা চীংথবা লৈতা লিবিয়ু
ননাও ওইবী তাজগে রারি শিংপুল মপুংদো !”
খংজনিংবা রারিদা চীঙু নোংশাবা মকাদা
মান্নক থাম্বায় চন্নু ইখৌ লাংনা হুংলকপা
খোয়ুম লাইনিংথৌ নোংশাবা লৈমরেল কাদা লিন্নকই
“চীঙু থাংজীং কোইরেল্লাই কেগে কাশা লাইনিংথৌ
মশানৌ লৈমা অতোম্বী অয়াংলৈমা ইবেম্মা
মোইরাং লাংওন তম কুমহৈ থৌদাং লৌরিদা ।
কেগে কাশারেন মোইরাং থাংজীং লাইনিংথৌদি
মশানৌ কোইরেল লৈমা, অয়াংলৈমা ইবেমহল
মনাও ইবেম্মা অতোম্বী অয়াংলৈমা পান্থোইবীগা
লৈমা সহুম লোইনা কোরৌ থক্তা পানবনি ।
চাঙু থাংজীং কোইরেল লাই মশানৌ লৈমা অতোম্বীগা
লোইনাম থাবুম ১২ চহি কুমওন ওল্লা ফাও
সনা সঙ্গায়দা লেঙক্লা অয়াম্বা মতম লৈখিবা ।
কেগে লৈকোয় লৈমরেম্বী মচেম কোইরেল লৈমনা
থম্মোয়নুংদা অশাউবা খাম্বী মৈঙুম হৌরম্মী ।
নোংমা কোরৌ মুমীক্তা খাংচেৎ মচী লাং
মনাও ইবেম্মে শঙ্গায় লৈমরেন ওইবী লেঙক্লা
অশাউ খাম্বী মৈহৌনা মনাওগী কাদা হায়রকই
“ইনাও ইবেম্মা গুংশিবী অয়াংলৈমা অতোম্বী
ইনাওনা চৎলিবা শাজক্তো অচুম্বা লিচৎনি থল্লীবা
খোয়ুমগী শাজৎ নক্তে নমু তাইবং লিচৎনি ।
খোয়ুম লাইগী শাজক্তি অচুম অমান কায়ফদে

তাইবং মীদি চান্নবনি অঙম অঙম শেৎ
নশক নতৌ ফজবী নপুৱোয়বনা য়াবীনি খন !
থকশী কান্নন ঙাক্ত ননিং পংতৌ তৌফদে
খোয়্মগী লিচৎ চত্ত তাইবং লিচৎ চৎপনা
তাইবং মীৱমলেন্দা তাইবং চীঙ্গাক চারুখো ।
নমু পোংলম চৎলুখো মীগী লিচৎ য়েংলুখো ।
নহাক্না লৈদৌ মতমদি নপারি অমা ফংবা ফাও !
চীঙ্‌ ইবুঙো লাইনিংথৌস্নু অচানবী নশানৌ লোইনা
নমু মীপোক ওই তাইবং লাংওন তম্বীরু
পারি অমা ফংবা ফাও কুমহে অতু য়াওবিরু ।"
"ইচেম ইবেম্মা য়ায়ফরবী নহাকী নুংশি মীচৈনা
অৱান পৱিং চুমনবা অনৌবা ৱাখল চেনহল্লে
ইচেম নংগী নয়াথং কোক্তা খোংনা য়াজৱি
তাইবংপান্দা পোকহৌবা অঙাং নৱা ওইহৌবা
প্যারি নোংদমথিবদো কনানা নাওকোনবিহৌনি
লমজা শারা শক্তুনা খাঙথক্তা মাংলোইদ্রা ।"
"নহাকী নৱাহে নুংশিবা ইচেম খন্দ ঙমদেদো
নপারী নাওকোনহৌনবা নমোম লাংলেন অমা
চহি কুমজা ৭, ফংজবা ওইয়ু হান্না ।"
"ইচেমগী নুংশি নয়াথং অৱেম্বা খক তাফৱোই
লাইয়িংথৌনা লাংওলদোবী ইশাবীগা য়ুমলিংদ্রিঙৈ
কয়ম্না ননাও হান্না ইমোম অমা ফংগনি ?
তাইবং মালং পান্দস্নু খোয়্মম লাইৱমলেন্দস্নু
শাবী থংলেন ইবুংঙো চীংঙ্‌ থাংজীং কায়নবা
অতোপ্পদা থৱায় লাম্হোকপা ননাও ঐদি ঙমজৱোই ।"
"নহাকী অশেংবা পুকচেনদো নচেম ঐস্নু খংইদা

ফমথোন ৭৬১ থক থোয়না রাংনা ঙাল্লিবা
কেগে লৈকোয় মপু মোইরাং নিংথৌ পোংলেনহনবা
কংলা ফমেনথক লৈবাক রায়েন তমলিসি
নশাবী খোয়ুম লাইয়িংথৌ চীঙু থাংজীংগী মীয়েলনি।
কেগে নিংথৌ পুরিক্লাইগী তাংবল ওইদা ঙান
মোইরাং লৈমা ওই থোইজী থাগী মীহুল
তাউজিং হৈরু পান্দ্রিফাও কংলাদা হান্না লৈকচো!
তাইবং কুমহৈ লোইরগা লাইরমলেন্দা হল্লক্রুস্ত্র
নচেম অহল ওইনা রায়েন অসি পীরিদা।
চহি কুমজা অমগী লোইদাম থাবুম অমত্তংদি
নবুংঙো থাংজীং থৌগল নরাল য়ায়দা ফংজৌ
লোইদাম অমদৈ হেন লাইয়িংথৌ থৌগল চংফরোই।
ঈরিক কোম্বাল নিংথৌ চম্বু কোইরেল লৈমা লাইরৈমগী
লেংফদ্রবা মীচৈ তুংইন্না চীঙু থাংজীং কোইরেল লাই
মোইরাং খুন্থক লৈকায়দা পুরেম্বা কৌনা লাংওনখি
মশানৌ লৈমা অতোম্বী অয়াংলৈমা ইবেমতোনস্থ
কেগে ঙাঋলৈমা কৌ মোইরাংদা খুনগুমখিদো।
লাইগী লাংওন ওইবনা খুমন নোংয়ায় পুরেম্বনা
পাম্বা কৈরেল তরেংপু মদোম ফাবা ঙমবনী।

—□—

# পাম্মোইবী

কেগে মোইরাং লমদমদা ঙাঙোই খুনজেন মাপলদা
লৈমরেল নোংপোক পাম্মোইবী মশাবী কায়নৌ চীঙশোম্বাগা
চীঙু খোইমোম অনিনা খম্বা থোইবী কৌনা
কবিগী লাংওন তম হরাও কুমহে শান্নবনো ?
চীঙু খোয়ুম শিদবা লায়নিংথৌ নোংশাব ও
নশানৌ লাইবক চাউবীদা চীংথবা লৈতা লিবিয়ু
ননাও ওইবী তাজগে রারি শিংপুল মপুংদো !
মথা তানা হংলকই নিংশোং মুবী লৈমানা।
চীঙু খোয়ুম লাইনিংথৌ মশাবী ওইবী য়েং
চীংশাং খোইরেল হিগুম্বা চীংলাই লৈমা পাম্মোইবীগী
রারি শিংবুন নিংথিবা খোইমোমকাদা লিরকই —
"হয়ি চক্কী মতমনি তাইবং খুনশেম হোউদা
তুবী চীংলায় লৈমা লাইরেন কজেং ঙানবী
বাংগোল লাইরুরা অতেংবী রাঙমলোন পাম্মোইবী
লোইজিং ফৌওই চীঙ, ফৌওই লাংহে চীঙদা
মপন পম্মৌ নিংথৌ লাই নামুং য়োইরেনবা
পলেম মমা নিংথিবী লাইরৈমা নামুংবীগী
চুমথাং পান্দোং হৌগুম শিঙেন মদোম হৌরকপা
লৈরাং কাংদোং ফারক্লে শিঙেন পোমশাংনরক্লে।
নোংমা কোরৌ মুমীৎ নোংখোং শেংবা অয়ুক্তা
তেন্দোং নমদ পো লিরুং খুত্তা পায়
লাঙ্গোয় শগোল তোং রায়রা শাদান থোকলকই।
লায়শারোই ৭৬১ না নিঙোল মাবু কোই
চেংলৌ শকনা হেন্বীবু মখোয়গী লৈমা হাপকে খন

অউপ লাংগী মণ্ডংগুম কোয়না ফাগে থৌরাংলে।
লানশোক মৈরা থানগুম্বী হুয়েল লানগী লানমৈনা
তাংজা শকথোং নিংথিবী মৈবুন গুম্না ঈঙাংকা
থাংলেন মথুৎগুনা হায় থাংহায় নোংথাং কুপকুমলে
তীমেল তাহুল তম্বা মৈবী শঙাইশেন পাইগুমলে
রাইরা তেনচৈ শৎনা লিরুং তেনকাপ য়াংবদি
শরোই ময়াম লুতুয়ে য়েক্না মন্নাম চৈথাইরে।
শারোই খিবিক লুচিংবা শারোই নিংথৌ ওইবদি
মমিৎ নামতা পানবনি য়ারেন শিংজং হৌবনি
অকি তুজং পোক্তনা লৈমারেন মাগা লানথেংনৈ।

থংলেন খুত্তা তুখিবা তেনজৈ খুতা লানখিবা
শরোই ঙারোই থিবিক্তু য়াইবী মাংবা লৈতেদো
হন্না হন্না হৌগৎলক মরোল মরোল কোইথয়ে
শারাও লালাও খোনগা লৈমরেন মাগা লাম্থেংনৈ
লৈমরেল লাওন চংখোম্বী তুবী চীংলাই লৈমানা
লংগোয় শায়াং তোং তারেন থাংতপ পাই
শারেন নোংশা য়াইগুম ফৈনা লাম্না চোংশিল্লক
তীমেন মথুৎ গুনা শারোই নিংথৌ অকনবগী
থবাক লুরেন থিন্দৎ চঙনা য়াইবী লুতুরে
লমবান উরিংকোন খোইচু লৈথোন পানদা
রায়েল খোদা তম্বা নিংথৌ শাপায়বা অথোবা
মাগী লানমী তেংগোলপু রাইমা শাদাল হল্লকপা
থৌদোক অহু থেংন লৈমরেন মাগী তেংপাংলে
শারোই ময়াম কায় লোইনা হুপনা চেনখিদো।
মোইগায় থাগুম নিংথিবী নিঙোল চেংলৌ উবদা
নিংথৌ শাপায়বা অথোবা য়ারা মপাও হংলকই

"চেংলৌ শক্লা হেনবী থম্বাল লৈকাগুম নিংথিবী
মুরা লৈরাং ওইবী শিঙেল লৈশাং তমলিবীও
পলেম কনানা পোকপনো পল্থৌ কনাগী মমোমনো
নিংথিবী নংগী কোলোইনা মিংলেন করি কৌবগে
পাখং ওইবা ইকাদা মুজা ফিগৈ শেংবীমু।
মালেম শিন্না ফাউরিবা নিংথৌ শাপায়বা হায়বদো
নিঙোল মাংদা লেপলিবা তম্বা ওইবা ঐহাক্কী।
পাখং য়াবা তারগা মুজা মোমোন তৌ
তথক্লাবী মিংসনানা পাখং কাদা য়েংলকই
"মঙাং লৈকোয় মপুয়েল তুবী লাইরেন অঙনবা
মশানৌ খোইমোম লাইরেমা মালেম সনা লৈথমলেনবিগী
চুমথাং প্যান্দোং হৌগুম্বী মমোম লাংলেন ওইবী
থোয়না পানবী প্যান্থোইবী নিঙোল ঐগী কোলোইনি।"
পাখং ওইবা মকাদ লৈরাং অস্থুম খুমলমলা
মপাম লমদম পাং রাইরা তম্না হুনখিদো
মুরা ওইবী মহাকপু চীংনা চীংনা য়েংহৌবা
নিংথৌ শাপাইবা অথৌবা মরান কোন্নুং য়ৌখরে।
পাখং মদোম ফম মওন মওন খল্লুরা
মদাইয়েম লৈচোল হাওরবা কংলা ফমদোৌরোইবু কৌ
হৈরাং পোতম শেম তয়েৎ শেনয়াম পু
রাঙম লাইরেমা পান্থোইবীবু হায়রুনবা থারক্লে।
তেককা তেকপৈ মথক্ত তেককা লাইজ ঈফুবী
নৌগা নৌকৈ মথক্তা থৌহ্ চেংজা মুঙননবী
খাবী লেংনাও মোম্বী তম্বা মৈরেন তোমশাৎপিনা
লৈচোল হাওরবা মকাদ মুরা মপাও মেলকই
"নবুঙো নিংথৌ শাপায়বগা পাখং কাদা তমলুচো

তেৎনৌ থোংখোং ওই নোংলুপালনা থোংপাক ওই
মালেম লৈসনা অঙাংবনা থোংলেন পান্থৈ ওই
নিঙোল ঐগীদমক লান্না থোংবু শাও !
ঙমলোই হায়বা লৈরবা পাখং মপাও তমলন্নু
রাগী মখা তারম্মু তম্মা রায়রা হুনখরো।”
লৈচোল হাওরবা অঙম্বা মুরা য়ারা পুত্না
ময়ালয়াম্মদা হলক্লে নিংথৌ কাদা তমলরে।
লম্বান খোইরুপানগী পিবা নিংথৌ শাপাইবা অথৌবা
থমোয় লাম্মুম কাহৎনা নিঙোল মাগী দমক্তা
কাংথোল য়ায়রী পাবলথক মঙন মঙন খল্লকই—
“থোরনা রাংই পান্থোইবী কলকইদা লাইবৈমা
থোয়চৎনবা য়ারাদো করম খাংনি পাখংদি
নিঙোল ওইবী নহাকপু ঐগী ওইনা ফংজবা
য়াদা মতাং থোকলা মুরা নংগুম নিংথিবী
চেংলৌ শকথোং হেনবী লৌফম থোকই ঐহাকসু
ঙসি কোরৌ নোংদৈ থৌদাং অসি পাংদ্রিফাও
তম্বা শামায় লৈরোই পাখং খোংদোই হুল্লগে।”
য়াবা অসুম শোন তরেং তারা খনমলা
লাংগোয় শায়াং তোং তন্না খোংদোয় হুনখরে।
মুরা লৈরাং নিংথিবী তুবী চীংলাই লৈমা
পাখং কাদা হায়খিবা অয়াকপা মরা হৈদো
মুজা হন্না খল্লকই, থম্মোয় মুংদা রারৌই
খোইমু ওইবা মহাক্তো নিঙোল কাদা লাকখিনী
করি পান্থৈ থিহ্না পাখং মাগীদমক
নিঙোল করি তেংবাংনি মুজাওইবী খল্লুরা
মুরা মাগা হৌমিন্নাবী মতাম্নোই সক্না তিন্নাবী

হুইমু লৈমা মুংচেয়াম্বী শিঙেন লৈশাং তম্লীবী
মুজা ওইবী মহাকপু নিঙোল তম্না কৌরুয়ে
মতা মাগী মকাদা চীংলাই লৈমা থেমলকই
''ইতাইবেম্মা মুংশিবী হুইমুলৈমা লাইয়েম্মা
নুরা ইতা নহাক্না ঐগী ইতেং পাংবীয়ু
নিঙোল ঐগী পুক্লিংসে লাংতক্নারে ইফায় চল্লে।''
"ইতাইবেম্মা য়ায়ফবী লৈমরেল ওইবী পাম্থোইবী
কয়িগী অতুক ৱারিবা নতা ঐনা ওমলদি
ৱাশকনবু হায়রিয়ে শোয়দনা নতেং পাংগনি
য়াবা ফিগৈ শেংবিয়ু নতা ঐসু থংজগে।"
''ইতা ইবেম্মা হুইমুলৈমা শিঙেন লৈশাং তম্লিবী
লম্বাল খোইরুপান পীবা নিংথৌ শাপাইবদা
লৈরাং ওইবী নহাকপু পাথং কাদা কাউজনবীয়ু।''
'' ইতা লৈরাং মুংশিবী ৱাকম অতু ওইথোক্লোই
নিংথৌ শাপাইবনা নিঙোল নংবু তাল্লক্না
ঐনা করম হৌদ্রনা পাথং করম য়াগনি!''
'' ইতা নংবুনে য়ায়ফবী চীংননিঙাই লৌভেদা
নংগী চেংলৌ শকথোং ঐঙোন্দগী তাবা নত্তেদা
মোইগাই থাগুম ফজবী খোইমু কয়াগী মীতাফমনি।''
'' য়ায়ফা থোয়বী পাম্থোইবী লৈরাং পোমশাংনরীবী
ইতা নংগীদমক্তা পাথং ওইবা মকাদা
নিঙোল লৈবা য়াজগে মতুগী থৌদাং শিন্নবিয়ু!''
মুমিদাং ৱায়গী মতমনি কোয়ৌ নেম নেম চায়রক্লে
মুমিং চীঙয়া থাঙক্লে ঙাঙ্গা কুচু ফেলক্লে
লোয়া খোনবা মালংবা লিরি খোংদোই হুলক্লে
খোয়ুম চনু লাইরেমা নিঙোল ওইবী অনিদো।

চরৈ ফিজেৎ নিংথিবী মুয়া মচি লাংলগা
মালং ইচিক লাংবা কায়দা লেমহৌ থোরক্লে
নিংথীজবা মতমদো মতাং তুদি তানফমদো
নিংথৌ শাপাইবা অকনবা পাখং মিৎয়েং শাংখৈবা
নিঙোলশিংবু উরুবা লাংগোয় থক্তে কুমথনা
মুরাশিংগী মাইকৈ তম তপ্পা বাইমা হুলকই
কোরৌ নোংদোল থক্তগী লাইগী মপাও লাওরক্লে—
"লমপাল নিংথৌ শাপাইবা অথৌবা ও য়াইফবা
পাখং মাংদা লাক্লীবী নিঙোল অনি 'মুংদগী
অপাম্বা অমা খঞ্জখো তালোই লৈমা হাপচখো
খুজেং হান্না পাইবদো মতুনা অশেংবা তালোইনি
তরেং তরা খনফদে অনিরক হন্না হোংফদে
অরেপ্পা রাখল লৈত্রদি অনিমক অমত্তা ফংলোয়কো।"
খোয়ুম লাইপাও তাবদা পাখং ভহাক ভকচানৈ
চীঙু মাগী থোজালনি থম্মোয় নুংদা খল্লবোই
নিঙোল অনি মাং অপনবা লৈতা চংলকই
মকোয় ফাবা থাজগুম নিংথিজবী মায়থোংদো
পাখং মানা উরকপা মীৎফম হোংবা ভমখিদে
অপাম লাইজ ঈহৌনা পাখং থম্মোয় লাংতক্লে
চেংলৌ শকথোং য়েংবা অসিনা হেল্লী হায়ভমদবী
লৈরাং ওইবী অনিমাং পাখং খোইমু লেপলুরে
নোংদম্বানা তমবিবা ঐগী তালোই অমদি
শোইদনা য়াওরে অসিদা খোইমু অসুম খল্লুরা
মীৎকুপ মুকী তুংতুদা পাখং তন্ন চংশিল্লক
নিঙোল খুজেং পায় পাখং নাক্তা পুশিল্লা
অপাম নুংশি য়ারানা নুরা কাদা হংলকই—

"শিঙেল লৈশাৎ তন্নীবী শানৌ লৈরাং নুংশিবী
পম্ভৌ কনাগী মমোমনো পলেম কনানা পোকপনো
নুরা কোলোই মিংলেন্না করি কৌই হায়ুবা
পাখং ওইবা খংজগে নুরা ফিগৈ শেংবিয়ু।"
"শম্ভোং রাথায়চেং চাঁঙু খাইচেং অহনবা
নাশিচাঙবা পুংমাইরেম্বাগী মমোম লাংলেন য়াইফবী
লাহৈগুম তোললোংবী লাইরাগুম শোইয়াম্বী
লাংবল হৈরিগুম লোংচুম্বী, কোরৌ হুইমু লৈমা নুংচেংয়াম্বী
কোলোই ঐগী মিংলেননী মুরা ঐগী মীংখৈনি
ননাও ওইবী ঐহাক্কী শমু য়েত্তা লেপ্লীবী
শিঙেল চেংলৌ নিংথীবী লৈরাং তোমশাৎনরিবীশে
তুবী চীংলাই লৈমা রাওম লাইরৈমা পান্থোইবীনি।"
মুংশি য়ারা খোনজেলনা পাখং কাদা খুমজখি।
"চীঙু নোংদমখোন্না লৈরাং ওইবী নহাকপু
পাখং ওইবা ঐগী তম্বীরম্মে খঞ্জরি
নিংথৌ শাপাইবা ঐহাক্কী ফম্বাল লৈমা ওই
ইরম খোইজুপ্পাল কংলৈ লমথোন পান্দা
নুঙায় য়ায়বী মরাং কায় নুজা ওইবী শাৎলরো
ঙসি কোরৌ নোংদৈ ইশায় কোন্দা খোংদোইরসি।"
পাখং নুংশী য়ারানা নিঙোল কাদা নাওথেমলা
শিঙেল পোমশাৎনরিবী নুজা ওইবী মহাকপু
লাঙ্গোয় থক্তা হুাপকৎলা শগোল খুজি থারমদায়
"ইতা ইবেম্মা নুংশিবী থোয়মোম লাইরুরা অতেংবী
ঙসি কোরৌ নোংদৈ ইপাম লমদম তুংওইনা
থংলেন মাগী মশাইকোন পামু মাগী মরানয়ায়
নিঙোল খোংদোয় হুল্লগে ইতা ওইবী লৈহৌরো

থৌদোক রাথোক খুদিং মতা গ্রৈবু ভাকপাকউ
পামু মাগা লোইনবা অত্তম্বা মতেং পাঙ্জদে।"
নুজা লৈরাং ওইবীনী মতা ওইবী মকাদা
নুংশি য়ারা থোনকম্না পুকমেন পাওমেল্লমমই।
"নুরা লৈরাং নিংথৌবী শিজেল লৈশাং তমজিবী
রাওম চনু ইথেম্মা থোয়বী বাংবী পাম্বোইবী
পাথং ওইবা গ্রৈহাকী পুক্নিং থৈনা থুংলেদো
লৈরাং ওইবী নুজাসু নিংজবহুদি থুংউকো।
নতা লৈরাং নিংথিবী হুইমুলৈমা নুংচেংয়াম্বীবু
খোইমু ইয়ালয়ায়িদা শিজেল মাবু থারকগে।"
মুরা পাম্বোইবী মকাদা হয়াও মুঙায় ফোংদোকলম
লাঙ্গোয় খুরপথা শেম্বাং পাইগুম থৌখরে।
চাওনা লুহোং থোংদোংনা নুঙায় য়ায়বী মরাং কায়
নিঙোল পাথং অমিদো হেদৌ হয়াও পানখিদো।

## ( ২ )

রাওম তম্ফা লাইরৈমা চীংলাইলৈমা পাম্বোবীদী
লৈয়াং কাংদোং ফা শিজেল লৈচু হৈল্লক্রে।
চুমথাং পান্দোং হৌগুম লৈয়াং খুমু হুল্লকপনা
চীংয়ায় লমহায় ভানবী লোইবী হৈনবা চেকনিদা।
লুয়েল থোংজী খুম্বী শমলাং ভোম্না মানবীদি
নিন্দু ফান্দেং য়ৈবী তাংজ নাম্বিল মুবীনী।
খিং খিং শমথাইয়েম কায়নৌ লথায় শমজিরেন
চীংশোং খুগু মৈপোংবী থাল্লে লৌকুমলমগুমই।
শমজিন তম্ফা জিংথিবী নাওরোই লৈম হুমবদি

চীঙ, সনা য়োইরেনবা নোংদা লাইরেন পাথংবৈ
তোকলেন হেন্না ঙান চোয়নৌ লুনিং হুককুম্বী।
কোয়করুবী শন্নাংনা হুম্নি পানবা থাজগুম
সনা কুচু লময়োবী লাইবক খেল্লাই ঙানবদি
পাথং শিঙেল লৈপাম্বা পুক্লিং ফানা লাংনিদা,
শন্নাং নাতৈ পাংবনা অয়োং সনা ঈরেননী
তম্ফা লিকোয় থিনবী থিকলেন চায়গী হেনবী
চায়জী হৈরাং চান চোয়নৌ সনা পুনগুম্বীদি
রাঙম থবাক লিকশিলম অঙৌবা তময়ান নিংথিবী'
তাওজিং খোমিং অমুনবী কবো ওন্থোক হৈরাংগুম
হৈরাং চাদ' মান্ন মিৎয়েং খোংফম হোংঙমদে।
শিঙেল লৈহাও লৈরেনগুম নান্না খুংশা তনৌবীনী,
নাতোন নাকচি লৈওনদি চীংয়ায় থোইদিং মপান্নী'
ঙাংনা তাবী চীম্বানদি ন্নারক তয়ান মুম্বীনি,
নুরা ম্নারেল খোংজীদি শেম্বী কফোই হৈনীদা
থম্বাল লৈশাৎ তমগুম্বী নুজা চীংগোয় পুকহুবী'
পীগুম পাগোয় লৈবানা অমুবা চুমথাং ঙানগুমই।
খজাই নাক্রৌ শিনবদি অমুনবা হয়ায় মতানী।
লফোয় খোকুম নিংথিবী নুরা ফৈগল তাবদি
চীংয়ায় পমলৌ হেল্লীবী লফু নেম্প্রা মওংনি।
চেংনা তাবী খ্বাংজেংদি লাংবন উচিথোইনিদা।
মিৎসনা থম্বাল লৈকাগী য়ায়ৌ শক্তি মিত্তানা
তেনজিন হুরেল লুপলবা মুংশি তেলবু ওই
শাগল তুফাং য়ৈনা শিঙেল লৈকা তম্নকপা
খোয়মু খোইয়াম লকাদা তেম্বা কুংনা থাবদী
খ্বাংজেংবা-ও খোইরাবা কোয়ঙাওননা লেন্নরী!

নোংমা কয়া হৌখরে কোরৌ কয়া লানখরে
চহি খুমথায় চন্দুনা লাংবন থায়ায় চল্লক্লে
য়োইবু তম্বা ৱাঙমলোন ৱাংগোল লাইরুবা অতেংবী
খাবী লেংনাও মোম্বী লৈমরেল অৱাং পান্থোইবী
লাংগোল শয়াং তোং তিমেন তা খুৎশুনা
শিঙেল লমহায় নাইদা য়ারৌ শাদান থোকখিদে। ।
শারেপ মপুং ফারবা য়ারৌ শঙায় তুবানশা
নাইতোম তাবা শা নিঙোল মাংদা খৌশারবা
লিরুং তেংগা থোং তনকাপ কাপ্পা তানশিনখি ।
নিঙোলগী তেন্না পানবৈ চৈনাখোলগা চেরখিবা
খংহৌদা নারক্লে লংলকপা অথৌবা তারেন
লমগী শাদি শঙায় য়ারৌ শাদো পানখিদো
মালেমথক্তা তু তন্না য়ায়বী মাংখিদো ।
শাগী শামাং অতুদা নিঙোল ওইবী থুংলরে
তম্বা মুপা মহাক শামাং তুদা লেপলরে ।
নিঙোল তেনজিল অহুন্না তেনজিন থুম্না পাল্লি
পাথংগী তা অতুনা শাগী লাইবক্তা য়ুংলী
মুৱা লৈরাং ওইবীনা পাথং কাদা হায়রকই
শা অসি ঐগীনি ঐগী তেলনা শিবনি ।
নুরা য়াৱা তারগা পাউখুম পিরকই তম্বাহু
"পাথং ঐগী তীমেলনা শাগী য়ায়বী লৌবনি
শাঙায় সিগী মশাসে ঐগী ওইফম থোকইনা ।"
"চীঙগী ইবুঙ ওইবাও, নংগীনি হায়বা চুমদেদ
ঐগী অশেংবা শানি নিঙোলনা লৌফম থোকইকো
ঐগী লাংগোয় থক্তা ইবুঙ খৱা থাঙ্গৎপিয়ু ।"
"তমগী লৈরাং তনৌবী চংলৌ শকথোং অহেনবী

মুজা নপাও তাবদা পাখং কম্বি হায়সিগে
লমগী শাদি শভায়সে পাখং লেংদা থোং
লোইবী ইয়ান পুখিগে মুজা ওইবী নহাক্কা
পাখং লেংবান্দা থাঙ্গৎপীয়ু খোইমু ঐগী তেংবাংউ ।”
থোয়না পাম্বী পান্থোইবী অকি তুজুং লৈতবী
শভায় চিরেন পায় লাঙ্গোই থক্কা থাংগৎকে
পুক্লিং অস্থুম খন শাগী নাক্কা চংলকপা
চীভগী খোইমু লৈপাম্বা তীমেন তবাক পাই
মদোম তনবা মীখনখায়. মানবী মতুপ হাংবা কাওগুম্বা
চাংগী খোইমু খোইরাবা পাম্বা কৈজেং লাংগুম্বা
তীমেন মমুং চংবু খুবাক তীল্লাই মেন
তীমেন তায়াই পায় লাবা খোংফম লৈদাথিন
নিডোল ওইবী মাং খুংশু তারেল খোশারক্লে ।
অকি তুজুং পোক্কবী মুজা লৈরাং ওইবীসু
শানিগীদি শাদোম পে'কপী লন্নিগীদি লন্দোম পোকপী
উমু কোইরেং নিংথাচুঙ লাংশম চুম্বুল খোথাংচুঙবু
মরোং চুঙলেন লুক থাংলেন য়েৎনা পায়
শারেঙ্গ নোংশা য়ায়বগুম শারাও লালাও খোলগা
কোয়ৌ নোংমায় হনবী মালেম লৈমায় হনবী
তৌরা নোংতং লেংবী খুয়োন ফুইতিং লৌবীনা
ঔরী নোংথাং কুপকুম থাংলেন জগোয় শারক্লে ।
মালেম লৈদা থীন কৈরেঙ্গ পলিত শাওয়া
চায়নাথোং ফেনগে চেগপ চোংনা খৌশারা
খংগোনা মরাংহৌ মালেম লেপত্রৈ হায়রকলে
চীভু থাংজীং কোইরেল লায় লোইবী পাৎলোই তাম্বনা
নুরা পাখং থৌদোক্ত থাংজীং চীংদোন্দে উরবোই

থুনা য়াংনা য়ৌরক তম্বা অহল ওন
লানফম মাংদা লেপ খোঞ্জেল হৌনা খামলকই
"নিঙোল পাখং অনিমক ঙহাক পুঙ্গোয় লেপখোদ
করি থৌগী থংনবা করি থৌগী য়েংনবা
অহল ঐগী ইকাদা ময়েক শেংনা তম্মুদা
অচুম অয়ান য়েং রাগী রায়েল পিগে
ঐনা পিবা রায়েলছু নখোয় অনি য়াবিয়ু।"
"তমগী ইপল ওইবাও নংনা পিবা রারেপতো
ঐখোয় শোইদা তাগনি ঐখোয় শোইদা ইনগনি
রায়েল চুমনা লেপ লৈখায় চুম্না পিরকউ।"
চীনখুন অমা ওই অনিছুনা খুমলকখি
রাহৌরোলগী মরোনদো মরিক চুম্না তারেদো
নমু অহল শারিবা চাঙু থাংজীং কোইরেল লাই
হয়াও মীনোক তম য়ারা মপাও পীরকই।
"অসিগুম্বা থৌদোক্তা নিঙোল পাখং উন্নাসি
হৌখিবা থৌদোক নিংশিংশি য়ুমলেপ চার লিংশি
নিঙোল পাখং অনিনা লেপনরকপনি লাইয়মলেন্দা।
লৈরাং খোয়মু অনিমক লৈপুল খয়োম শেম
তাইবং মালেম অসিদা হয়াও মুঙাম পানমিন্নৌ।
অহল ঐগী য়ারাসে হিকতোক ফদে খল্লাদি
তম্বা ওইবা নহাক্তা শাঙায় শাপুম অসিবু
থমোয় মুংদা চিংনদা নিঙোল কাদা লানলোকো
মুরা মাগীদমক্তা হায়জা পোৎপু ওইছুনা
পলেম পুম্নৌ ওইবসু মবুও মৌপয়া খিবিকসু
পিজ-পিথক তৌ মবুক থৈনা পেনহল্লু,
মুজা ওইবী মহাকপু পাখং নংগীদমক্তা

তালোইশিংদা চন্নবা উরোং খিনবা শকসন্থ ।"
পাওতাক অসুম পিন্নমলা মাংখয়েদো কোইরেল লাই।
মুরা পাখং অনিদো চেংলৌ শকচানহুনা
ঙহাক পুংগোয় অমদি তুমিন লেপনা লৈরুরা
"শানৌ লৈরাং ওইবী ইনেমমচা পামুবী
নুরা মুংশি ঈথিলনা পাখং থমোয় লাংতক্লে
ইখৌ লাংলবা খোইমুনি নুজা ফিগৈ শেংবিন্নু
শিঙেন কোলোই মিংলেননা করি হায়না কৌবগে ?
"শাবী থংলেন ইবুঙো ননাও পাওখুম পিদ্রিঙৈ
থংলেনগী কোলোই শেংবিখো নুজা হান্না তাজগে।"
"পোইরৈ নোংপোক ঙানলিবা শেলোই লংমায় চীঙ
থোয়না রাংনা পাল্লিবা নোংপোক চীঙশাং মপুরেল
অঙৌবা কায়নৌ চীংশোম্বা কোয়রৌ রাংবা খোংজেম্বা
নোংপোক মালং হুমোইবা চীংঙু নোংপোক নিংথোদো
নুরা মাংদা লেপলিবা নশাবী ওইবা ঐহাকনি।"
"ননাও লাইবক চাউবী শিঙেল লৈশাৎ তমলিবীনি
তুবী চীংলাই লৈমা লাইরেন কজেং ঙানবী পাম্বোইবী
ইপল মাবু তাংশক্তবী ইহু মাবু মীথাদবী
কোলোই ঐগী মীংলেননি নুজা ঐগী মীংখৈনী।"
"শিঙেল লৈশাৎ তমলিবী শানৌ ইনেমমচা পামুবী
চেংলৌ নংগী নিংথিবী মোগাই থাগুম শকহেনবী
পাখং থমোয় লকাদা মুংশি পামেল থাখিদা
পামেন মপুং ফা হৈরাং চুম্না পাননবা
শাবী শানৌ ওই পুন্সি লৈপুন শেমশি
চীঙু খোয়ুম পন্দুনা রাশক পরৈ থমনশি।"
নোংপোক মালং হুমোইবা চীঙু কায়নৌ চাংশেম্বা
তম্বা মশানৌ মনেমমচাবু ফৈরা তানদা খোং

মুংশি য়াবা খোনক্ষমনা মুরা ওইবী পাওমেননা
শেলোই চীংয়ায় শাৎনলৈ লোইবী চীংমায় ভাম্নালৈ
লংমায় চীঙনুং চাদলৈ শেলোই মুংবী পামজংলৈ
লংমায় লাংসনহাবী ১৫ না শাইনোন থক্তা থেং
শেলোই লৌতাঙৈ লংমায় লৌকুমঙৈ
লংমায় লাংসনহা লোইবী পাখং ১৫ বু
মুংশি পাওথেমলৈ অপাম খোইচাক লৈবু
মুয়া শাইনোন থক্তা পাখং খুৎনা চিনবীরে।
অপাম মুংশি থুংনশি শরি পন্দোম লোম
মুংশি কাদ থুং পুন্সি খোংলোই ওই
চেংজেল মতম লোইবা ফাও লেনমিন্নশি হায়
মশানৌ লৈরাং ওইবীবু পাখং ওইবা থেমলকপা
মুজা থম্মোয় থাঙমদা থোইমু কাদা রাশকপি—
"শাবী থংলেন ইবুংঙো চীঙগী খোইমু ওইবাও
ঙসি কোয়ৌ নোংশিদ পাখং চেংলৌ উরুবা
নিঙোল মিৎক্ষম হোঙমদা ননাও ওইবী থাঙমদে
পাখং ওইবা নকাদা মুজা য়ায়বী থবাইসে
লৈরোং লাইদা কৎকুম পামু কাদা লানজরে
পাখং নাক্তা লৈজগে মুংশি শামায় লৈজরোই।
চীংগোয় লায়জ খুজোকসে য়োইময়ায় য়েংনা কৎ
চীঙু মানা পলেপসন্থ ননাও ওইবী রাশকচরি।"
"পাখং ওইবা ঐহাকসু মুজা নংগী মাংসিদা
থোহু মুংপাক লেপ তীমেন য়াদা চিক্লা
পুন্সি লৈপুন শেম নিঙোল পাখং লৈমিন্নশি
মুংশি নংগীদমক পাখং ওইবা লেপ্চরি
য়েক্লা কোঙ্গায় থেংনবা পাখং শামায় লৈয়োইকো

চীঙ্‌ মানা পল্লেপ্পীসম্নু শরি পন্দোম লোমজরি!"
চীঙগী খোইমু লৈপাম্বা শিঙেল কাদা রাশক্রা
তারা চয়োম থোক নুরা পাথং চামিন্নৈ।
চীংগোয় নরল ঈদা ইরু শান্দেংমীন্না
মুংশি পন্থেংমীন্না কোরৌ চুপ্পা লেলম্না
মুমিৎ চীংয়া থাং তময়া কোরি চেল্লকপা
শাঙায় শাপুম অতু প্যাথং ওইবা মহাক্রা
লাংগোয় শায়াং থাঙ্গৎলা মুজা কাদা পিখিদো।
"ঙসি কোরৌ নোংদৈ লোইদাম অহুম ফাবদা
পাথং শোইদনা লাকনি নুরা নংবু লৌরনি
মতম অতু ফাওবদি নশাবী ঐবু ঙাইরমথো।"
অসুম পুকমেন পাওমেন্না মুংশি ফিগৈ শেংনরম
রাঙম তম্ফা লাইরৈমা তোইবী তংকান্নুবীবু
মরাল য়ায়দা থিলম্না অঙোবা কোরৌ খোংজোম্বা
শেলোই লংমায় চীংদোলতম লাবা খোংদোই হুনখীদো।

( ৩ )

নুরা লাইবকচাউবী কায়না মৈশা লাংহৌরবী
চীংলাইলৈমা লাইরৈমা থুবাক লাইখল তা
লমলান কাইগী খোইরাবা চীঙজাও তম্না পাইখিবা
খোইমু শাখপ রাইখিবা মুজা চীঙনা য়েংহৌই
লাইজ পীরাং হৌ নুরা খাঙমদা লেলহৌই।
মশাবীগী খুদোল শঙায়, তারা চেংজেন লোইননা
পলেম পন্থৌ ওইবসু মবুঙ মৌপরা খিবীকসু
কৈরোই লৈকায় থুন, খুঙ্গা পুম্বা পিজৈদা।
হিয়াংগৈ থা পানবদা নোংম কোয়ৌ মুমিংনি
কংলৈ লৈকোয় মপুরেল খাবা শোকচোম্বা নিংথৌনা

মপারী মদোম শাৎপা তরং থোইনুচা মথংখনবগী
তমপাক লৈমা হাপনবা মদাইরেম অদোন লৌখাম্বব্
হৈরাং পোতম শেম কবোক চাউবোৎ মপৈগা
কাউরেন অনি হোয় নিঙোল ওইবীব্ হায়রয়ে।
তম্বা মৈরেল তোমশাৎপী রাঙম লাইরৈমা পান্থোইবী
নিংথৌ শাপাইবদা থুমগুম্না য়ান্না মপাও শেংলকই—
"নিঙোল এনা লাম্নবা ঈরেনথক্কী থোংদি
তেৎনৌনা থোংখোং ওই নোংলুপানা থোংপাক শেম
মালেম লৈসনা অঙাংবা পান্থৈ ওয়না শাও
মচু থৌব্ পাংলবা নবুঙো তরং খোইনুচাগী
নিঙোল লুহোং খোংদোংবদা হয়াও থোইনা য়াবিগে।"
মুজা লৈরাং ওইবীগী কোলোই মপাও পু
অদোন তন্ন হলক মপু কাদা তম্নরে।
নিঙোল নিংবা থুংনবা খাবা শোকচেন্দ্রাম্বা নিংথৌনা
থিম্ববা অমমুক তৌদনা থোংবু তন্না শাথীদো।
ঙমলোই থন্না হায়রুবা অরাবা কোকথোং পুথরে
হনফদবা য়ারা ওই নিঙোল লেংবা য়াখিদে
খাবা তরং খোইনুচাদা লুহোং খোংদোং য়াখরে।
মপল পন্থৌ লাইরেলনা মমোম লাংলেন পান্থোইবীবু
লুহোং খোংদোং তম খাবা মরান য়াইদা
তোমাল পুংজাও থিন থুনজাও হৌনা থিনখিদো।
খাবা মরাল য়ায় অরাম তমপাক শঙ্গাইন্নুং
ঈমাং কাংথোন ৭ থা ইমিং কাংথোন ৭ থম
চরৈ থাকন খন পশোৎ ফিরাক মুঙ
মুঙায় য়ায়বী মরাং কায় অৱাৎ অপা লৈতা
সিনৌ লশিং তীনগুম মুয়া মাবু নাওয়োকথরে।

( ৪ )

কোরৌ মুমিং হৌখিবা রাংলেন পুংজা চৎখিবা
নোংমা অমাগী মথং নোংমা অমা লাকইদা,
লেপতবী মতমগী ঈচেল লেপ্পুনা অহুম মচেনথৈ,
খাবা মরান য়ায় মুম্বা মানা লেলকপা
লোইদাম থাবুম অহুম মপুং মরৈ ফারক্লে।
মশাবী চীংলেনশোম্বা নিংথৌগা লেপ্পখিবা মতম লাক্লে,
লাইরেল কঙ্গেঙানবী রাংগোন লাইরুরা অতেংবীদি
মপন মাবু তাংশক্তবী মহু মাবু মীথাদবী ওই
মশাবী কোরৌ খোংজোম্বগা মুম্বা লমওক্লগে খন
পনম হেকমায় কা খরাই লালনা থোরক্লে
নোংমা কোরৌ অমদি লৈমা মাবু থোকনবী
অচানবী মনায় লোইনা তুরেল লাংমৈ পুঙ
হিদেন মতা ফবদা ঈরু শানদেং হৌইদো।
তেককা তৈক্কই মথক্তা তেককা লাইজ ঈফুবী
নৌগা নৌবৈ মথক্তা থৌহু চেংজা মুঙনলবী
লাংপন চরোৎ উতিনা শমথোং নান্না শেং
তম্বা শমলক খায় চেংহি ঙাইফা নিক
তুরেল লাইজ পাশাননা ঈরু শানতেংজিঙৈ
মশাবী কায়নৌ চীংসোম্বা মুম্বা ওইবী লমওক্লে।
পাখং মাবু হুল্লান্না খাবা মরান য়াঙ্গোয়রমবা
থম্মোয় শোকপা থৌদোক্তু মুজা করম ওইরম্বা
চাক্লা চাক্লা হায়রম্মী নিঙোল ওইবী মকাদ
"চীঙু খোয়ুম পন রাশক পরৈ চনখিবা
নিঙোল করম কাউথোকপা হোনা বাংমা খোংথাংনি।
শেলোয় লংমায় চীঙ' মুম্বা ওইবী চৎলসি।"

মুংশি য়াবা কয়ানা মুজা মাবু নাওথেমখি।
প'থং মাগী য়াবাডু মুরা হোয়া ঙমদনা
মুংশি মৈচাক পু মবান য়ায়দা হল্লকখি।
মুরা লৈরাং ওইবীগা মশাবী চীংশোম্ব লমওকতে
মুজা থমোয় লকাদ খাঙমদ থাম্বী মৈচ'রা
লমজাও খোম্বা লামৈ ওই মৃৎঙমদনা চাকলপা
কাংথোল য়াইবী পাবল মোন্দুম মোস্তেক য়ায়
অয়ো নাহে তমগুম্না ওম্ন থোয়না খাংববু
মনায় লৈরাং হয়ায়মু শিঙেল থোগল তৌবীনা
মবেমা নিংবা থুংনবা চেৎনা থোরাং বাত্তানা
নোংমা কোয়রৌ নোংনিদা লেমৈ তানবা থোকলুবা
অঙাং নাবা লুরেনবু লৈমুং' খোংতোক্লা
ফুরেল নুংদে লৌ তুঙ্গোল নুংদা হাপলকপা
মশাবী তরং খোইনুচা পাখং মানা উক্লরে।
মশানৌ লৈরাং পাম্ভোইবী নুজা চেংলৌ হেনবীবু
রাখল পাংদি শোইরবী খোয়ুম লংইওক তম্নবী
মীরেন পাবোৎ লোল্লাবীনী খাবা থমমোয় খলখিদো।
করম্বা খোয়ুম ফত্তবৈ শউম ফংনা ঈমাকপ
পাখং থমোয় নুংডুদা তরেৎ তরা খল্লকই।
মশানৌ লৈরাং ওইবী নুজা চেংলৌ হেম্বীদি
নোংমা কোয়রৌ ১না তারা চাদংদনা মথাংই.
কোয়রৌ কয়া অমা তেংথা নাওই লেনথোকই.
নুমীৎ শিংবুম কয়ানা নোকপা কপ্পা য়াও
লাইফাও তম্বী মায়বীগুম তাইবং কারল বাংমদা
চোইরোল ঈতম খোনগা নুরা মদোম লেল্লীদো।
মুজা মতৌ উবদা খাবা থম্মোই চাকখ্রে।

ৱাঙমলোন চনু লাইৱেমা ফুকায়না শাৎপি লৈরাংগুম
খাবা কংলানুংহুদা শিঙেল লৈশাৎ তম্নীবী
নিনমাং নিন্দুং তু থাশি থারোই লৈতা
থাজ মকোয় ফাবা থানিল ওইনা লৈবাবু
ইথং খংঙহৌদ মওং ওইথোক্ত থোদো ওই
নোংলৈ মুংশিৎ নংলবা থাশি অহিং ওইরকপ
তমগী খোইমু অপিখক খাংজেংবদী খাবাদো
লৱায় কোইরেল থক্তা লোইবী মানা ননবগুম
অরা হুইজোং লাংখরে তৌফম খংদা রাখ্রে ।
চাদশিন্না চখোম চাউ য়েংদশিন্না মীৎলাওবীগুম
অরাম তমপাক শংগাইগী তমপাক লৈমা লাইরেমা
তুমদ হৌদোক য়াদগুম খোমলেল প্যানবী মীৎপাংদে ।
খাবগী অমায় শুমতোংলাং অমায় নাকলৌ শিন্নশিং
লৈপাক মায়বা খুরাইভাং নিংথৌ মায়বা চীরায় তাং
অখং অহৈ থিবিক্রা তিন্না চোন্না খন
থিকলেন থাদা কোন খোইমোম মাবু লায়েংবা
থৌহু নুংগী নুংথক্ত লাইজ খিকফেন চ'য়গুমলে
আনা লাইওং খংদ ফবা কৌদ লৈখিদে ।
নুজা মাগী মতৌদো নুরা মাগী থৌওংদো
কোরৌ কয়া হৌখরে লোয়দাম কয়া লানখ্রে ।
মশানৌ ওইবী খনবদা হায়ফম খংদা রারবা
অরা পাবোং লোল্লবা খাবা তরং খোইনুচা
চাগদ মতম চাদ থক্কদ মতম থক্তা
হল্লক মতম হল্লক্তা তুমগদ মতম তুমদ
রাখল ঈফায় চন, তম্বা মদোম কণ্ডাওনৈ
ময়ুম মোংবা মরানয়ায় পাখং ওইবা চংনিংদে ।

অরা কোকথোং থানবা মণ্ডন মণ্ডন খলক্লে
শায়বা তিংখং মরকক্তা খোংথাং কারল থাংহৌরে।
নোংমতা কাংদ লিচৎনি লমহায়রবা য়াংবাগী।
নিঙোল মত্তা মম্মাম্না নুংশি রাহৈ কয়ানা
পাখং মাবু খামজবা অরেম্বা য়ারা তাখরে।
তুংগী রাখল খন্দবা করি থোক্লনি উদবা
কংলা মথং খনবা খাবা তরং খোইনুচা
মুরাগী রাবা উখিদে হায়জবা পুম্বা তাখিদে
নিঙায়দ রাখল লোইনা মদোম মুঙায় লেনথোক্রী।
কোরৌ কয়া হৌখরে থমোয় ঈফায় চল
মুজা তৌফম থংদ রাখল মফাং খল্লকই
মশাবী তরং খোইনুচা লমকেৎপদী খাবদো
লমচং নায়দা খোংথাং পাখং মানা থাংলিবা
নিঙোল ওইবী উরক্লে থমোয় লায়ুম কাইরেদো।
লমফাং চংলবা পাখংগী থাংদোরকপা খোংথাংক্ত
অহিং তাংলৌ থেংলবা নোংয়ায় চবুক লোল্লবা
অহিং চাক্তারুবা চেক্লাগুম মরালয়ায়দা হল্লকই।
লৈরা কোনথৈ অতাম্বী তংকানুবী পুইতিংরাক
খাবা মরাল য়ায়গী তারা চাগে খনখিদে
কাংথোল য়ায়বী পাবল থক শিনৌ লচিং তীনগুম
থমোয় লায়ুম কায় ইনুং শোয়বা লেনখিদো।
মথংলেন মমান মচা খাবা তরং খোইনুচা
মুরা নাক্তা চঙক মুংশি য়ারা খোলজেগা
নুজা মাবু থেমলদা রাহৈ অমা হায়দবা
উদ্রগস্থ শাউনিংবা উরগস্থ খোইশাউবা
কংলা মথং খনবা পাখং খোইমু ওইবদো

মুয়া মাক্তা ফম অহিং মুংখিল চুপ্পদা
মুজা লাইওং খংদ্রস্থ ফমশেন্নানা শংলম্ব'
তম্বা মশক উরক্কে খে'ইমু খোজেল তাদরে।
শি:ঙল তৌফম খংদ ঈরৈম্বংদ ইরাক্রবি।

( ৬ )

শিল্লুবা থোরাং পুম্বা মহৈ য়াল্লে উরক্লে।
তানফম চায়ে খল্লাবোই মতম ওইরে নিংলবোই
পোক্কম কয়া য়াৎ অনৌবা খোংথাং হোংলক্লে
অনা লাইকোকলবী রাখল পম্বিং চুম্বী ওই
মনায় লৈরাং হৈয়ায়নু গ্নরা মাগা লোইনা
নোংমা কোরৌ নোংদি থয়োং চুম্বা লোকচাও ই
চীংগোয় নারল ঈদা পচেং চাজল লে,ং
পয়া চেপশী লোং নুরা খুক্তা পায়
লেমলৈ ঙাবু ঙাতাকউে নোংপোক নিংথৌ লনওক্লে
কোংবা ঙাচৈথেলদা অয়াং ফবী মঙ্গনখাং
ঈনফু ময়রংশোন হংগেন তাইগং লাক
পৌরা লুরুক চন্ন লেমলৈ ঙাবু চোমথেমউে
চীঙ, কায়নৌ চীঙশোম্বা হন্না তোয়না খোংদোইরক
নুরা ওইবী মকাদ মুংশি য়ারানা পাওথেমখি।
নোংমা কোরৌ নোংদি থাংই অঙল লৌদা
রাংগোল লাইরুরা অতেংবী থাবী লেংনাউ মোম্বীনা
থাবী লৌফম লেন্দা লোইমোম ফৌকং লোকউে
অঙৌবা কায়নৌ চীংশোম্বাস্থ নুরা মাবু ঙাইরময়ে
"শানৌ ইচেম মচা পামুবী তুবী চীংলাই লৈমও!
লংমায় লংবা চীঙ শেলোই ঈচিংলেন্দা

নুরা নংগা কামিন্নাসী অঙৌবা ফুঙ্গা লাইরুরেন্দা
পুন্সি খোংলোই তুংইন্না নুঙায় য়াইফা পালুরসি”
চীংশাংখোইরেল হিগুম্বী মুংশি খোইবু থাবদি
মশাংবী হৈনা তুংইনগে নিঙোল পুকচেল ওলক্লে ।
“শাবী থংলেল ইবুংঙো লমলান কায়গী খোইরাবা
পামু নুংশি য়ারাদো ননাও করম হুন্দোক্নী
হয়েং ইনুং ঙাল্লাগা কোরৌ নেমনেম চায়বদা
খাবা মারাল য়ায়’ ননাও ইদোম থোরক্কে
চীংমৈলোংগী তময়াদ পাথং ওইবা ঙাইবিয়ু ।”
য়ারা অতুম পাওমেলন মুজা ওইবী হলক্লে ।
লাইচম লৈমা খেকমোইথানবী মরাল কংলা য়ৌরকপা
কংলৈ লৈকোয় মপু খাবা শোকচ্রোমবা নিংথৌনা
অয়ো নাহে তম কোরৌ নোংমল্লে হায়
মীকপ মীরাওখোলগা কোনুঙ ইনিল নিলমলে ।
মনেম ইবেম্মা য়ায়ফবী মনুতেকঙা লৈমনা
“ইমৌ ইবেম্মা মুংশিবী মুপিজা ওইবী নহাক্না
নরাল কংলা থা খরাই থোঙ্গাল লাল
পনম হেকায় কা ননিং তৌনা চৎথোকপা
চুমদবা লিচৎ অতুনা নকু মানা নোংমনবনি ।”
“মুরা ওইবী মকাদ রাফম অতু ননবীরে ।
য়াবা অতু তারগা মুমা পুক্নিং খোইশাওই
চীংনবা কয়া পোকখিবা অশেংবা থংগে নিঙ
তরেং খোংফাং য়োৎনা নাকলু পুকচেপ থিল্লুবা
অয়ো খোল্লাও লাউ শোকচ্রোম্বা থংনা চোংখৎল্লী ।
মুজা মরাল পিনবা শরৌ থৌদৌ মতাদ
য়ায়পী মপুং হৌ পুক্নিং অশাউ মৈহৌনা
ইনুং কোরৌ চুপ্পা মুরা ওইবী লেনখিদ ।

( ৭ )

কাকী লাম্বাও চেলক্লে ইনুং কোরৌ ঙালক্লে
অয়ুক মতম হৌথয়ে নুংখিল কোয়ৌ চায়রক্লে
হায়নখিবা মতমদু লেপ্পাখিবা পুংফমদু
নুরা নাকোং য়ৈরয়ে মতম ওইয়ে হায়রক্লে।
অরোনবা মাইকৈ য়েং নোংচুপ মৈয়া পোনচেলবী
খাবা মরাল হুল্লালম নাকা ঈয়োং লাল
কৌবা চীংমৈলোং নমলেন্দা নুরা য়াংনা খোংদোইখিবা
মশাবী কায়নৌ চীংশোম্বা অঙৌবা খোংজোম্বা ওরুরে।
নুরা পাখং অনিদো নুংশি খুজেং পালোইনা
লোইবী চীংথাং লাল বাইরা খোংদোই হুনমিন্নখি।
বাংগোল লাইরুবা অতেংবী নোংপোক মৈরা পোনজেম্বী
মশাবী কায়নৌ চীংশোম্বা চীঙু নোংপোক নিংথৌগা।
থয়োং চুম্বা লোকচাউ ঈবু. খোয়ুম নমদা হুন
ঙাংখম লৈরুম তাওবী, অখোং লৈরুম ফুইবীচীং
য়ুচেঙনা নিকব্রা নিক্কবা য়ুহান হাগব্র হাদচীঙ
চোয়নৌনা হুইরেন ওই তেৎনৌ য়োৎপী হুইথাচীঙ
নুঙবী য়াসৌ নেৎ খুয়া থৌবী মরাক চাম
শাপায় লেংপাইননা শেলোই চীঙদোন কারক্লা
শেলোই চীংরাং থক্লা লংমায় নোংরাং তোন্দা
নোংথৌ য়ুমফমলেন সনা কারল য়ায়
অঙৌবা য়ুমলেনয়ায় কোরৌ লিশিং থোক্কুম
লংমায় ফুঙ্গা লাইরুরেন্দ ঙান্দুম ঙালনা পানখরে।

( ৮ )

খাবা মরাল য়ায় য়াংবা মশাইকোনসু
লৈমরেল অবাং পানম্থোইবীনা লোন্না পবচোংখীব থং

কদাই কয়ম লিংখিবা করি লমদা য়ৌথিবা
অউপ্পা উনা লোং অয়োংবা উনা উপ
কোয়ৌ তয়েংনি চুপ কোয়না থিবা ফংখিদে।
নুরা মনাই অচালবী হয়ায়নু চনু কৌশল্লা
মমান খাবা শোকচোমপানা য়ারা তক্না হংলকপা
কোয়ৌ নোংতং লেংবী মালেম লৈরী পাইবী
ৱাংগোল লাইরুয়া অতেংবী ৱাঙম লাইরৈমা পাম্থোইবীদি
লংমায় চীংশাং মপুয়েল অঙৌবা কোয়ৌ খোংজোম্বাগী
চয়ৈ ফিজি পায় লংমায় চীংজাও কাথরে
য়াবা ফিগৈশেংনা লৈপাক মাংদা পাঙখুমখি।
অহল মতম ওইরবা হনু মালৈ কারবা
কংলৈ লৈপাক মাবা খাবা শোকচোম্বা নিংথৌদো
থমোয় লায়ুম কাইখয়ে কংলা তাংবল থক্তে
মদোম তরক ৱান্থরক কোয়ৌ নোংদা কাথয়ে।
মপারি তরং খোইনুচা খাবা মথং থনবদো
ইকায় নুংশি য়ান্নানা মরুলৈদা লুক্তনা
থমোয় লায়ুম কায়, লাকচৈ হায়না থন
কংলা ফমদৌ অঙম্বা কোয়না তিনবা মাংতুদা
অশাও মৈরি কা পাখঙ মদোম খাংলি
"নুরা ইনেমমচা পামুবী করি থৌদৌ কৌবগে
পাখং ঐবু নুংশিদ নিঙোল পুক্নিং খোইদাদে
নুরা পুক্নিং নিংলসু কংলৈ কংলা নুংশিদ
খাবা ইরাল য়ায় মৌগী শিংদা চন
অরাম তমপাক শঙ্গাইদা নিঙোল ওইবী লৈবনি!
নশাবী ঐবু হুল্লালা নরাল য়ায়দা হনখিবা
পলেম পুম্থৌ নাক্তুদা কোয়ৌ নোংমা লেল্লমলা

মুরা নংনা পামজবা তম্বা মাগী তুংইম্না
পাখং মরাল য়ায়দা মুজা খোংদোই হুনখিবা
থম্মোয় নুংদা মুঙাইতা ঐগী শাউকম থোক্কেদা
মহু মতৌ থোক্তনা খাব শলাই কাংলুপপু
তুমিং কুম্না উ য়ুম্নলগুম্না থন
থাবা ঐগী ইরানয়াইদৈ তম্বা মাগা খোংদোইখিবা
ইথুক্তগী য়ায় মুনখিবা ! তুমিন ইদোম লৈহৌবা
অয়ম্বা মীনী হায়খিদৌবা অহুক তমথিবা মিংচৎতো !
পাখং করম লৈবা, ঙমগনি কংলৈপাক্তা !
থাবা শলাইপুম্ববু মিংচৎথিবা কোমদা লংথরম্বকো"
অমুম মণ্ডল মণ্ডল খল্লুরা লানগী শেম শাখরে
শেলোই লংমায় চৌঙদা হুয়েন লান্দানবা শিনখরে ।

( ৯ )

চিংলাই লৈমা পাম্বোইবী খাবাগ লান থেংনবা
লেংবা য়াদবা থৌদোক্নী থমোয়মুংদা থন
হুয়েন লানগীদমক শেম শাবা হৌখিদো ।
থুয়োল ফুইতিং লৌবী খাবী লেংনাউ মোম্বীনা
মহৌ ফায়বোকচীঙ লোইবী নোইতম চীংদা
লাইনিংথৌ মাপল মক লাইরেম্মা তরেং মক
মপল লাইরেল য়ুকৌএ তারা চাকপু খাংববু ।
মুরা মাগী খোংথাংহু লালী হায়না লৌ
মুজা মাগী মীচংদা লৈয়ু হায়বা য়াখিদে ।
তারা চাকসু চাকমাংএ য়ুকৌবসু য়ুমাংএ ।
ইঙা কুমদম হৌখি ইঙেল কুমথায় লানখি
লাংবন থাবুঙ তুংওইনা মেরা হারেং চঙকলে

মুঙাইতা রাখল মপৈনা অনাবা পোৎলুম ওইহৌরে।
চীঙ্ থাঙজীং কোয়েললাই সনা কোঙ্গোয় য়ায় ওইবা
মুংবী শিদবা খুদানবা মুংনাং নাদবা খুনেৎনবা
খোইমোম লাইরৈমা পান্থোইবীবু অমুকহন্না য়ুকৌহল্লে।
খোইয়ুম লাই পুন্নম খোইমোম লাইরৈমা মখৈ
লোইবী লোইতম চীঙ মহৌ চীঙদা থুংলয়ে।
"অঙৌবা য়ুমলেন লৈমা লৈময়েল নোংপোক পান্থোইবীনা
হন্দক্কী থৌদোক রাথোক' ময়েক লানা চুম্বনি।
মুরা লৈরাং ওইবীনা মরান য়ায়দা লৈরিঙৈ
থাবা মঙোন্দা পিত্রীঙৈ য়াংবা কাদা থীম্ব্রিঙৈ
চীঙ্ কায়নৌ চীংশোম্বানা শঙাই শাপুম অমা
নিঙোল কাদা লাং মপল লাইরেন তাওরোইনাই
পলেম মমা লৈরেনহম্বী মবুং ৭ মকপুম্ব
তরা লুকোয় শেম পেন্না চিন্দং হনখিবনে।
শঙায় মপুম অতুনা হায়জ পোৎপু ওই
মুরা লৈরাং ওইবীবু অঙৌবা কোরৌ খোংজোম্বাগী
শুমাং হাননা উরোং খিন য়ুমচিল কাকফৈ থাখিবনি।
মমোম লাংলেল ইবেম্মা তুবী চীংলাই লৈমনা
চীঙ্ চীংশোম্বাদা লৈবদি খোয়ুমগী রায়েল পীবনি।"
হৌখিবা রারি পুম্বাদো লায়াম পুম্বগী মাংহৃদা
মরিক চুন্না লি চীঙ্ থাংজীংনা খংহনখি।
খোয়ুম রারি তারগা অহল লমল পুম্বাদো
নিঙোলনা চুমই লেপ লায়াম লোইনা লুকথেক্লে
তোইবী তংকান্নুবী কোরৌ নোংতংলেংবীনা
অহল মুপী পুম্বস্থ পাকনা তায়না লাইক্নোকলে।
খোয়ুম লাইয়াম পুম্বদো লৈময়েল পান্থোইবী নাক
পুকচেন শেংনা লেপ মীচং ওইনা য়াওখিদো।

কংলৈ লৈকোয়মপু তরং খোইনুচা অথৌবা
খোংমী লাম্মী খোমগৎ শেম শেবা লোই
খাবাগী তেঙ্গোল অচৌবা লাইজা ঈরেল পুংগুমবা
নোংপোক চীংশাং তম নাকোয়ননা লানকারকপা
লোইবী লোইতম চীঙ' ইরিল তুরেলগা লোয়বা
চীংখৈ লৈকোয় লমপাক থেলোন লমজাউ য়োৗরক্লে।
লোইবী চীঙ' তমথরকপা তময়ান মতা ফবদা
নোংচুপ মাইকৈ ওন খাবগী লানবল শাগ্রে ।
চীঙ্ নোংপোকনিংথৌ কায়নৌ চীংশোম্বগী তেঙ্গোলসু
চীঙ্ চীঙখোং পোইরৈতোন খুনুং য়োইচাখা অম্বিবনা
লানজিং পুয়েল ওই হুয়েল লানবু লানকারক্লে।
তুয়েল নোংপোক থংবা লমলেন অচৌবদা,
হাওরৈ মোংপোক ওন্না তেঙ্গোল লানবল শারেদো।
তেঙ্গোল অনি মায়োক্লা লানগী থৌরাং তৌখরে ।
চীঙ্ নোংথৌ সোরারেল অরাং পাখং য়োইরেনবা
তেঙ্গোল অনিগী মাং ঙান্দুম ঙান্না ফাউরক্লে !
"খোয়ুম কায়নৌ চীংশোম্বা ! খাব তরং খোইনুচা !
পাম্বা কৈজংলাংগুম্বা তম্বা ফাউনরোই অনিনা
হুইয়েন লানম্থেংনগে রাইরা শাথেংনগে
শারাও লাল্লাউ খোলগা মায়োক্লানা লেপলিবা
লমলেন লমজাউ অথোয়বা থোয়না শেংবা লমপাকসে
লায়না পানবা লৈবাক লাইরৈবাক্কী নিংথিবা
লাইগী নিংথৌ লায়নিংথৌ সোরারেন কৌবা ঐহাক্না
খোয়ুম লায়াম খিবিকপু রায়েল থৌদা তমলিবা
লাইরৈবাকী মনুং ওইবা লমলেননিদা অথোয়বা।
অকম্বা অনিগী থৌরাংসে তোক্লো হল্লো হায়ররোই !

লায়গী বায়েল য়েংলসী অচুম্বানা মায় পাকসনু !
লানগী পরিং পাথাপতী ঐনা বায়েল পিরগে
মুমীৎ কোয়ৌহনবানা নোংপোক চীংদোল হুনবদৈ
অঙান মতম লোই নারেং চীঙদৈ কুমখিবা
বাংলেন পুংজা ফাউ হুয়েন লালবু মশোকনৌ
অহিং মতম ওইরদি লাল শোক অত্থু লেপউকো !"
খোয়ুম ঐনা পিরিবা বায়েল অসে কায়ফদে
পাথাপ অসে হোংফদে চেৎনা কায়দা ঙাকউকো !"
অসুম য়াবা লাওরম্মা চীঙু সোরারেল হনখিদা !

( ১১ )

খাবাগী তেঙ্গোল অচৌবা য়াংবগী লাম্মী মপৈগী
লানজিং পুরেল ওইবদি খমচিলকোন হায়হৈবানী ।
অশাও মৈরি হৌরবা থাবগী লাম্মী তেঙ্গোলদু
পুংফম তাংফম য়েংদা অফা-ফত্তা য়েংদা
মেন্না হারেং থাগী কুনগা মরি পানবা
কোয়ৌ লৈপাকপোকপা, মুমিৎ লুতোন কাবদা
থাংলেন হায়কুপ চেন তীমেল তানৌয় চোং
শারাও লালাও খোলগা হুয়েন লানজংলক্লে ।
অঙৌবা কোয়ৌ খোংজোম্বাগী লাম্মী তেঙ্গোল-সু
অথৌবা তীমেল খুৎশুনা থাংলেন হায়কুপ চেন
লানশোক মায়োক য়া থাবা তেঙ্গোলগা থেংনখি ।
কোয়ৌ কুন চুপপা অহিং লেপতা মুংথিল পোত্থাদ
হনবা কৌবা লৈতা অকিবা ফংনা শোক্লরি ।
মাইকৈ অনি মক্কী লাম্মী মপৈ মপৈ
য়ায়বী থাবায় কেম লানফম য়ায়দা তুম্বিদো ।
কনাগী মখোং ককই কনাগী মকোক ককই

কয়া অমাগী মথুং কয়া অমগী মফে ককই !
চৈনাখোল থাংবাগী মীকপ মীরাওখোল'
অরা তেংথা খোনজেলনা কংলৈ শিন্না নিনথরে।
তেঙ্গোল অনিমক, পাক্কক্লা য়ায়বী কেমগ্রে ।
থাবগী তেঙ্গোল অচৌবা মশিং থিঙমদনা য়াম্বাদো
ভপনা তপনা তুমলক্লে উনা উনা তাকশিলক্লে ।
তারানি চনবা হুমিৎ য়োইময়ায় লাইয়েল তাঙ্গৈদনবনা
কোরৌ মতোন লোমলকপা য়াক্লা শাবা মতমদা
থাবা তরং থোইনুচা তেঙ্গোল শক্তম উরুবা
অরা কোকথোং পুখরে থমোয় লায়ুম কাইরে ।
লাংগোয় কারুতোং মরান কংলা য়ৌরক্লা
মশানৌ লৈমা অতোম্বী লৈচিক নিংথৌ চহুনে
মপারী নরা অপিখক্কা শংগায় হুংদা চঙক্লা
মমা ইবেম্মা মনুতেকঙা কংলৈ লৈমদা হায়জরি
"পলেম ইমা নুংশিবী কংলৈ লৈকোয় লৈমা-ও
নচা নোংদম থিবনা নখুম্না থাদা পুনেমজরি।
পলেমগী মাংদ লেপলিবী লৈচিক চনু ওইবী সে
থাবা ঐগী তালোইনি কোলোই মাগী মীংলেনদী
লৈচিক নিংথৌ চনু নুজা পিদোন্নু কৌইদা
মথা থাদা পমলিবা অঙাং নরা অপিশক
চহি কুমজা ফাদ্রিসি নপারি ঐগী ঈনি ।
পলেম ওইবী নকাদা নচা ঐনা শিন্নজরী ।"

( ১২ )

অহল মতম ওইরবী লৈমা মনুতেকঙাহু
থিঙেল লাইজ ঈনমথাইগুম পিগী ঈরা শিন্থরী
অঙাং নাবা অপিশক মমৌ খুৎতগী লৌর
তনিক তনিকপা খোহ্লোক্লা ভপা পাউথুম পিরকই
"থাবগী ফুঙ্গা মুৎতনবা ঈরম শালাই শমথহোদোবা

ইশু লাইবক থিবাশে ঐগী থাদা কোলহৌগে !
ইমৌ ইবেম্মা পিদোন্নু নপুরোইবগী তুং ইনখো ।
নংবু লৌশিন হৌবসে ঐগী ঈতিক ওইদরে !"
লৈচিক নিংথৌ চনুনা মনেমকাদা নোনজখি
"ইনেম ইবেম্মা নুংশিবী পোইরৈ লমগী লৈমা-ও
নমৌ ঐনা লানখিবা মতু পুম্বা ঙাকপীয়ু ।
ইনেম থৌগল তৌ কংলা নুংদা লৈজগে !"
লৈমা মনুতেকঙানা নুরা মাবু য়েং
অবা নুংশি খোম্থোক্লা য়ারা মপাও খুমলকই
"মতুগী মতম হেনখ্রে ইমৌ ওইবী নুংশিবী
খাবা শালাই' নুমীৎ মালেম লৈদা লৈথখ্রে !
মশেক মঙাল লোইননা কোরৌ নুমিৎ তাখ্রে !
নোংচুপ নারেং চীংদৈ কোরৌ অমুক ঙালক্লরোই
য়োয়ময়াই কোরৌহনব নোংচুপতৈ নোংপোক থোকপা
কৈদৌ হুংদ ওইথোক্লোই মতম' ইরোন্নুং লুপখ্রনি ।
কংলা সানা কোনুঙসে খাম্বী মৈ চাক্লনি !
তাঙ্গোয় ওন্না তুমদৌবা পুংফম অতুদা ঙাইরেকো ।
সনজীঙ চীঙশাং পারেংনা কোইরেল থক্তা ননথরক্লে
নুপিজা ওইবী নহাকপু ঐনা করম কনবা ঙমগনি !"
মনেমগী খুইয়বা চীম্বালদৈ অরাবা খোনজেল তাবগা
নুরা মাগী মায়থোংতু কেক্রুগুম্না মকশিনথি ।
মপারি নরা নুংশিবা মতমপাক্তা পমলা
খোমলাং থন্না ইল্লম্না মশাবী কাদা হায়জরকই
"শাবী থংলেন ইবুঙো ননাও লাইবক থিবিস্থ
থাংলেন খুংশু পায় থংলেন নংগী তুংইনজগে
খাবা তেঙ্গোল মাংদ থা হুয়েন লালবু লানশোক্লগে

কংলৈ চনু ওইবীনি অকি তুজং পোকচরোই
থংলেন নংগী মাংদা থা য়ায়বী পোন্থা ওইজগে ।”
মশানৌ নোংদমথিবী’ য়াবা মপাও তারগা
মায়থোং খেগুম লাংলবা চীম্বাল শানা কংলবা
তম্বা ওইবা পাথংদো নুজা মাবু য়েংলম্ম
মপারি নবা নুংশিবা মমাগী মতমবাক্তে লৌখৎলে
অতিয়া থক্তা থাঙ্গৎ লাইবক খেল্লাই চুপলম্মী
মথানুংদা অমুক হন্না চেৎনা চান্না কোলমল্লা
মমাইবেম্মা মনুতেকঙাগী মতমবাক্তা থমলম
মশানৌ পিদোম্নুবু কারু শায়াং থাঙ্গাৎ
লানগী লানফম য়ৌনবা লাঙ্গোয় খুরুপ থৌখিদো ।

( ১৩ )

কুন্নী চম্বা য়ৌদৌবা নিনি মাংদা লৈরিডৈ
লানফী ফিরেন্না চরৈ ফিজেৎ লৈতেংলবী
লৈচিক নিংথৌচনু লৈমা পিদোন্নু শাফবী
লিরুং তেন্দোং পো থাংলেন খুত্তা পায়
মশাবী নাক্তা লাক লানগী য়াথং নিরক্লে ।
শাবী থংলেন ইবুঙো ননাও লাইবক চাওবীসু
হুয়েন লানজং তম য়েক্না তেঙ্গোল চৈথায়গে
থংলেন য়াথং নিজরি পামু য়াথং থাবিরো”
খাবা তরং খোয়মুচা মশানৌ লৈরাং ওইবীবু
পাথং চীংনা য়েং য়াম্না মপাও থারকই
“শানৌ ইনেমচা পামুবী শিঙেল নৌনা থোৎচবী
মুয়া ওইবী নহাক্না য়েক্না তেঙ্গোল মরক্তা
কপ্পম্না লানজং তম হুয়েন লানশোক্লানি !
লৈমা পুক্লিং তপথখো ! লানশং নুংদা হনজীল্লু !”
“রাহৈ অহু ভাকপিবা মতম অহু থেংখরে

ইপন পম্ভৌ নিংথৌনা য়েক্লা মায়োক ঙম্নবা
মমোম লাংলেন ওইবীবু খুৎলাই পুম্বা তমবিখি
নিংথৌগী মচা ওইবীনি য়েক্লা কনাবু কিদেদা
নশানৌ লৈরাং ওইবীসু য়েক্লা তেঙ্গোল থেংনবা
ঙমফম থোকই ঐহাকসু পম্মৌনা পোকপী মমোমনি !"
"অদু ফনা ওইরাসু নিঙোল ওইবী সুজানী !
অশাউ মৈরী কাবদো অমুক হন্না থম্বখো !
লানশং নুংদা চং মুরা ওইবী পোথারু !"
"অদু মতম হেনখরে তাকপিরিবদো ওন্নরে !
শাবী ইবুঙো নহাক্লা য়েক্লা খুত্তা তুখিবা
খাঙমদ অরা থৌদোক্তু থোকপা মতম লাকপদা
ননাও ওইবী সুজাবু কনাগী খুত্তা শিন্নারমনি !
য়েক্লা খুত্তা তা মীনায় শিংদা চন
পিরাং থক্তা ঈরোয়না করম্না পুন্সি লেনহৌবা !
পুক্লিং তীল্লাং থয়োৎনা রাখল অদু খনবিয়ু
মদু শোইদা থোক্লনী লেংফদ্রব থৌদোক্লী !
ননাও লৈরাং ওইবীনা মদু করম খাংগনি !
খাঙমদা মৈচাক অদু চাক্লা থেংনা মহুতা
লানফম মুংদা চোংশিন য়েক্লা মাইয়োং য়া
ঙম্বা মতাং থোক্লা লালঙম ফিরাল থেৎপা
ঙমদা মতাং থোক থংলেন নমাং থা
য়েক্লা খুত্তা তুবা ঐগী লাইবক ফবনি !
মতাং অসি য়ৌরকাও পোইরৈ চনু অমনা
কিদুনা করি চেনগনি করি নিংহন্নানি অয়ম্বাগুম !
কোম্না চক্তা হৌরকদবা নমু তাইবং মীওইনা
নুমিৎ থানা লৈরিঙৈ লেপ্পা লৈতা ঙাংনহৌদৌবা

অথিবা মীংচৎকী পামেল করম্না থারম্নী মালেমদ !
ইথৌদাং পাইগদবা মতম চপ চারে হৌজিক্তী !
খিন্থবা অমুক ত্তৌবিরন্নু থংলেন য়াথং পিবিরো !"
থমোয় শোকপা খোল নুরা য়াবা তারগা
মুক্তা মাইথোং লকাদ পাখং চাক্লা য়েংলকই
খান্থী মৈশা য়ৈবদা থমোয় লায়ুম শোক্লবা
থাবা শালাই পিবা তরং থোইনুচা অথৌবা
মশানৌ লৈরাং ওইবীগী থৌরাং অদু থিংখিদরে।
লানফম লানশং নুংদৈ খিন্থবা অমুক ত্তৌদনা
লৈমা পিদোন্নু শাফবী লৈচিক নিংথৌ চন্থ
শাপোৎ লানপোৎ শেৎলবী পান্থা কৈজেং লাংগুম্বীদো
শগোল শয়াং তোং হুয়েন লানমাং থা
য়েক্লা ত্তেঙ্গোল তম্না নিঙোল ওইবী ফুজিনখি।
য়েনদেম থরাক শোইগুম য়েক্লা তেঙ্গোল ককথরি।
লৈমাগী থৌনা উবদা তেঙ্গোল পুম্বা ঙকখরে।

( ১৪ )

রাইরা শাগী শারৈমা হুয়েন লানগী লানলৈমা
তম্বা মৈরেল ত্তোমশাৎপী রাঙম কৈরেল ত্তোংবী
ত্তোইবী তংকান্নুবী লৈমরেন পান্থোইবীনা
কুমশিং তায়া তরুক্কী মুরা চুম্না ত্তোংগানবী
শিঙেল লৈহাও লৈরেনগুম মুক্তা কুচু লময়োবী
চেংলৌ শক্তী শকহেনবী চাউদম শাংদম্বী লৈরাং
অম্মুক থৌনা লৈরিবী লৈমা অসি কনানো
নুরা মানা য়েংলকপা মীশক অদু খঙকলে !
অশাও মৈরাহৌ চীন্থাল থক খা চীক
খুৎশু থাংলেন শৎ পান্থা কৈরেল ত্তোং
থুনা য়াংনা থৌজিল্লক লৈমা মাংদা লেপ্লরে

খোইমোম ঐগী ইকাদ লৌরং শিংখোং ওইখিবী
ইকায় থংদবী নহাকপু ঙাইরিবা মতম.কুইরবনি !
ঙসিদি থেংনরে লানফমদা খাংঙু চেনগনু ইমাংদৈ !
নহাকী লুরেন কল্লা অপেনবা ওইরগে থম্মোয়দে !"
"ইচেম ইবেম্মা য়ায়ফবী লৈমরেন অরাং পাম্মোইবী !
নহাক্কী নকাদা য়েংপা মতিক চাদবী ঐহাক্কী !
কনাগী মফমদা ঐহাক্কা য়েংখিবা লৈত্রি ঙসিস্তু !
বাঙম লাইরৈমা নহাকপু মাহাকী ওইজবা ফংবদা
কোরৌ খুংনা ফংগুন হরাউজব মহাকনী
য়াইফ থোইবী পাম্মোইবী ইচেম লাইরৈমা নহাকনা
চিঙু কায়নৌ চীংশোম্বগী হৈনা তুংইনগে থলক
কল্লবা ইচেমগী থম্মোয়না, কাউথোকপিরবা মহাকপু !
থেংনজরুই নোংদমখোম্না লৌখৎচৈ হৈরাংগুম ননাও না।
মুংশি হৈতবগা লোইনা, ইচেমনা লংথোকপিরবপা
পমোয় শোল্লাবী ঐহাকনা পাখং মাবু থুনগং
ইচেম নহাক্কীদমক্তা চাকনা কঙাওনরবা মহাকপু
মতমগী খোংলৈ তুংইন্না ঐনা ফনবা লাইয়েংজৈ !
কায়রবা চযূদৈ কেল্লবা, চেগাই মচেৎনি থল্লা
ইচেমনংনা লংথোকপিবা, লাইরৈমা নহাকনা হুন্দোকপিবা'
য়ায়নি থল্লা থুনগংচ তাবু নুংদা থমজববু
ঐনা নকাদ য়েংলবনি তায়ফন থোক্তে অশেংবদি
ঐবু উরগা শাউবা ! চুনদব বাখলনি ইচেমগী।"
"নমাম্না নপোৎ ফারবী ! নাবা হৈহু তানিংদ !
ঙসি কোয়ৌ নোং, নংগী য়াববী লৌরগে !,,
অকনবা লানগী খোল্লাও, নোংশাগুম্ন লাউরমলা
অকি তুজুং লৈতনা থুংশু থাংলেন পায়

অকিবা ফংনা শোকনাখি ! হন্নাবা লৈতনা য়ান্নখি
থাংগী ময়াদৈ পাইথোকপা থাম্বী মৈরী মপোনা
মৈবুল হায়জাও পাইবগুম, লানফম অহু থনখরে ॥
লৈথরকপা কোয়োনা নোংচুপ চিংয়া থাউকপা
তুবী চীংলাই লৈমগী থাংলেন মথুৎস্নুনা হায়বদি
ঙাকপা থিংবা নংহৌদে, লৈমাগী লাইবক্তা য়ানখরে ।
লৈচিক নিংথৌচন্নু, পিদোন্নু লৈমা শাকবী
শগোল শায়াং থক্তে মালেম লৈদা তারক্লে !
অঙৌবা য়ুমলেন লৈমা তোইবী তংকানুবীনা
পাম্বা থক্তগী চোংথরা থুনা য়াংনা চেন্নশিল
থুদাং পরৈ লাকনা শম্নাং তোলগা পাই
"লমকেৎপীদি লমহায়বী মীগী কাদা য়েং !
শমবুন খুরৌ চেন, থাম্বী মৈনা চুবদি !
নংগী শরৌ লাংতুগী চকমোম মৈনা হৌবদৈ
খাবাগী কম্বাল মৈচাক্লে লমজাও খোম্বা লামৈগুম !
খাবা শালাই তুমথ্রনি অমুক য়েন্নিং হুলকলোই"
অথাক অরাও খোল্লাওগা হুয়েন লাল্লাও লাউহুনা
থাংলেন মথুং শুনা লৈমাগী লালু চোমায় ককখিদ !
মথুংন লুরেন পু খাবাগী লানশং চঙক্লা
"ইথংলেন নংনা পামজবা নুরা ওইবী মহাক্তো
ইথুং মক্তা পুরক্লাবনি থমজিঞ্জনবা লৌজংগী !"
য়াবা অসুম খোল্লাওগা খোইমুচাগী মাংহুদা
ঈখেংতৈবা লুরেন অহু শাউনা লাক্লা লংশিং মা
নুরা শামায় লৈ খোইমোম রাইরা হুনখিদে !

( ১৫ )

থমোয় লায়ুম কায়রবা খাবা পাখং অথোবা
মশানৌ লৈরাং ওইবীগী লুরেন অহু উরা

চীংনা চীংনা য়েং তৎতনা পিরাং শিন্থারী
তনৌ তনৌ তথোৎপী মায়থোং থাগুম নিংথিবী
পিদোনস্থ কৌবী লৈরাংগী লুয়েন অতু পাইখৎল
থম্মোয় চাকপা রাহৈনা পাথং ওইবা তেংথারকই
"ইশানৌ লৈরাং মুংশিবী মুজা নংবু নোংদমথিবী !
মুরা লুয়েন য়েং খাবা করম খাংগনি !
অরা মৈশা য়ৈবদা থমোয় লায়য়ুম কায়রেদা !
মুজা চেংলৌ উরগা অরা কোঙ্গায় কাউরম্বা
'শমু হকচাং নরুমদা উরুম লাংবা পামেলগুম,
রাখল মৈচাক কাউ পুন্সি অসি পোথারম্বা
ঙসি করি ওইরে ! থমোয় অসি কায়রেদো !
নুরা য়ায়বী থরায় চৎলমথিনুকো ঙাইরমখো
হৈনা তুংইন তমদোবা নশাবী ওইবা ঐহাক্লী।
নুরা খুজেং পালোইনা চৎমিন্নাশি মুংশিবী !
ঐগী শমু হকচাংনা লোইবী চীংমায় থক
শয়ি পামেল ওই তালা চাউথোই হৌরুগে
পামেল থেমজা থক লৈরাং ওইনা হৌরোকো !
মুনা চোয়না তারিবী নুরা শমলাং নিংথিবী
লৈরাং মরা ওই পামেল কোন্না য়েৎলুকো !
শিঙেল মাগী কুচুস্থ মুজা ওইবী নহাকী
ফুদোকলবী সনাগুম লৈহাউ লৈরেন ঙমজবী
অয়ুক কোরৌ মঙালগুম লৈরাং লৈচু হেনশমু
শিঙেল মউ তাবদি লংথোক লৈমা লংচাক ওই
লৈরাং লৈনা তাবনা কোংয়াং মনা মানজবী
শিঙেল নওং য়েংবদি নুজা খুৎনা শেমজবী
মুরা শাইনোন থক্তা তময়া কোরি চেনবদা

পাখং খুৎনা থেংখিবী শিঙেল নাচোম মাখৈলৈ !
চুম্না বেনা নিংথিবী ঙুজা শমু হকচাংনী !
লৈরাং লৈশাং তম্বা চরোং চুম্না শাংশমু
লোঙনা চুম্না পাম্বা লোংচুমপানদি শিঙেলও !
সনা কুচু লময়েংবী মেংনা থোংপী চন্নি !
"মেংসনা লৈচু শকহেনবী মেংনা শাৎপী লৈরাং ও
মেংলৈ লৈসনা লোংচুমপান শিঙেল শারা নুংশিবী
কোলোই নংগী নিংথিবী থোলমলগে ঙসিদী !
শজিবু কুমহৌলান ইঙা কুমদম হেন
ইঙেল কুমখায় চংবা পামেল নাপুং ফাবদা
শিঙেল খুমু হুন লৈরাং লৈশাং তম্মকো !
লৈরাং নংবু হেক নমু তাইবং মীওইনা
মপু খাদা কংপদ লৈরাং পেনবা ওইয়ুকো !
মপু মাগী থৌজালনা নিংবা কয় থুংসখু !"
অহিং তাংলো থেংলক্লে নোংয়ায় চবুক লোলক্লে
মনায় মশন কে শল্লে নুরা লৈরাং ওইবীবু
চোয়নৌ সনা নিংথিবীনা লুরেন অদু লৈতেংলে
য়েক্লা খুত্তা, তাদনবা লৈরোন চেংন চন্নবা
চিংদোন অনিলোন্নবা চাওচেপ কারক' ফুমহনখি ।
লৈমাগী কোলোই লোনা লোয়বা চীও অসিগী
কোলোই মামং অদু ' পিদোন্নু চীও ' হায়না থেলমলে ।

( ১৬ )

পোম্বা হেম্বা মুবা, থিংবায় নিংথৌ পাওহনচেক
চেকলা শিংজা মুবী ক্বাকী ঙানপাও, চেলক্লে,
চেক্লা চাদি অপিথক পোম্বী চরায় নিংথিবী
মোংশোং ফৈরা তোং চেকলা তেত্ থোংলক্লে
থবং পাইবং হৌরক্লে য়ায়স্বী করোং চোংলক্লে

রাইরং সনা চীংদোনপোক চীংলেন রাংব থক্কুদা
নোংপোক ভৌরিং লৈমচা রাংলেন চারং খোইবুংশেন
লাংগোয় থুরূপ থা কোমথৌ ফুরামুংদৈ
থবী লেং লেং চৎলক্লে কোয়ৌ লেং লেং কারক্লে !
মুমীৎ সনা পুরুমলেন কায়রৈ য়েনদি য়েনঙৌবা
কাশা পাউতাক য়েনঙাংবা লোইমোম ফোগৌ য়েনমুবা
মচেং কায়রৈ ময়েনজা তৌবোম মানবা ঈরাৎয়েন
কাইরৈ চীংশোংকাবী; চকলৈ সনা কোয়তুয়েন
মরিংগী য়েবদি কাইরৈচা কায়রৈ য়েনকোল মুং
লোকলৌ শদোনয়ৈ শাগল তুফাং ফু
ঙকশম তোংদমতিং ঈমুং ঙাল্লে খোংলক্লে
থবী শেনগোইরেন অপানবা নোংদোল লৈনা হুলক্লে
পাৎয়ায় কোনশাং থুংলোয়া তমলোন ঙাকক্লে।
অহিং মতম হৌখরে অঙান ফিগৈ শেংলক্লে
মাইকৈ অনিগী তেঙ্গোল লানগী শেমশাখরে।
পোইরৈ অথৌ লিচাহেপ্পা থয়াঙ কোনদায় লোনবা
কাউনা য়েনবা খোংগম্ব মচেং কোইতু নিক্তবা
পাম্বা কৈশাক্লববা কৈরেল তেংথানববা
কংলৈ ফমদৌ মঙাইরোই পজেং কোকথোল থেং
তমবা অথন মীপোকপা অথৌ লাংগোনবা পুম্ব
থুংশু থাংলেন শং তীমেন তানায়ে চোং
মাগী মাগী লাম্বা চোংশিন্না, হুয়েন লানথেংনখরে
থাবাগী লানজিং পুরেল ময়োং চুমহুল লান্দারোই
খমজিং কোল হায়হৈবা লাঙ্গোয় তোংনা লানচংলকপ
চীঙু কোয়ৌ খোংজোম্বানা অঙৌবা শগোল তোং
হুয়েন লানফম য়াই লানশোক মায়োক য়াখিদা।

খুতুম চেৎনা লিরুং পায়, লিরি থমোয় তিং
থজিন তেনমৈ লাক্লা বায়রা তেন চায়নখী।
কোয়ৌ নোংদোল রাইরকপা য়াক্লা শাবা পুংফমদা
কায়নৌ চীংশোম্বা’ তেন, থোয়না থৌবা তেলজিম
খাম্বী মৈরী হৌ, ঙংনা লাউনা পাইশিল্লক
থমজিনকোল হায়হৈবগী পামবোম য়েৎতা য়ুংখরে!
মরোয় মনাওলাম্মীনা লাম্লিং তাল্লা পুথোকখি।
লমবান থোইরুপান পিবা নিংথৌ শাপাইবা অথৌবা
মশানৌ হুইমুলৈমাগা অচৌবা তেঙ্গোল পু
লৈমরেন অরাং পাম্ভোবীগী লান পাং য়াউবদি
থাবগী মীচংদা চোংথোকপা চেংলৈ তেঙ্গোল অচৌবগা
লালফম মায়োকয়া অকনবা লানবু শোক্লাখ্রে,
নিংথৌ শাপাইবগী মাং চেংলৈ তেঙ্গোল থাওমদে
মাইকৈ মরি ফাং লানফময়ায়দে কায়খিদো।

( ১৭ )

নোংমদোল কোয়োহনবা নোচুপ চীংয়া লৈরক্রে
চীঙ খোংজোম্বা তেঙ্গোল’ লুচিং পুরেল ওইরিবা
চীঙ চীখোং পোইরৈত্তোন তারেল থাংতপ পায়
অবাং কৌব্র লাইশা য়ারেল মরি পানব
অঙৌবা শামু থক্তা তাইবোৎ লাক্লা তোং
“কদায় চোংথোক্লো থাবা! কদায় তম্বং খোইমুচা!
থোয়য়ুম চীংখোং অথৌবা, ইথুৎনা তারেল পায়
থবীগুম মশোং চাউ, থাবাগুম মঙাল নায়
ইনখোং লিগুম শোইফদবা হংগেল লিগুম তৎফদবা
পাংদিং শোইদবা লিয়ীগুম্বা পাম্বা কৈরেন চীঙখোংন
লাননফম য়ায়দা ঙাইদ্রি লাম্লেংনশি থোরক্লো!
মযোং চুঙ ফুনা! তীমেন তা চাম্লনশি!

মানবী চী য়ৈনা কাওরেনগুম লাইথেংনশে !"
লানবুঙ য়ায়দা লেপ হন্না হন্না লাউরক্লে ।
খাবা তরং খোইমুচা অকনবা খোলাও তাবদা
থম্মোয় থাঙমদা মৈচাক্লা অথোবা তন্না হৌগংলে
শংদীংলাক্লৈথেম পুমুং লানপোৎ মঙালনাই ।
শায়েং সনা তানজাওশি থুদাং য়ায়চাউশি
নিঙখমশা য়েন্নাওফি খুবোম তংশি য়ৈনা য়েৎ
উরেকশেক নোইনিং থেং কোক্তোন শমজ্জিন উপ
পজেং থোনবা ফিরাল কোকলেন হেন্না থেৎ
খুবোম য়ায় চাও য়েৎ সনা লিকফাংশি
অঙাংবা শাদা কৈয়েক ফি অপা চীংখোং লানহৌফি
চবৈ ফিতুং থাওন্না পুম্নুং লানপোৎ শেৎ
নোংপোক খেবান তৈবা উম্নু কোইরেং নিংথা চুং
লৈরাং ইঙেন লৈথেংপা লাইশম চুম্বুন খোথাচুং
চুংশেন চুমিং হেনবা মরোং ঙক্তা হুক
পাখং হুয়েন লানপাম্বানা রায়রা লান্দা খোক
তীমেন তায়োন খোক খোকলাং য়ায়দা পায়
শাম্নু য়াইশ থক শেকপীন খান্ন তোং
শারাও লাল্লাও খোনগা হুয়েন লাল থোরক্লে !
"চীঙু চীংখোং অথোবা নংবু ঙাইহনা লৈবা
ঐস্নু মতম কুইরে রানা খাংনা লৈরকপনী !
লানফমদা নংবু মায়থিবা পিবা ঙমদ থোক্লদি
থাব হুইয়েন ল'নঙম্বা' কৈদৌম্নুশ, ওইথোক্লরোই !
ঙসি কোরৌ নোংশিদি নংস্নু শমাই লৈগনু
খাবা কৌবা ঐহাকস্নু কোরৌ মানা খংসনু
শোকনখিবা লানফমদৈ খোংফম নামা হল্লোইকো !

থাংদরা তেন্দরা খল্ল ! তাদরা লাংশোইদরা হায়ু !
শুকতরা মুণ্ডদরা করিনো ! অপাম্বদা খনজো নহাক্লা
নংনা পাম্বা অতুদা ঐনা শোয়দা শোক্লানি ।„
"থাবা তরং খোইমুচা নবাহৈত্থু পেল্লিদা
নংগী লানম্মী তেংঙ্গাল মশিং থিঙমদা পৈরম্বা
অয়াকপা মুংশা মৈশাদ উলেন তুমগুম তুমখ্রে !
কনা হন্না উদ্রাব নদোম তরক ভাইরবদ
অকি তুজুং পোক্ত লানয়াইদদি লেপ
মাঙ্গী চীয়েনশি হৌরিবা থাগৎনিঙাইনি অথোবা !
মুপা হায়তুদি অতনি চেনগন্নুকো থাবা ও !
লমজেলদরা মুরুদরা, ঈথিংদরা পঙ্গিংদরা
চেনজোংদরা মাংজোংদরা, খুবৈদরা খোংয়াইদরা !
নংন অপাম্বদা খল্ল নংবু ঐনা থেংননি !
চীংখোং ঐগী থাংলেনদা নংগী লুরেল কেনবা শোইদ্রবনি !"
অকি তুজুং পোক্লাবা অকনবা অনিগী খোল্লাওনা
ফুহনা হৌবা নোংহৌদ নোংলেন নোংথাং খাকপগুম
খাক্লা খাক্লা লাওনরকপ মালেম নিক্লা থাংখরে ।
অথোবা অনিতু খংহৌদ হাকথংতা শৎ
তিমেন মনুং চংবু খুবাক তিলাই মেন
তাখোক খোংলাং পমশিংন লাবা খোংফম থিল
য়ারেল খোংজী চীক্লা তীমেন তা হুনজিন্নরক্লে ।
থাবগী তেন্না পায়শিলক শামু থৌবা থিনথুরে ।
চীঙ চীংখোং পোইরৈতোনগী তীমেন তাদী অথোইবা
লুইয়েন লালৈমা পাম্বোইবী তাদোন থক্তা তোং
শাঙ্গায় শেলগুম পাইশিল্লক ওই পাম্বোম' য়ুংথিদ !
থাবা শোক্লে খন শামু মমায় লৈবদা

তরং খোইনুচাদি অথৌবা, পাম্বোম' য়ুংবা তা
য়েৎনা শৎলা লংথোক, নিংহন্নগে থনদ
তারেন তাদি পায়, লাইশা থক্তে চোংথরক
শান্নাও লালাও খোনগা য়েক্না তম্না ফুজিল্লী !
থুনুং য়োইচাখা অরিবা থুনবী পোং অহলসু
শামু লাংশোই পায়বাসু থাবাগী তানা নোংমনখিবনা
তারেন তা পায় লাইশা থক্তে চোংথরক
খাবা তম্না ফুজিল্লক চাইন খোংফেন্নখ্রে অনিদো।

( ১৮ )

ওকলেন তোমচং শাগুম্বা কাওরেন মপা তম্বা শনগুম্বা
পাম্বা কৈশরুরবা কৈরেল তেংথানরবা
মচেং কুইতু নিক্তবা কাইরৈ য়েম্বা খোংগনবা
খোইমা মমায় লৈনদা য়ামজেং মনম মুকনদা
মরোং চুও ফুনা ভীমেন তাবু চাইনরক্লে।
রাংলেন পুংজা লাল্লকপা অসিনা হেল্লী হায়ত্তমদে
য়োইময়ায় লাইরেন তাওদনবা লেপ্পা লৈতা থৌবদি
নোংচুপ নারেং তমকপা চীঙদোন বায়বা গৌরক্লে
অঙানবা মঙাল লোক্লক্লে অমম্বা ফম্বাক কারক্লে।
পাম্বোমদৈ শিন্থবা ঈখেংনা অতৎ লৈতা তাখিবা
কোরৌগী মঙাল শাম্বগুম খাবাগী পাঙ্গল শামক্লে।
লাইনিংথৌ চিংখোংগী তানা শাফু কন্না ফুদ্দকপা
থাবাগী তাখোক তেক লৈমায় থক্তা তাখিদো
কৈরেন চেগপ চোং য়ারৌ শঙায় লাকপগুম
রাংলেন মীকুপতুদা চোংশিন্দুনা তানা থিনখিবা
থবাক লুরেন য়ৈখায় য়াংলেল শরু ফাও
তিমেন ফাওরেং লেং মালেম লৈমাইথক্তা হায়থখি।

চীঙু, চীংখোং অথৌবা খুৎশু থাংলেন শৎ
লুরক কাংদৈ থি খৌনাও লোনখোং লোন
লালু চোমায় কক থাবগী লালু পোলেম হান
মঙাং লানশং মুংদা রায়রা তন্না হুলক্লা
লৈমরেল পান্থোইবী মাং থাবগী লালু লংথরম্মী।
অঙৌবা য়ুমলেল লৈমা থাবাগী লুরেন উবদা
মুন্না চিংনা য়েং মণ্ডল মণ্ডল খল্লী'
হুইমুলৈমা মুংচেংয়াম্বী লৈমাগী নাক্তা চঙক্লা
মুংশি য়াবা খোনফম্না মতা কাদা হায়রকই —
"নথংলেন কাইনৌ চীংশোম্বগী য়েক্লা তিংখং লৈতরে
মালেম লৈমাই শিদগী থাবা তুম্না তাকথরে।
কনা উদ্রবা মালেমদা তোল্লবা মীশক্তী খন
মথৌ মঙম পাংথোকপীবা লৈমাগী মীংচৎ ওইগনি"।
তানফম অতু য়েং চীঙু, থাংজিং লেংশিল্লক
"ইমোম শকপী পান্থোইবী তুবী চীঙলাই লৈমা
মুঙাইতবা থিবিক হুন্দোক্লো চীংনবা থিবিক থাদোক্লো
মতম অমগী মমাংদা থাবা মরাল য়ায়দা
মরাল লুহোং খোংদোংনা য়ুমলেন লৈমা ওইরম্বা
মৈনা ঈশিংনা চামহুনা কোক্লরোইদবা মচুনি
চকলোন কয়া লান্দুনসু কম্লরোইদবা লৈনমনি!
থাবা শলাই তাকথরে য়াংবা মৈরা মুৎখরে
নথংলেন ওইরম্বা অসিগী মালেমদা কনা লৈতরে!
ওকনা য়েন্না শোক্তিদ্রৈঙে হুই লমহুইনা চেপ্রিদ্রৈঙে
নথৌদাং মথং পাইদ্রিদ্রৈঙে রাথন পুকনিং লৈতানা
কনাগীসু লুখা থাহন্দা থাবগী লুপুঙ খোনবীরমউ!
লেমজনিংঙাই ওইরবা নথৌদাং লৈমানা শোইদা পাংথোকউ
শোন্নহৌনী মালেমদা খোইমোম লাইরেম্বীনি হায়না!

অচুম্বা লিচৎ চৎপগী অচুম্বা থৌদাং পাইবগী !"
চীঙ, থাংজিং কোইরেল্লাই লাইচমলৈমা হেকমোই থাম্বীদা
থোৎনা মেংবা বাহৈনা লৈমা মাবু থেমখিদো ।
চীংলাই লৈমা লাইরৈমা তোইবী তংকাম্নবীদো
তাকলক্লীবা পাওতাকতো চুম্মী হায়না খনখিদো
চীঙ, থাংজীং য়েং লৈমরেল পাওথুম পীরকই—
"খোয়ুম লাইনিংথৌ থাংজিং ময়ক মরক্তা লেঙ্
রাখল ইফায় চন্নবাদা নংগী অশেংবা পাওতাক্লা
ঐগী চীংনবা কয়া ভক্তনা কোকপা ওইরিদা
খোয়ুমগী লমন ঐহাক্লা শিংবা ঙম্বা ওইথোক্তে
কেগে মোইরাং লমদম চীঙু নংগী নশাইগোন
ঐগী লাংওল ৭ তম শান্নমগে কুমহৈদো
অ:রাইবা লাংওল অতুদা খোয়ুম ওইবা নহাকসু
নমু পোংগী পোংলক্তা তাইবং লাংওল তম্মু
ইশাবী কায়নৌ চীংশোম্বা নপাম্মি ওইনা পোকসন্নু
লাংওল খয়ে হায়বগী খম্বা কোলোই মীংগোনি
নমোম শকপী ঐহাকসু কেগে কোম্নংদা লাংওনগে
থোয়না রাংনা লাকপীনি থোইবী হায়না কোলোইগে ।"
তুংগী রারোল কয়াবু লৈমরেল মানা হায়রকখি
খোয়মোম য়াথং থাতুনা খোংমী লাম্মী ময়ামবু
নিংথৌগী পোলমগু পোৎলম চৈরম হাপ
ঈরিল তুরেল নোংপোক তোর্বান মতা ফবদা
খাবগী লুরেন লৈরোনচল লুপুঙ চাউনা থোনবিরখি ।

( ১৯ )

হুইয়েন লানগী লাল্লৈমা রাইরা শাগী শারৈমা
কজেং নিংথৌকনবী থাংলেন হায়কুপ চেনবীনা

অচৌবা তেঙ্গোল পু খুৎশু থাংলেন শং
হুয়েল ললাও খোলগা কংলা তম্না খুজিলক্লে।
লাম্মীনা ৭ লক হন কংলৈ কংলা কোইশিনখরে।
তুবী চীংলাই পাম্বোইবী শঙ্গায় মুংদা চঙকপ
খাবগী কংলা শঙ্গায়মুগু তুমীৎ য়ুরান পাইরমদ্রে।
তম্পাক য়ুমগী অচানবী হয়ায়মু কৌবী চমুনা
কংলা শংলেন য়ায়দা মদোদ থোগল তৌ
অরা মৈচাক্লা চাকপনা থম্মোয় লায়ুম কায়রবী
কংলৈ লৈকোয় লৈমাবী অহল মতম ওইরবী
লৈমা নমুতেকঙানা মশু থাদ পম
সনাগী তাংবল থক লৈমরেল ফম্বাল ফম
চীংজুম লাইজ ইফুৎকুম পিরাং শিন্থা খাংলি।
কংলা ফম্বাল থক্তা লৈম মনুতেকঙানা
মশু মতম্বাক্তা পম নিঙায়দন তরক ফমলম্বা
লৈমরেল ওইবী উরবোই তাংবল নাক্ত চ শিল্লক্লে
কংলৈ লৈমা মনুতেকঙা মমৌ ইবেম্মা উবদা
"ইনেমগী ইবেম্মা পাম্বোইবী তুবী চীংলাই লৈমা ও!
ইনেমনা ঙায়তুনা লৈরম্মী নংবু লাকপা মতমদো !
খাবগী মুমিৎ তাগ্রে কংলা নখুং চল্লে !
ইনেমগী মুঙাইতবা লৈত্রে পুম্নমক অপেনবা ওইরে
ইনেমনা নংগী নফমদৈ করিগুম্বা অমত্তং নিনিংই
মসিমতদি নহাক্লা ইনেমদা পিনবীয়ু হায়জরি!"
"ইনেম নোংদম থিরবী অহল মতম ওইরবী
পোইরৈ লমদম অসিগী কংলা সনা তাংবলদি
ইবুঙ ইপাশিংগীদমক লেপ্পা শরুক তমখরে,
খাবগীদমক অমুক হন কেদৌমুং শরুক তম্নরোই ;
মুমিৎনা থানা পাল্লিঙৈ লোইরে হায়না খল্লু!

ইনেমগী পামজবা অমদি নিউ ঐনা পিরমগে।"
"থোইনা রাংবী পাম্বোইবী তোইবী অংকাসুবী লাইরৈমা
ইনেমগী তম্পাক' পমলীবা নরা খোম্মাং থক্লীসে
নথংলেন তন্নং খো'ইন্থচাগী অমত্তা ঙাইরবা মপারীনী
মহাক্কী মথবাই সিদ'দি ইনেমনা নঙোন্দগী নীজগে
থাবা শালাই তাকখরে য়াংবা তুম্না মাংখ'রে
তাইবংদগী শালাই অমা, পুংমুং ওইনা মুৎথৎপা
হৌনদে হায়না থনবীয়ু মীওইবগী লিচৎ রাংমনি
থাবা শালাই অসিগী ফুঙ্গাদংদী মুত্তনবা
ইনেমনা নংগী নফমদৈ থমোই শোক্লা নিজরি।"
মনেম মনুত্তেকঙাগী য়াবা মপাও তারগা
অঙাং নারা অহু লৈমরেল মুন্না য়েঙকই
মনেম মাগী খুত্তগী অঙাং অহু লৌখংলে
"ইনেমগী নরাহৈ মুংশিবা মসি শোইদ ঙাক্লগে
মরাল করি লৈত্রিবা অঙাং নারা ওইবসি
ঙসি লাল নংলরে হুয়েন লানচেন্নরে
নবা মাগী কোলোইসে খাবা নোঙচেনবা থোল্লমগে !
তারিবরা শেলোই লালোইহুঞবা, অঙাং নারা অসি
মহৌ ফাইবোক চ'ঙ লোয়বী মাগী তময়াদ
লৈচিক খুলেল তাবনি মহু য়োনা পু
লৈচিক নিংথৌ মফমদা মমোম পিদোন্নু,' মপারী
খাবা নোংচেনবা নবাসে য়োকউ হায়না শিন্নরু
করি মত্তা চিংনমু চাউনবা নাউকোল্লু হায়ু !
ঐগী লাম্মী তেঙ্গোলনা লোংউপ লৈম্লে তানবগুম
পোইরৈ শিন্বা থুং য়েক্রবা লোংউপ তাল্লকপা
মফম অহু য়োহল্লোই থুনজেন অহু শোকহল্লোই
থিন্থবা অমুক তৌরম্নু থুনা থিল্লু অঙম্বা !"

লৈমরেল য়াথং থাহনা অঙাং অদু থিলহনথি ।
"ইনেমগী নবাহে ঐনা ঙাকপ মরমদি
থাবা শালাই তাকপ্রস্থ থাবগী ফুঙ্গা কনবনি ।
অহল মতম ওইরবী, ইনেমবু চৈরাক পীনিংদে
কংলা সনা কোম্বুং থা চৎনিংবদ খোংদোইখিবা য়াগনি ।"

( ২০ )

"লাইবক খোইনা ফস্নবী ! ইমেনগী ইবেম্মা য়ায়ফবী !
অদু মুংশি নরাহে ইনেম ইম্বা ওয়বোই
পোইরৈ লমদম অসিগী লৈমরেলবী ওই
কংলা ফম্বাল থক ঙান্থোইনা লৈবম্বী ঐনা
য়ায়বী থরায় থাবা, অকিবা পোকপগীদমক
শমজী খায়হনা চেম্বা কায়রোইদবা য়াফম্নি
নোংমা নত্রগা নোংমদি যেক্ল' খুত্তা তাগনি
মীনায়গী পুন্সি ওই পীরাং শিত্থমা লেনগনি
মৈতান্না য়াখৈত্রিফাউ কোক্লোইদোবা ঙমথিবা মিংচৎ
ইনেমগী কোকথক্তা হাপ্লরোই মদু অমুক পুরবোই
য়াথবী থরায়না লৈরিঙৈ ফম্বালসিদগী কুম্নরোই !
নথুং চল্লে খন্দুনা ইনেমবু ফাগে থনগঙ্গু
ইথুত্তা পাইরিবা থাংলেন্না ইম্মগী ফিবাক থায
ইদোম নোংমনবা হায়বসে শোইদনা পাংবা তাবনি ।"
খোইমোম লাইরৈমা ইবেম্মা চীংলাইলৈমা পান্থোইবী
মনেমবু চাদোওম, ময়না শংত্রিক য়েংওমলা
অচানবী মনায় হল্লায়দু য়েংনা হায়রকই পান্থোইবী—
"অচানবী নংবু মুংশিবী হয়াম্মু কৌবী চন্থ-ও
লোইবা ফাওদি পুন্সিদু ঐগা থঙায় লেল্লুশি !
ঐগী লোইনবী নহাক্কি চৎলসি ঐগী তুংইম্না ।"

মবেন্মা য়াৱা তাবদা; হয়াওনা খুমৈজ হয়ায়মু—
"তুবী চৈংলাই লৈমা কজেং ভানবী লাইয়েমা
মুংশিবীবা নরাহৈ, তাজবদা নুঙাইজ্রে !
ঐনা ভমজবা থরদং লৈমগী মতৌং পাংখিবা
কাউবিরমদে খংবসি থোয়না পেমবা ওইজরে !
লৈমগী হৈনা তুংইন্বা ভাকপীয়ুদা মতুদি
পুন্সিগী অয়াম্বা শরুক ভসি নোংসি ফাউ
ননেম ইবেম্মা য়ায়কবী থৌজাল খাদ লৈবনি
খাবগী চেংজেল চা পুন্সি অসি হিঙক্লি !
অরাব ভমখৈ অহকপা মতাং অসি য়োৱবা
অহল ওইরবী ননেমবু হুন্দোক করম চৎকনি !
ঐগী খোংথাং উরগ করি হায়নি তাইবংনা !
অরাবন লাংগোয় চল্লবা মনেম থাদোক চৎপা
মতু ওইগে খন্দরে মদোম থনম্বা ভম্নরোই
তারা চেংজেল লমলদো ভসি নোংশি শিংলগে
ননেমগী য়ায়বী থাফমদা ঐগী পুন্সি লোমজগে !
লাইবক চাওবী ল ইরৈমা খোইমোম লাইরুরা পান্থেইবী
মতুং লাংওল খুদিং লৈমগী খোংলোই ওইজগে !
হন্দক থৌদোকসিগীদি ঐগী অমুক খনবিরনু
তৌফম থোকপা নথৌদাং পাংথোকপীনবা লেংবিরো !"

( ২১ )

হুয়েন লানগী লাল্লেমা রাইরা শাগী শারৈমা
থাংলেন হাইকুপ চেন্বী তীমেন তানোয় চোংবী
পান্বা কৈয়াং তোংবী কৈরেল রাংখুৎ নেৎপী
তুবী চীংলাই লৈমা লৈমরেল অরাং পান্থোইবী
মরোই-মনাও লোইনা শঙ্গায় 'মুংদৈ লেংথোক্ল

অকি তুজুং লৈত্না খোইমোম য়াথং থারকই —
"অনৌবা য়ুমলেন লিং অনৌবা কোমুং শারগা
তুবী চীংলাই শালাইগী ফম্বাল লৈহুন হৌনবা
কংলা লৈকোয় মুংদগী থাবগী য়ুমলেন পুম্বা
চকমোম মৈবু চু খাম্বী মৈদা থাদোকলো !"
অঙৌবা য়ুম্লেললৈমা য়াবা য়াথং তুংইমা
কংলা মুংদা লৈয়িবা থাবগী শঙ্গায় মৈ চুপ্লে !
মরৈ লিশিং পাল্লবা মৈত্রেং মৈবী অয়াবা
শত্থ তেকচাক মৈনা কোইরেল লমজাও চাকুম
থাবাগী কংলা তুম্না থাম্বী মৈনা চাকথরে।
য়াংবগী শালাই তুমখিবা থাবা তাকখিব লোইননা
কংলৈ পুংমায় তুনা চকলোন কয়া থোক্লমবা
মালেম কোয়না ঙালম্বা থাবগী কোরৌ লৈথপ্রে
মতম পুম্বগী ওইনা ঈরোন মুংদা লুপখ্রে !
নোংলৈ মুংশিৎ অকনবৈ অকি তুজুং খোল্লাউনা।
পোইরৈ লমদম শিন লোয়া তমলোন থুংখরে।
চীংখৈ ফিতুপ হুন অনৌবা কোরৌ থোক্লিংলৈ
মীচিক মীয়াউখোন তাদবা থাশিগী অহিং ওই
অমম্বনা চেৎনা নাউকোন মালেম ঈচিক হুনখরে !

— ☐ —

# য়েংশিনবিগদবা

অয়াংলৈমা :— অয়াংলৈনা ইবেম্মা অহল অমস্তুং অয়াংলৈমা ইবেমতোন ( অয়াংলৈমা পান্থোইবী ) লাইরেম্বী মচিন-মনাও অনিসি লাইয়িংথৌ থাংজিংগী তালোই লৈমা ঙাকনি। লাইরেম্বী অনিসি মোইরাংদা লৈ। লাইনিংথৌ থাংজিংনা চহি অমগী মনুংদা থা অমা হায়বদি ৱাকচিং থানিল (পুর্নিমা)দগী ফাইরেল থানিল ফাউবা ইবেম্মা অনিগীদা লৈ। হায়রিবা থা অসি লাইয়িংথৌ থাংজিংগী লাইশং থোং লোল্লি। অদুগা ইবেম্মা অনিগী লাইশংনা থোং হাংই। মসিবু "অয়াং লৈমা কবোক চায়বা" মতম হায়না খংনৈ।

ৱাকচিংগী থানিলগা থংনবা মমাংগী নোংমাইজিং মুনিংতা লাইয়িংথৌ থাংজিংগী লাইশংদগী লাইয়িংথৌ থৌগলদা চংবা থাং, তা, চৈশু, কাংশেন, ক্বাগোক, শরিকনচিংবা লৌরুমগা ইবেম্মা অনিগীদা খায়দোক্লাদুনা থমই। তা অমস্তুং শরিক অসি ইবেম্মা অহলগীদা খায়বদা য়াউই।

চীঙ হৈবা :—মবুংঙো লাইয়িংথৌ থাংজিংনা ইবেম্মা অনিগী শঙ্গায়দা লেঙকপগী মুঙায়বা হরাউবা ফোংদোকপা ওইনা লাইরেম্বী ইবেম্মা অনিনা মোইরাং খুঙ্গা পুন্নমক্তা কবোক য়েল্লী।

ৱাকচিংগী থানিল মুমিং অসিদা ইবেম্মা অহলগীদা কবোক হৌই : নোংডাল্লগা কবোক অদু মোইরাংগী ইমুং পুন্নমক্তা চিংথদনা থুংনবা য়েল্লী। মুমিংসিদা ইমুং পুন্নমক য়েন্বা লোইরগা ইচেম্মা অতোম্বীগীদা অমুক কবোক হৌই ; মদুগী নোংডাল্লাগা অমুক মোইরাং লৈকাই পুয়মকী ইমুং পুন্নমক্তা চিংথদনা কবোকশিংদু য়েল্লী। কবোকসি থায়নদি নিঙোল পিবা ময়াম চংদুনা কবোক হৌবগী থৌরম পাংথোক্লম্মী। হৌজিক্তি কবোক কা-হেন্না য়াম্না চংবা মরম্না লাইগীদা খর হৌরগা অতৈদি কবোক য়োন্বীশিদা শিংদোকই। কবোকশিং অদু ইবেম্মা

অনিগী লাইমাংদা চীঙগুম্না রাংনা পৈখত্তুনা হৈ হায়রদুনা "চীঙহৈবা" হায়না খংনৈ।

কবোক য়েন্বা অসিসু লাইকোল লৈবা লৈকায়শিংদদি মায়বীনা শরিক খিংদুনা নুপি অমগা লোইননা থুংনবা য়েল্লী। অদুগা লাইকোন লৈতবা লৈকায়শিংদদি শরিক য়াওদে নুপা। নুপী ২/২ না চিংদুনা কবোক য়ুমথোং খুদিংগী য়েল্লী।

অহৌবা নুমিৎ ৫ নিগা অরোইবা নুমিৎ ৫ নিগা পেনা থৌগল চংই। অহৌবগী ৫ নি শুবা নুমিৎ অসিদা লাইগী থৌগল্লোয় পুন্নমক চাক থাংই ; মসিবু অরিবা মতমদদি "শানৈ-য়ুনৈবা" হায়না খংনরম্মী।

রাকচিং থানিল নুমিৎতগী ১০ নি শুবা অমসুং ২০ নি শুবা নুমিৎ অনিসিদা মোইরাংগী ফম্নাইবশিংগা লৈবাক মীয়াম হুপনা লাইরেম্বী অনিবু খুরুমনৈ অমসুং নুমিৎ অনিসিদা লাইমাং ফমদুনা লৈবাকী ১দি কৎলরিবা মীয়ামগী লাইপাও পি। নুমিৎ নিনিসিদা মীয়াম্না মাগী মাগী ওমজবা হৈ. লৈ. শেল মানা মানা নিংজবা থুংই হায়দুনা কংনৈ। থৌরম অসিবু খুঞ্জা পুন্নমক থুংনবা চিংথবা লৈত্তনা কবোক য়েল্লী হায়দুনা "অয়াংলৈম্না কবোক চায়বা" হায়না খংনৈ।

অহৌবা নুনিৎ ৫ নি অসিদি মোইরাংদা য়াম্না লুনা কিনা চংনৈ নামুংবা নুমিৎ হায়দু ওই। মসিগী মনুংদা অরুবা থবক ইনথাং তৌনদে ; পোল্লাংখোক্তা ফি শানবা লং ফাউবা ফৌনদে। অতোপ্পা লমদগী লাকপসু য়ুমদা লেকহন্দে অদুগা মোইরাংদগীসু অতোপ্পা লমদা চত্তুনা লেকউবা তৌনদে। ইমুংদগী মৈ পুথোক্লদে।

থা অসি লাইয়িংথৌ থাংজিংগী লাইশং থোং লোনবা মরমনা লাইয়িংথৌদা কৎকদবা পুন্নমক ইবেম্মা অনিগীদা কৎলি।

লাইরেম্বী অনিসি নরুনা লৈরবসু লাইশং তোঙান তোঙাম্না লাৎলি। অয়াংলৈমা ইবেম্মা অহলনা খুয়োন শাগৈগী খোয়াংবমনা

পীবা ওইজনা ঈরাং-থৌনি তৌরি। অয়াংলৈমা ইবেম্মতোন্না মোই-রাং নিংথৌজা শাগেগী মোইবাংথেম লৈজুবমনা পীবা ওইজনা ঈরাং থৌনি তৌরি। লাইরেম্বী অনিসিগী লাইশংদি লাইয়িংথৌ থাংজিংগী লাইশংগুম্না নোংচুপ ওল্লি।

ইবেম্মা অহলনা কোল্লীবা লৈকায়বু খোয়াংবম লৈকায় অদুগা ইবেম্মা অতোম্বীনা কোল্লীবা লৈকায়বু মোইরাংথেম লৈজুবম লৈকায় হায়না খংনৈ। লৈকায় অমদা অনি থোকপগুম্না য়াম্না নক্লে।

অরোইবা ফাইরেন পুর্নিমাগা থংনবা নোংমাইজিং নুমিত্তা ইবেম্মা অনিগীদা থম্লম্বা থাংজিংগী পোৎলম পুম্নমক অমুক লাইয়িংথৌ থাং-জিংগী লাইশংদা থিনখি।

অয়াংলৈমা ফি-ফৌপুঙ :— "অয়াংলৈমা ফি-ফৌপুঙ" অসি মোইরাং শ্রীবন লৈকায়দা মোইরাং তুরেল মপান্দা লৈ। মসি ময়ুংদা ফুট ১০৫ রোম শাংবা অদুগা মরাক্তা ফুট ৭১ রোমনা কোনবা ঊমং ওইবা অমদা লৈবা পুঙনি। লৈপুঙ অসি ফুট ৪৮ কোনবনি, রাংবনা ফুট ৮ গা ইঞ্চি ৬ নি। লৈপুঙ মথকসিদা মরক মরক্তা নোংথি-নোংমংবা, অথেংবা অহিংদা ফি-ঙৌ ফৌই হায়নৈ।



# অরানবা চুমথোকপা

| লমাই মশিং | পরেং মশিং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১২ | ১৪ | পোংলেনহব | পোংলেনহনবা |
| ১৭ | ১৩ | য়োইক্নমলেননা | য়োইক্নম্নোন |
| ২০ | ১০ | থাহন | থাংহন |
| ২০ | ১০ | চাহংন | চাংহন |
| ২১ | ২০ | অ.তেক্কী | অতেরক্কী |
| ২৮ | ১৮ | হিথবলাংলোন | হিথালাংলোই |
| ৩০ | ৪ | খোনচংচাইবা | খেনচংচাইবা |
| ৩৬ | ১১ | লোৎত্রুনা | লোত্ত্‌না |
| ৩৯ | ৩ | হুঙ্গিনলক্ষ্মী | হঙ্গিলক্ষ্মী |

## পার্ট ১

| লমায মশিং | পরেং মশিং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৪ | ১ | নোংবান | চুংবান |
| ৬ | ১৮ | (অরোইবদা অৱাংপা বাহৈ) “ঙইরিবা” | |
| ২৬ | ৭ | ঈরকপা | উরকপা |
| ২৯ | ১৪ | কুনচিন | কুমচিন |
| ২৯ | ১৮ | থুংরিঙৈ | থুরিঙৈ |
| ৪৫ | ১৫ | হুক্লে | হুল্লে |
| ৪৯ | ১৩ | থম্বা | থনবা |
| ৫১ | ৬ | থারার | থায়ায় |
| ৫৩ | ৩ | রাবেম | রায়েল |
| ৬৪ | ১৩ | ঙাতাকঙৈ | ঙাতাঙৈ |
| ৬৪ | ১৬ | চোম্বথেমঙৈ | চোপ থেমঙৈ |
| ৮১ | ২৫ | তংলোয় | তানোয় |
| ৮৭ | ২১ | পোলম | পোৎলম |
| ৮৮ | ৭ | মদোদ | মদোম |
| ৮৮ | ১০ | নগুতেকঙা | মগুতেকঙা |
| ৮৮ | ২৬ | কেদৌনুঙ | কৈদৌনুঙ |
| ৯১ | [illegible] | লাইরেম্মা | লাইরেমা |

# ৱাহন্থোক


| ৱারৈ | হাওবা লমায় মশিং | ৱাহন্থোক |
|---|---|---|
| য়োইরুমলোন | ১ | অমাঙ্বম অমস্থুং লাইয়েঙ্গম |
| খুংবান | ২ | লুরাং শালই |
| কম্বোং | ২ | থাঙ্গদা লৈবা মী |
| নোংখোন | ৭ | অঙোম নিংথৌগী মথংদা লৈবা নিংথৌগী ফম্নাইবা |
| নিংথৌ য়েন্দং চনু | ৮ | তেকচম নিঙোল |
| ঙান্নুরোন | ১০ | ঙাম্না শালাইগী নিঙোল/পীবা |
| খোইমোম | ১৫ | লাই নুপী |
| নোংমায় | ১৯ | খুমন মচা |
| ইৱাংলোন | ২৫ | মোইরাং অরিবা শলাইগী নিঙোল |
| রাঙমলোম | ৫৪ এ | মঙাং শলাইগী নিঙোল |
| নমুং য়োইরেনবা | ৫৪ এ | মমিং হায়দোকপা/পনবা যাদবা |
| নামুংবী | ৫৪ এ | ,, |
| তেংনৌ | ৫৭ এ | য়োৎ |
| নোংলুপান | ৫৭ এ | নুপা |
| নিনমাং | ৬২ | পুনিমা ওইদ্রিষ্টে মমাং |
| নিনচুং | ৬২ | পুনিমা মতুং |
| চিংখৈ লৈকোয় লামপাক | ৭০ | হৌজিক্কী শেনা কৈগী লমজাও |
| হারেং | ৭১ | মেরা [illegible] |
| কৈচিক নিংথৌ চনু | ৭৩ | [illegible] লাই নিঙোল |
| অঙৌবা যুমলেন লৈমা | ৯২ | অঙোম নিংথৌগী লৈমা [illegible] (থৈমাই লৈমা) |






অইবগী ফোংগ্রবা লাইরিকশিং—

১. নিমী (NOVEL)

২. তাম্না শৈরেং (POEMS)

৩. ৱাথোক (SHORT STORIES)

৪. অথোইবশিংগী পুন্সিগী ৱারী (BIOGRAPHY)

৫. ঈশিংগী অঙকপশিংগী ৱারী (ADVENTUROUS)

৬. লাইনিংথৌ সনামহি লৈংশিল্লকপা

৭. মীতৈগী লাইনিং পথাপ ১মুং চৎন পথাপ

৮. লৈমরেল শিদবী লাইশোন

৯. সনামহি লাইশোন

১০. পাখোংইবীগী লাইশোন

১১. পাখংবগী লাইশোন

১২. মীতৈ লাইফমশিং

১৩ উচেক

১৪ ৱাশক

১৫. ইম্রাংলোন থাদোই অহানবা শরুক